# খুমন্ নিংথোরোন লম্বুবা

শিন্দোকপা অমসুং হন্দোকপা

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

পুথোকপা

এলঃ লোকেন

# থুমন্ নিংথৌরোন্ লম্বুবা

## (অনৌবা লোন্দা হন্দোকপা য়াওরবা)

শিন্দোকপা অমসুং হন্দোকপা

বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা

পুথোকপা

এলঃ লোকেন

# লাইরিক ফোংবগী থমজরিবা থর

১। লাইরিক মমিং : খুমন্ নিংথৌরোন্ লম্বুবা

২। ,, শিন্দোকপা অমসুং বি: কুলচন্দ্র শর্ম্মা

য়াহৌদোক পীবা : ব্রহ্মপুর, থাঙ্গপাৎ মপাল, ইম্ফাল,—৭৯৫০০১, মনিপুর

৩। লাইরিক পুথোকপা : এল: লোকেন, উৎলৌ

৪। ,, মথুম য়েকপা : এম: রনজিৎ সিংহ, এস: ও:, টি: পি: সেল,

৫। লাইরিক ফোংবা মতম : মার্চ, ১৯৯৮

৬। ,, মমল্ : লুপা ৫০ (য়াঙ্খৈ)

৭। লাইরিকী হক্ক : ক) ফোংবা/নম্বা — কুলচন্দ্র
খ) শেল-থুম — লোকেন

৮। লাইরিক ফংফম : অ) এল: লোকেন, টি: পি: সেল, ইম্ফাল
আ) পি: এস: ষ্টেসনরী এণ্ড প্রিন্টিং, শগোলবন্দ মোইরাংময়ুম লৈরক মচীন, ইম্ফাল— ৭৯৫০০১, মনিপুর
ই) রাজেস বুক ষ্টোল, সেন্ট্রেল লাইব্রেরী মনীঙ ইম্ফাল, মনিপুর
ঈ) বুক কেভ, পাউনা বজার ইম্ফাল, মনিপুর।




নম্ফম :—

**নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস**
পাওনা বাজার, ইম্ফাল।

# খুৱাইগী মফমদা নোক্লুকচবা

"খুমন নিংথৌরোল লম্বুবা", মতম অমগী মৈত্রবাক মনিপুরগী য়েক অমনা শলাই-লৈপাক লীংতুনা পাল্লম্বা খুমন য়েক্কী নিংথৌশিংনা লৈঙাক-থৌদাদা মানা-মানা তৌরম্বা থৌদাংশিংগী ৱারী-ৱাথোঙনি। অঙনবা মতমগী মনিপুরগী খা মায়কৈদা খৃষ্টানগী কুমশীঙ ১৩৩০ য়োম ফাওবদা মশা মতোমতা লৈঙাক-চত্নুনা মনীঙ-তম্না পাল্লম্বা য়েক অমগী হিস্তোরিকেল মেটরিয়েল ওইবা মচাকশিংনি। লাইরিকসিদা পুম্নমক খুমন নিংথৌ কুনতরুক্লা লৈঙাক থৌগায় পুরম্ববু শীঙথারি অমসুং মখোয়গী নিংথৌ-শাগৈগী হৌরকফমগী মশক উংলি। পুম্নমকসি মমাঙ্গৈগী ঐখোয়গী ঈপা-ঈখু লাই ওইগ্রবশিংতুনা মখোয়গী লৈঙাকপশিংতুনা তৌথিবা থবকশিং অমসুং মথৌশিং অতুবু পুথোক্তুনা মতমগী লাংদা থুত্নুনা করি খঙলরোয়দবা ঐখোয়গীদমক্তা থম্বীরম্লি। অতুবু ঐখোয়না হিংবগী লানফমনা হেন্না মরু ওইথিবনা মখোয়গীদমক্তা তাইবং মপুদা ঈশিং খুজোক অমতং ফাওবা কংলুবদি লায়রবতুনা মিংকুপ অমতবু য়োৗনা মখোয়গী ৱাখল খল্লুদে। মখোয়না ঐখোয়গীদমক্তা কয়াগী মতীক তৌবীরম্লে—ঐখোয়গী ঈরৈপাক পীবীরে, পুন্সি পীবীরে, পুম্নমক পীবীরে। মখোয় লৈরমদ্রবদি ঐখোয় লৈরম্লোয়, মখোয়না পীবীরমদ্রবদি ঐখোয় পোক্লককলোয়-থোক্লককলোয়। অতুবু ঐখোয়না তৌবীমল খঙদবা ওইতুনা মখোয়গী তৌবীমলবু কাউথোক্লি। মালেমদি জাতি পুম্নমক্তা মাগী-মাগী জাতিগী মনাং অমসুং মপা-মপুশিংগী থবক-থৌদাংশিং পুথোক্লতুনা মশক তাক্লরি। অসিগুম্বা মতমসিদা ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুশিংসি পুথোকপগী খুদোং চাবত্থ লৌজতুনা লাইরিক অসি খুৱাই, তরা মচাশিংকী মফমদা লাপ্থোকচরি।

মাঙগী অহল-লম্মনশিংনা মখোয়গী ৱাংথ্রবা অবিবা সাহিত্য অমসুং লোন্দাগী থাক্তা থম্মীরম্মী। অদুবু মদু হিরমশিংসিদা খোঙ্ থাংজিল্লুবশিং নত্তনা মীপুম তিংনা খঙবদি ঙম্মদে। মরম্ অসিনা খুমন্ ঈপা-ঈপুশিংগী নিংথৌশিংগী ৱাখোঙ-ৱারীশিংসি খঙমিন্নবগী মথৌ তারবা মৈতৈ ঈচীন-ঈনাওশিংদা খঙমিন্নবা চনৌবা লোনগী ৱাহন্দোক্না কোন্ননা ফোংদোক্লবগী থৌদাং অসি লৌজকবনি। কবিসু খঙজদ্রবা এখোয়না হৈ-শীলবা অহল-লম্মনশিংনা ইর্বাগা লুবাক-তারুংদা য়োমহনা লীবম্বা ঈপা-ঈপুশিং খরগী ৱারীসি মীয়ামদা লাম্থোকচবা ঙম্মনবা থৌনা পীবীরিবা খুমন পোকপ ইবুংধৌবু খুকমজরি, ইবিরম্বা অমসু লীহনা থম্মীবর। অহল-লমনশিংহুবু ঈকাই খুম্নবগা লোইননা ঈকোক্ নোঞ্জবি, লাইরিকসিন শিন্দোবপীবা-হন্দোকপীবিবা ঈয়াম্বসিবু ইকাই খুম্না থাগ-চবি। মথুংনা থাজবগা-শেমজরগা তেক্কুনা তাইবং মপুদা লাইরিকসিন লৈরাংজখিবা মাঙগী-অহল লমনশিং পুন্নমক্না লাইরিকসিনা থাইগী খুত্তা য়ৌরগা পেনবীনবা থাইহনবীনবা তাইবং মপুদা চঙজবি।

লাম্থোকচবিবা

**লাইশ্রম লোকেন, পুথোকপা**

তাং: ৮। ৩। ১৯৯৮

# লাইরিকসীগী মরমদা

'খুমন্ নিংথৌরোল্ লম্বু্বা' হায়রিবা লাইরিক অসি মৈতৈ ময়েক্কা মাঙগী অহল-লম্মনশিংনা থম্বীরম্মী। লাইবিকসি কনাগুম্বা অথঙ-অহৈ থন্না 'খুমনলোন' হায়না হায়বী অদুবু লাইরিকসিগী ইরিবা ইবগী মওং-মতৌ, মই-মরাক ( Style and technique ) নচিংবসি লম্বু্বগীনি। অদুনা লম্বু্বা হায়না থোনবসিনা থরখিত্তং চুমগনি খল্লে।

লাইরিকসিগী থর্বোন/বনান ( Spelling ) গী মতাং অসি লাইবিকসিদা চেল্লিবা মৈতৈ কাংলুপসিগী খুমন য়েক/ফুরুপসিগী মনাংকী মতুং ইন্দুনা অরুম-অয়াংগী খোম্থোকী মতুং ইন্না তাবকপা অমসুং রাহন্দোক অমদি নুংগী ঈচেলগী মতুং ইন্না খুদোং চাবা য়েংদুনা থায়নগী অহনশিংনা ইবিরম্বদগী হৌজিক্কীগা চাননবা য়েংদুনা থব শেমদোকচগ্রে, মতুগীদমক্তা ঙাকপীগনি, অহল—লম্মনশিংবু থৌশাজদবা নংচদে। লাই ওইবীগ্রবা মখোয়গী খোঙয়াগী উফুলগী ঈচেন্দুদা মখোয়গী থম্মোই চেনখিবা রাখন্দা পুখিবা মনাংকী ঈচেন্দুগী ঈরীক অমতং ফংবা য়াগদ্রা-হায়না হোংল্লবদগী তৌজখিবনি।

ফোংজরিবা লাইরিকসিদা হাপচিঞ্জরিবা তেডিং অমসুং সব-হেডিংশিংসি হেক য়েংবদা নুঙাইনবা, খুংলোইনা নিংথৌ-নিংথৌগী তাংকক-তাংকক থঙবদা নুংঙাইনবা হাপচিঞ্জবনি, মাঙগী অহন-লম্মনশিংনা থম্বীরম্বদদি য়াওবা নত্তে, মতুগীদমক্তসু অমুক হন্না ঙাকপীনবা নীজরি। হেডিং অমসুং সব-হেডিংশিংসি

লৌথোক্লগা পুল্লপ শমজিন্নরগা অরিবা লাইরিক মশাতুগী মওং মতৌ, মশক-মতৌ অতুম তাজরবনি।

লাইরিকসিবু ইবিরম্বা থম্বীরম্বা ইকাই খুম্নফম ওইরবশিংহু তাইবং মপুগী খুয়া লৈখোঙ-খাদা মুংঙাইনা পোথাজবা মপু মানা কুবিসন্নু।

শিন্দোকপা অমসুং হন্দোকপা
**বিঃ কুলচন্দ্র শর্ম্মা**
৬। ৩। ১৯৯৮ ইং

# য়াওফম উৎচবা

| মশীঙ | হিরম | লামায় |
|---|---|---|

# খুমন্ নিংথৌরোল লম্বুবা

## ৱাহৌদোক

হয়া-হে লীক্লাই-দো, য়ীপুংথৌ নোংথৌরেন্ পুমাপ-দো, শ্রীশ্রীজিতসাহা চুপারাজ অহন্পতা পোইরই মুক্তা ফম্পাল্লাং সনা সিংহাসোন্পু পী-না মনিপুর সনা লইময়োন্ অসিপু রাজ্য লইপাক্ খুংতা থু-ম্না পোইরই লইপাক্ ঙাক্সুনো হাঙ্গনা সনা ফমপান্ পীবপতা চুপারাজ অহন্পা, লীক্লাই সনা ৱাপীহন্না

---

## ৱাহৌদোক

হে-তাইবংপোক্পী মমা ওইবী ঈমানংবু খুরুম্জরি, হে লীক্লাইগুম্ মতম পুম্নমক্তা মশেক-মঙালগা লোইনতুনা লংতুন্তা লৈরবা তাইবংপানবগী মবুংঙো, ঈপা-ঈপু অথোইবা পুম্নমক্কী হওরক্ফম্ ওইরবা নোংমদোনগুম ৱাংবা পুম্নমকপু পোকপীরকপা পুম্নমক্কগী অথোইবা ওইরিবা, নহাক্কী নখুয়াখাদা চঙজরি ।।

'ঈকাই খুম্নজফম ওইরবা' হায়বা ৱাহৈসিনা অনিরক হন্না লৈতেংলবা জিতসাহা (খৃঃ ১৭৪৮-৫২). মচানুপা পুম্নমক্কী অহন্ ওইনা যুবারাজ ফম্থোন ওইরিবদা পোইগী লৈপাক কৌনবা লৈপাকসি ঙাক্লসনু হায়হনা নিংথৌগী সনা ফম্বাল্ শিন্নরবদা যুবারাজ পুম্নমক্কগী অহন্ ওইরবা, নিংথৌমচাশিংগী খুৎাইগী

য়োঙ্গীপু তম্ফা মসানৌ নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌচম্ন, অতোন্ খিঙ্কোন্-হন্পা, য়াংলা চাহই লেন্পা, পাসি লাল্লোঙ্গী ঙম্পা, মারা খুল্লেন্ চায়পা, কালা-রাজ লমচিংপা মপারি মারাতন্ অতন্পা কাপা, সায়ান্ পন্মইখাত্তা খৌসাপা, থিংকাই থারাংপা থিংপা পুনেম্ সাকপপু কাঙ্গনহন্পা সনা মীপু চীরৌফপা নোংয়াঙ্গী হাওপ্‌মচা রাজমন্ত্রী কৈপীরাম্ সিংহ মমোম্ খয়োঙ্গীরোন রাজকৈনা অথোইপী দময়ন্তী রানী অহেন্বীগী জয়, য়াইফাথোইবা খেল্লেন্ মহেনত্র অথুম্পতা সুর্জ, সুমিং থা-চিক্ননা চন্দ্র থাচনা পান্-পকুম্ অভিসেক্ চোঙ্গনৌ সনা ফম্পান্ তোংহল্লপত্তা লাইরেন্ মইতিংঙু শ্রীগরিব-

---

অহন্ অহুনা নিংথৌগী, ফম্থোন্ কাবী, য়োক্পী-থাক্-পীবগী মপুবেনবী ওইরিবী লৈমা তম্ফাওম লংনা নৌরবী তালোই, অরাংবা লমদমগী ময়ায় ওইবা লমদা পান্বা খুমন্ লৈপাক্কী অমসুং য়েক্কী নিংথৌগী মচানুপী অদোম্ থিঙ্গোনহনবা কৌবা, "য়াং" পাম্বীগী মনাগী মহে (থুম্) হেকপা/লোক্পা, পাশা (সিলেট, বাঙ্গালাদেশ) গী পাসিগী খুন্/লম্দম্ "লাল্লোই" জম তৌবা, ম-রাশিংগী খুঙ্গাঙবু থুগায়-চায়থায়বা, কুচু মুবা মীশিংগী নিংথৌ ওইহুনা মখোয়গী লমজিংবা ওইরিবহুগী মচানুপা ম-রাতন্ কৌবা অ-তন্বা/অকন্ববু হাৎপা, শায়ান কৌবা পন্গী পন্মৈগী মথারোমদা লৈরিবা লমশিংদা লান্দাবা, মনীঙ-মতুংলোমদা রাংথৎলগা মথবাত্তা মরাং-মরাংবা থিংবা পুনেম শাকববু মথরাই মখি কায়নহন্বহুগী শেংলবা ঈগী মরিব্ লৌহুনা শমথহোবা, খুমনগী হাওবম শাগৈগী মচা রাজমন্ত্রী কৈবীরাম সিংহগী মচাইবেম্মা খুমন য়েক্ ওইবী, নিংথৌমচানুপীলক্তগী অথোইবী, শক্হেন্বী দময়ন্তী রানীগী য়াইফ থোইরবা তাঙ্গা মহেন্দ্র পুংফম্গী অথুম্বা খোঙফম্দা সুমিং থা অনিমক্তা

নিব্রাজ,বৈষ্ণব থোংনাং ময়াম্পা, থোংনাং মুঙ্মঙাই মুঙ্তোং-চীঙ্-তা থাঙ্লেন্ পাম্হাই সক্পা রাম লক্ষন্ থোঙ্থোং চীঙ্তা থৌ-তু মুঙ্খিন্ তাল্পা তাকল্লান্ য়াইথাং লীক্পনা নোইনাই য়ীপরী চুপারাজা লীক্লাই রাপীহন্-অো, পোইরই সনা ফম্পাল্লাংকী কোল্লোই মিংথইরেন্তি শ্রীজুৎ নোংপোক্ মেন্থোম্পা অৌরা থোঙ্লেন্ লান্চিংপা থামরন্ কোংমু-ক্রাংথোং, অৌরা চেকোং মীরোঙ্থন্পু কাঙ্গনহুন্পা হাযনা কোল্লোই মিংকৌন অো ॥ য়ীহুইবোন্ নোংয়াঙ্গ থুমন্ নিংথৌ-চমু নঙ্কী কোল্লোই নমিং-

---

থম্রাংননা থৌকমিন্নবগুম লৈমা নিংথৌ অনিমকপু অভিষেক তৌহুনা ফম্বাল তোংহল্লবদা অথোইবা লাইগুল্লবা মৈতৈ মবুংঙো ঈকাই থুম্নফম ওইরবা গরিবনিব্রাজ (লাইরববু কোকহন্বীবা মপু), থোংদা নৈশিন্-নৈশিন্দুনা লৈবা ময়াংবু ঙম্বা বিষ্ণু নক্রগা মাগী শাইয়োন-লাংওন্ অমা নীঙজবা মী-ওইবিবা, থোং মথক্তা নৈশিন্দুনা লৈরিবা, মুঙ্শিংগা মঙাই-মশেন্ ওইনবশিংগী মুঙ্ মথক্তা তোংবা/লৈবা/পানবশিংগী চীঙ্দা/কোন্নুংদা/লম্দা পাম্ হাঙ্গবগুম থাঙহাইখিবা, রাম্-লক্ষননা মথোঙনা থোংনা লাক্লম্বা-পাল্লম্বা চীঙ্দা মুঙঙৌ (থৌ) গী মতু ওইবা মুঙ (সেন্দংষ্টোন) খিন্নবা হোংনখিবা, কোকয়েক্তা মাই ওইবশিংনা লীক ওইনা থেংপনা; মীয়ামগী ওইরবা লী-ক্লাইগুম্বা ঈচা মুপাশিংগী মরক্তগী, যুবরাজশিংগী মরক্তগীসু থাইদগী অহন্ ওইরবা নঙগী ফম্বাল তোংবগী নশাগা লোই-নগদবা অথোইবা নমিংদি ঈকাই থুম্নজরিবা হায়বা রাহৈনা লৈতেংবা নোংপোক মেনথোম্বা, ঔরা মায়কৈরোমগী লাক্লিংলেন, থামুন-মচা কোংমু-ক্রাংথোং কৌবা ঔরাগী চেকোং (সগাং : SAG-AING) সহরগী অকন্বলক্তগী অথন্নববু মায়থীবা পীবা হায়না মিঙ্গৌনৌ, ঈমৌইবেম্মা থুমন নিংথোগী মচাম্পী নঙগী নশাগা

লেন্তি জয় শ্রীমতি মহারানী, নোংপোক্ ব্রায়রং চে-খোম্পী মুক্তা খাওচাও লোক্পী, লাংকোই মোইসায়া সায়া অপান্পা থোক্নরম্ থৌ-তু মুঙ্ আনচীঙ্, চোঙ্গনৌ লুপাচীঙ্ সেকমু কাইনৌ চীঙ্ সোম্-পী, সেন্পী লাক্রাইক্রেস্নু থাপা ঙকলীনপপু কাঙ্গনহুন্পী, হাঙ্গনা কোল্লোই মিংহুন্-পীরপতা, লাইরেন্ মইতিংঙু নোংপোক্ ব্রায়রং পাম্হৈপনা তুপী সনা মনীন্থোন্পু কুকিল্ খোন্তাননা পাউমেল্লক্ অে. পাইরওরেম্ য়োঙ্গপা খুমন্পচা রাজমন্ত্রি কৈপীরাম্ সিংহ পাঙ্গমা লিন্তাং সাংপা লৌ-ব্রাই হাফুরোন্কুম্.মরী চং, হা-তাংসাং কুম্- ম-তা-লাম্পা নঙ্পু লা অো, নমোম্ য়ীহুইরোন্ নোংয়াঙ্গ

---

লোইনগদবা অথোইবানমিংদি, ঈকাই খুম্নফম ওইরিবী, য়াইফরবী মহারানী, নোংপোক লমদমশিংগী চে খোম্বী, মনিমুক্তা থাঙজাও লোক্পী, মোইবুংগুম্না ঙোবা ময়া পান্বা শা শামু অঙোবা ময়াম্না লৈবা-থোকপা লম্, মুঙ্ ওন্বা ঙস্বা চীঙ, চোয়ব-চোয়রগা নৌথোবকপা লুপাগী চীঙ, অমুবা মুঙগী চীঙ্বু মায়থীবা পীরিবা থরানমিচাক ওইবী, সেকমু কাইনৌ চীঙশোম্বী. মঙক-শমদা শিবা ফজরবা লীক পারেংনা মথবাক্তা তাবা ঔব্রাগী লাক-ব্রাইক্রেস্নুবু মায়থীবা পীবী হায়না মশাগা লোইনগদবা মমিং থোন্বীরবদা অথোইব লাইগুম্নবা মৈতৈগী মবুংঙো নোংপোক ব্রায়রং পামহৈবনা ঈশিং পীবিরিবা লাইগুম্বা মহাক্কী মশাগী নীন-থোংবগী মথোনবু কোক্লিগী মথোনগী থোনফম-থোঞ্জেন্দুগা মান্ননা পাউমেল্লকখি, ঈবাই থোকপা/ওইবশিংগী মরওগী অথোইবা ওইরিবা য়োক্পী-থাকপী হৈরবা খুমন্গী মপা-মচা ওইবা রাজমন্ত্রী কৈবীরাম সিংহ, পুক্রীঙ্—ব্রাখল্গী খোয়রী মরীন্ শাংবা, লৌ ব্রা ইত্না উবা লমগী হা পাম্বীগী ফু/মরূ মরোন মরোন নাইনা মরী চংপগুম, মতাং শাংবা হা পাম্বীগুম্না মতা

খয়োঙ্গিরোন অতোন্ লোইয়ম্পা চন্নকী মপাম্ নোংয়াঙ্গিপুড্ খুমন্ সাংপয়াঙ্গীকী নোংয়াঙ্গ পারী কাং, খুমন্ পুরী তংলপকী পুরোন্ মথং সীন্, পারোন্ মথং লেংনা সেম্চ-ঞো, হাঙ্গনা পাউমেল্লপ-কীপু লোইয়ম্ নোংয়াঙ্গ নাহানা পাউখুম্ৎরেব্ঞে, লাইরেন্ কোরও য়ীনোংথৌ, ভুপী নথৌচাল্, লাইরেন্ নরন্কুকী তয়ম্ তাঙ্চা কোক্তা থোংনা পাউয়াচকে ।। তম্ফা পীমাপী জয় শ্রীমতি রানী লইমরেন্কী মপন্ নোংয়াই খুমন্পাচা, অতোন্ হাওপম্চা খুমন্ সা কোন্থিন্পা রাজমন্ত্রি মকোয় পাউনীঙ্সিংপনা, "নোংয়াই য়ীপা-চা, খুমন্ য়ীয়েল্-লু, নোংয়াঙ্গ ফেন্-তা

---

লাম-লামতুনা চংপগুন্না রাখনগী পরিং নাইবা, নহাক লা-ও, নচান্নুপী ঈমৌ-ওইবী খুমন য়েক ওইবী, মশা মশাগী লোই য়াম্না চাবা/লৈবা খুমন খীবাশিংগী মচা নিংঙোনসিগী মপাম খুমন লৈপাকী কোন্নুংদা পাল্লম্বশিংগী খুমন মপা মপুগী পারী-পুবী কাংল-তংবসিবু পারী-পুরা মথং-মনাউ নাইনা লেংশিন-শমজিন্দুনা শেমজরো হায়না য়াথং তাকপীরবগী মশাগী লোই য়াম্লবা খুমন মচাতুনা পাউখুমজরকখি, অথোইবা লাই ওইরিবা ননাইগীদি নোংদোনগী মপু ওইবীরিবা, ঈশিং পীবীরিবা লাই-গুম্বা নঙগী চানবীবা অমসুং অথোইবা লাইগুম্বা নঙগী পীনবীবসিগী মথাদা লাকদবা থবকশিং ঈকোক থোংনা-পুজরগে হায়না য়াজরে। তমফা য়াইগুম্ মপী-মপা শক্লবী, য়াইফরবী, ঈকাই খুম্নফম ওইরবী, মৈতৈ নিংথৌ লৈমা ওইবীশিংগী মপা খুমন য়েক্ ওইবা মচা, হাওবম শাগৈগী মচা, খুমন্ মরক্তগী শা/শগোন মকোন শেমতুনা লোইবা/লৈবা, লৈপাক পুখা মন্ত্রী, মালেমগী মকোয়দা লৈরিবা পাউ পুন্নমকপু খঙবা/নীঙশিংবা ভঙনা "নোংয়াঙ্গ ঐখোয়গী ঈপা-ঈচা, ওইবা খুমনগী য়েনবী অম-

লইকোঙ্গীপুঙ্ পু অসেনপা সোইপাই অহন্ পা মুকুন্দরাম্ মায়চৌ সৌরাইচাম্ পা নঙ্ পু লা-অো, য়ীমেম্ মইতেরইমকী মপাম্ নোংয়াঙ্গী চাওপপুঙ্ তা খুমন্ হান্ না খুন্ তারক্‌পতি য়ীয়ু নোংয়াঙ্গী নিংথৌ নোংয়াঙ্গী লীক্‌লাই লীপা খুমন্ সন্ কোন্ থনপসিংকী নিংথৌ ফম্-লম্ সীন্, থম্‌লাং মথংলেঙ না সৈসেম্সে,” হায়না পাউমেল্লপতা নোংয়াঙ্গী মপা-চা মায়চৌ সোরাইচাম্‌পনা, “হোইতা, নোংয়াঙ্গী য়ীপুথৌ-রাজমন্ত্রি লৌশিংপা, য়ায়রা সাথোঙ্ অরুপা হুয়েন্ লান্ ফম্ অচৌপতা থোয়মা নমাঙ্গী অোন্ তপা, থায়াঙ্ নথৌমন্ কী অোকুলেন্ লাংসম্ কাওপু তেংথান্ পা, নিংথৌ লান্‌পোং-ফি খৈপীক্ সেংনা কংলা খোঙ্ কা চাক্‌পু

---

তনা কোক্লকপা মরুমদগী শন্দোক্লকপা শরু শায়াঙ পাল্লিবা, খুমনগী ফেন্‌তা লৈকোয়পুঙ (খুমনগী অনিরকগুম্বা কোন্নুং = হৌজিক্কী ময়াং ইম্ফাল) বু শৈশক শৈথানরিবা, সোইপাই, অতনবগী চাদা-নাইদা ওইবা মায়চৌ মুকুন্দরাম সৌরাইজাম্বা মহাক্না ঐগী ইচাম্নপী মৈতৈগী মবেম্মগী মপাম লমদম, নোংয়াঙ্গী চাওবপুঙ্ (খুমনগী কোন্নু = ময়াং ইম্ফাল) দা অহানবা খুন্দারকপা ঈবুধৌ খুমন্‌নিংথৌ, অরংপা লীক্লাইগী লীক পরেং শিবা, খুমন মশন শঙ্গোন থন্‌শিংবগী নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্বা মথং শীংনা হৈথ্রবশিংবু মথং-মনাউ কায়দনা লেঙশিন্দুনা শৈশক ওইনা শেম্লসি হায়রবদা খুমনগী মপা-মচা ওইবা মায়চৌ সৌরাইজাম্বনা, “অহোই, ঈবুধৌ ঈবুংঙো লৌশীং শীংলবা রাজমন্ত্রী, শাগী-শাথোঙ্ অরুবা, লানগী লান্ ফন্ অচৌবা খুদিংমক্তা মায় লৈহুনা চেনবীরক্লুবা, নহাক্কী য়াঙনা থা/থবাক শীজিন্নবা থৌনা ফবদুগী মমল্ ওইনা লাং মরক্তা শমতুনা চংপা নাইতোম্ চংপা অথোইবা ওকচাও তোমচংপা ওইনা শরু-শোন্নবা, নিংথৌগী মনাফি লানফি

তানফংপা, নিংথৌ ব্রূন্পী পুক্তিন্নমা পোইরই লৈপাক্ ডাক্লিপা, নোংয়াঙ্গ চীন্কোয় নয়াথং লীক্লাং নপাউমেন্পু হেপ্থোক্তনা লাইরেন্ নোংথৌরেন্কী চীঙ্খোঙ্ থৌতারেম্ ব্রাক্মা মিতম্হন্পা লোইয়ম্ ব্রাংগম্ নাহা থোংনাংমারা অহোঙ্পা মনোংয়'ঙ্গ, মুরারী মায়তুব্ কোন্সাপা, অহোন্ নোংয়াঙ্গ নাহা লম্য়াঙ্গ, কাইখীন্পা বন্মালী লন্লোই খুমন্থেম্পকা পান্চি মরোন্ খিনা দণ্ড ব্রাংলেন্ পুংচা খঙ্পরক্তকী ময়ুম্ সোইপাই তাইপংচাম্পা মনোংয়াঙ্গ, কোংপা কংকারাম্ ব্রারেপ্পা, মখোঙ্গ ও মকা, সীন্নাইপীচাকুম্ পাঙ্গমা হোন্চিন্ননা সৈসেম্চরক্কে ।। তৌয়িকুম্ নোংয়াঙ্গ নপাউমেন্পু পাউঅোল্-

মশীঙ গুনা শেক্তুনা কংলা ফম্বগী মনালৌ ফংতুনা চাবগী নতিক নগুন থাগংনরিবা,মৈতৈ নিংথৌগা পুকচেল-থোঙ্গচেল তিননবা মৈতৈ লৈপাক ডাকমিন্নরিবা খুমন ওইবগা নগুগী নরাহৈগী য়াথং নহাক্না হায়ব ব্রাফমসিদগী লাপথোক-থৈদোক্তনা অথোইবা লাইগুম্লবা মৈতৈ নিংথৌরেন্গী অথোইবা মনাই শৈশক শৈদা পুন্নমককী ঈশৈহনবা, মৈতৈগী য়েকলুপ্তা চনবা ময়াং ফুরুপকী মরা অহোঙবগী মগুন্থপা কোনশমগী মুরারি কৌবা মায়তুমস্থ মিংগৌনবা খুমন ঈয়েকলুপকী খুমন নিংথৌ লময়াঙ্গ-কাইখীনবগী চাদা-নাউদা লন্লোই লৈয়াক্তা খুন্দাদা খুমনথেমগী পা-ল্লোইস্থ কৌবা বনমালীগা, পাঞ্জিগী শীনফম তৌতুনা পুংজাগী মী কুপ-নাহুম খঙলবা শোইপাই তাইবংজাম্বগী চাদা নাউদা তাইবংজম্পী কোংবদা লৈবা ব্রারেপ্পস্থ কৌবা গঙ্গারামস্থ কৌবা মখোয় অহুমকা লোইননা লশিঙ্তীনগুম পুক্লীঙ ব্রাথল তৌনা শৈওং-শৈদা শেমতুনা ইজরক্কে। তৌইগুম্বস্থং খুমন লুচিংবা নহাকী নয়াথং নব্রাহৈগা ওন্-না-তৈনবা থোক্লগদবা, হায়জবা ঙমজদে, ঈশৈ পরেং চাদবগুম ব্রাহৈ পরেং

লকপরা অসৈ পরেং চা-তা, কথোই চীন্য়াম্না য়াথং থোইরা সম্লপস্নুং লঙ্চা অয়োন্ ঙাক্পীগৈনে ।। হায়না পাউমেনচখিজে ।। ময়ু নোংম্বাঈ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ খিঙ্কোন হন্পা মনোং য়াঈ শ্রীরামচরন অতোম্ হাঙপম্চানা, নতাইরেম্ অইতি অনচি লাইয়ুম্থা, পথাপ্ উ-চা লৌনা মুক্মই নাবীন্, সোন্চবকে হায়না পাউয়ারপতা, সোক্ কুম্শীঙ্ ১৬৭১ লেপ্লিপা, লোইতাম্ ফাইরেন্ নিন্তুং নিনী পান্পা সংক্রান্তি ১১ · সুরক্পা কোরও মুমিং য়ুম্সাকইপা, খেল্লেন্ সাকোন্সেন্না ব্রাংলেন্ পুংচা লেপ্লিগৈ, স্বতি কাইনৌ থরান্মিচাক্না তোংলেন্ মঙান্ নাইনা মহেন্দ্রি পুংচা অথুম্পতা য়িরৌসেনে ।।

---

চানদনা রাহৈ অথোই-অহেন য়াম্না য়াওহুনা ব্রায়াম শুহুনা ইবা তাহুনা তোকপা হায়হন-পনহনীঙবা ব্রাফম হেন্না হায়গদবনা শস্ত্রবস্ত্র অয়োন-অরান পুন্নমক ঙাকপীবা য়াবমথৈ ঙাক্পীয়ু, হায়না পাউখুম-জহুনা রা মেঞ্জখি। মবুধৌ ওইরবা খুমন্ লৈপাক অমসুং য়েক-শল্লাইগী নিংথৌ অদোন থিঙ্গোন-হনবা কৌবগী মশু-শুথাং ওইরবা খুমন য়েক্-শল্লাইগী হাওবম শাগেগী ঈকাই খুম্নীঙঙাই ওইরবা রামচরন কৌবনা, ননাই ঐদি অঞ্জি লাইরেম্বী ময়ুম ওইরিবা চেবাং মাঙদা থাহুনা পথাপা লৈয়ি চিংহুনা মুক্না মমৈ মরী মরী শম্নবা ময়াম চিংখং-শোনগত্তুনা লাইরিক ইবগী শরুক ওইজরগে হায়না য়ারবদগী সক কুমশীঙ্ ১৬৭১ গী ফাইরেন থাগী-থা-শিথরক্পগী নিনী পানবা (খৃ: ১৭৫০ কী মার্চকী অহানবা থাখায়) মুমিংকী মঙাননা বিষুরেখাদা তাখিবদগী ১০ শুবা শরুক্কী তাংকক্তা লৈবা মতমগী য়ুমশকৈশ মুমিং অমদা শগোলশেন গ্রহগী পুংখম লৈরিগৈ, স্বাতি (১৫ শুবা নক্ষত্র) না মঙান নাইনা পাল্লিগৈগী মহেন্দ্র, অথুম্বা পুংজাদা ইহৌবা লাইরিক্কি।

# খুমন্ নিংথৌরোন্ লমুয়ান্পা

হরি হয়া কে নোংয়াঙ্গ লীকলাং য়াইমক খোইরা মরুকী লংঙুং ময়েক্‌কী নোংয়াঙ্গ হান্‌না পোক্‌মাপা, খুমন্ হান্‌না সাংমাপা য়ীম্ নোংয়াঙ্গ লীকলাং সুমেক্তি কনানো ? চীঙ্ঙু মালেম্ লইসেম্পা. কোরঙ নোংমোইপা. মালেম্ লইফম্পা লীক্‌লাই য়াইপীরেন্ সিন্তপপু চীয়েন্ কোন্‌কা খনা নাউয়োক্‌পা চীঙ্ঙু নোংলাই অহেন্‌পা, হুঙ্‌নাং নোংফুরেন্ অমম্‌পতা য়াত্তাপা য়ীনুং পুঙ্‌কোর মমুম্‌নুংকী নোংয়াঙ্গ চুপ্লেন্ ফেন্-মরক্‌না চীঙ্‌খই লৈনা খোংনায়াঙ্গকী লম হুওরক্‌পা পল্‌লেম্ মমা পোক্‌মাপী লইনুং পীসিন্‌নু মালেম্ লইপু লুম্‌পী প্যাঙ্গমা রুন্‌কোয়নুংকী

---

## খুমন্ নিংথৌরোন্ লম্‌য়ান্‌বা

তাইবং পানবগী মবুংঙো হরি অমদি তাইবং-পোক্‌পী মমা ওইরিবী অনিমক্‌পু শোগ্‌হনা থুরুম-খাজঙ্‌জরগা খুমন্‌গী পরেং ওইনা লেঙ্‌থরক্লিবা অমাঙ-অতা লৈত্রবা ওইনীঙবতা ওইরিবা য়াই মরুগী ওইরবা অতুগী হৌ-বক-শাংলকফম, খোই-রাগী মরু লেনফু/লেম্ফু, লংঙুংগুম পরেং তংহন্দনা চত্থরক্লিবা মরীগী মকোক্-ময়েক্ ওইরিবা, থাই পুম্নমক্কগী অহানবা ওইনা খুমনবু পোক্‌পী-শাংপীরক্‌পা ঈবুধৌ পুকোক্-পুরেন্ ওইনা লীক্‌লাং পরেং পরিং শন্থরকপা অহৌব। মরুত্তু কনানো হায়না থিজরকপদা চীঙ্/লাইগী মবুংঙো মালেম্‌মু শেম্বীবা, নোংম-দোনবুমু ওইবীরিবা মালেম তাইবংপান থুংনা ফন্দোক্রুনা মফম পুম্নমক্তা লৈবীরিবা, লীক্লাইগুম লংনা নীঙথিজরবা অহিংবা অচঙ্‌বা পুম্নমক্কী অথোইবা ওইবীরিবা শিবা নাইত্রবা, অশিবনা

# (১) চীঙ্খোঙ্ পোইরইতোন্

ময়ু চীঙ্খোঙ্ পোইরইতোন্, খুন্গী পোংমহন খুমুংয়োঙ্গ-চাথা, চাথা অরিপা, লইমুং পোইনাউতা অতোন্প-অো তৌনা কৌঅে ।। চীঙ্খোঙ্ পোইরইতোন্তি খোয়মা তোন্কুম্পনেঃ খোয়মা লীরেন্তোন্, লীরেন্ মাঈথম্পোং, ময়েং য়েং-নমুং মতোম্ তোন্-না পোংপলীনিকীনা তাইপং নোংসাপান্পা পুঙ্ অসিতা হিংনা চাপা মরম্সু, মুন-না চাপা মথেন্সু খুংসু খুংলাই চা-নপা মসীঙ্ সুন নোংতম্পীরম্পা পোইরই মইতৈ থোংনাং ময়াং, তথেন্ লাংথা লালুং, কেকে মোইরাং, সেন্গী কপো, চাকোং তাংখুল, কপুই লম্-সন্, তরাও তরই, মবিং নাসেন্, চক্পা তাংপা, খবম্ মন্ং পুম্নমপু চাকু-চা ফি-সেং তই, যোঙ্গনা চান্না রাপু নোংতম্পীরপতা ময়ু চীঙ্খোঙ

চঙবা ঙমদ্রবা মহাক্পু অথোইবা মচানা মকোন কোয়না খাণ্ডি-ন্দুনা নাউয়োক-নাউকোল্লিবা লাইশিংগী মবুংগো ওইনা নোং-মদোন থঙ্কী লাই ওইনা তেংবনবদা লৈরিবা হেল্লবা ফজরবা-শিং নান্না ফজরবা মুঙগুণ। নোংগী অথোইবা মহুম মকোন/ ময়ুম ওইরিবা অমম্বা নংমদুদা য়াহিপ্নরিবা, অমম্বা অহিংগী পুংফমশিংনা কোয়শিন্নু। অমম্বগী ময়ুম ওইরিবা মন্থংতুগী নোংয়াঙ্গী মতম ওইবত্নু। অপান্না চঙশিল্লকপত্নদা চাংচৈথেদা মঙাননা লৈ শাংলকপগী, অঙাংবা লৈনা পাল্লকপগী মতৌগুম নীঙ্থীজরবতুগী ময়াঈদগী হৌগং-লেপথক্নু না। চোঙ্থোক্পীরক্পা, মহাকপু হেক পোকপীবকুপী অপোকপী মমা লৈ-তুং কৌবা লৈয়াংকী লমদমগী মপী-মমাগী মহুং শিননবী (পং য়াহৈনু) কৌবী, মালেম লৈপাক লৈমসিবু নাউপ্যবকুপী হায়না মিংথোনবী পাইমা মতাক্কী পীরক্রুংদগী

পোইরইতোন্ লইমুং পোইনাউতা অতোন্‌প-ও অৗ তৌনা কৌ-ত্রে ।। নম্মু চীঙ্‌খোঙ পোইরইতোন্‌তি কোল্‌লোই মিংথোন্‌কীপু চুাপনে ।।

নপেন্ লাইনাউতাপী, খুমুং ঙানপা মপু নিংথৌচম্মু চরঙ্গ লাকাপানপু খোঙ্গখইনপী লাইচম্ খোংথোঙ্ সেন্‌পা, চীঙ্‌য়াঙ্গ সাফা থেঙ্‌পা, লইমুং থরো লইচনপচম্মু লইহনমু, থম্মুং লৌরী

## (১) চীঙ্‌খোঙ্ পোইরৈতোন্

নবুধৌপী মিংলেম্দি লাইগী হেক্ ঙম্থং ওইবা, পোইগী লৈপাক্কী মী (নিংথৌমচা) অতোন্‌বা পোইরৈতোন্, মপী নব্রগা খুম্বাও/খুমেন ওইবা খুনগী অহানবা মী, অরিবা মনাংনা য়োক্‌পী শেনবীবা চাথা কাংলুপকী ওইবা মী, চাথা ময়ামদগী লিরবা/ কুইরবা শাগেগী ওইবা, লৈমুং কৌবা লৈয়াংকী পোইগী মচা মরওগী অতোনবা তারবা-ওইরবা লৈ-মুংগী পোইনাউতা অতোনবা হায়না কৌই । লাইগী ঙমথং ওইরবা পোইরৈতোন্দি পাম্বী-শীঙ্‌বীশিংগী মতোন্না মথক থংথগুম পুম্নমকী মথক্তা লৈবনি । পাম্বী ওইবা লীশিংগী মরক্তমু থ্‌াইগী মথক থোংবা, থম্বালগুম্না মতাংগী মরক্ ময়াঙ্গদা পোংথোক-চাওথোক্‌পা, মপাঙ্গল কনবা মগুন লৈবদমু মতোমতনা পুম্নাহন হেল্লবা, অথোইবা লীগুম্বা ওইবনিনা টাই, পোাশিংনা মমিৎক্তা মঙাননা তারিবা লম অসিদা লৈরি-পাল্লিবা পুম্নমকী হিংনা চাবা য়াবা পুম্নমক মরম শুনা, মুলহল্লগা চাবা য়াবা মথঙ্গ-মাথেল হুমা, খুংগু-খুংলায়, চান-থরুবনচিংবা মথল শুনা পুম্নমক্ পুথোক্তনা পীবীরম্বা, পোইশিংগী লৈপাক্কী মৈতৈ, থোং মথক্তা নৈশিন্দুনা লৈবা ময়াং (ডিমা-সা: কছারী), খাথংবগী লৈপাক তথেলগী লাংথা-লাল্লুং, কেগে লমদমগী পোইরাং, শেন (বল্‌মেটেল/ব্রোঞ্জ)

সেন্‌পা, মুঙ্ওক্ সঙ্সা মথেন্ তইপা পুরোইলেম্‌নম্ব পাঙ্গমা লিন্‌কোয়কী থম্‌চীঙ্কোন্ হায়রেপা, থম্মুং থোংঙাইপা রায়েন্ চুম্‌পনা পোক্‌পী-লইমা লাইনাউ তাপী পাঙ্গমা লিন্‌কোয়কী—

---

পীবা লমগা কবো শান্) চাকোং চীঙ্মী তাংখুল, লম শীন্ন-থুংনা লৈবা কবুই, তাবুন কোকয়েং লৈ শিন্দুনা য়েংপা তবাও, উনা-শীঙনা শেন্নবগুম লুমগনবা মবিং, তাংতুনা লৈবা চকপা. লম মনুং হুপ্তিন্না খুন্দাগনবা থাব্রম. কাংলুপশিং অসিবু ফিজেং চাক্‌চা তোপ্পা তোপ্পা মান্নদনা পুন্নমকপু চান্ন-চীন্ননা লৈমিন্ননবা শেম্বী শাবীরম্ববগীদমক নবুধৌ চীঙ্খোঙ পোইবৈতোনবু লৈনুং পোইনাউতা অতোনবা হায়না কৌই। নবুধৌ চীঙখোঙ পোই-বৈতোন্দি থোক্লিবা মিংথোলসিগা চপ চানরবনি।

নরেনধৌ লাইনাউতাবী থায়ঙৈপী ঙানবা কাংলুপকী মপু ওইবা নিংথৌগী মচা ইবেম্মা, লাগুম পারবা অঙৌবা ফিবু খোয়গী মপা, থাঙদা শেংলিবী, থোংগী থোংখোঙ ঙাক্লি শেল্লিবা অচম্ব। লাই ওইরিবা, চীঙ্গী চীঙয়ায়দা লৈবা শাশিংবু লোয়বা-থম্বা ফাওবা ফাবা, লৈনুং লৈয়াংকী মুপী ফাব্রবা মচী কোম্ববা ঈরোই, লৈপাক হন্দুনা লৈব্রোন্দুনা মুংঙাইনা লৈবগুম লৈরিবশিংগী নিংঙোন্, মালেমসিদা থাইদবী হাননা মরু-মরাং থানবা লৈপাক তৌরবা-হল্লবী, থায়নঙৈদা লৌউনবা লৌবী শেম্বা, মুঙওক্লা লৈনুংদা লৈননবা মকোন শাবগুম শঙ মথল-মথা য়াম্না শাতুনা লৈবা, শিংগী নিংঙোন পুরোইলেমমুম্ব (অঙোম পুবৈরোম্বগী মচানুপী) গী পায়মা পীবুকনুং-দগী পোক্লকপা থমজীংকোন হাঙ্গইবা, অশি, লৈপাকী থোঙদা ঙাইতুনা অচুম্বা রায়েল্ তৌবা মুপাতুনা পোক্‌চবী মৌগী শীঙদা চল্লবী লাইনাউ তাবীগী পায়মা পুবুকনুংদগী—

## (২) সীঙ্তাপুং সীঙ্মিংনপা

নয়ু সীঙ্তাপুং সীঙ্মিংনপা, খমলই অোন-তেপা, সল্লাই হুল্লাইপা, খমলই মীমুংকোন্ সল্লা মীখুয়োনকী অোন্তে-পনা মীক-বাং মীক-তোং, মেবা মেন্-তোং অভাই অভাই চিবাং, কুম্-চন খা-চন্, মিকোন্ য়িবাং লাইসোন্, কুম্-সাখাসা পুমনমপু লইমুং খল্লারেন্ অহন্পকী চীন্কোয় মতীন্মেন্পু হেপ্থোক্তনা অমন্ সিয়াঈমুংকী খিংলও নীঙ্না তে-না হুল্লাইপা নয়ু নীঙ্অোন্ সিহনপঅো তৌনা কৌ-খে ।।

নপেন্ সন্থোঙ পুনেম্প-চনু, চীঙঙ্ মালেম্ লইসেম্লিপা থোইমোম্ সন্থোঙ্ নামুপনা য়েন্পী সন্থোঙ্ পুনেম্প-চনু পাঈয়া লিন্কোয়কী—

---

### ২। শীঙ্দবুঙ্ শীঙ্মিংনবা

নবুধোগী নিংলেন্দি শীঙ্দা তাবা ঈবুংঙো, শীঙগী মমিং লৌহুনা মিংথোন্নবা শীঙদবুঙ্ শীঙ্মিংনবা, অখন্না অশিবগী লৈপাক্তা চংলু-য়োকরপা অমুক হন্নক্ুনা মশামক ওইনা লাকখি-হন্নকখিবা, অশি' লৈপাক্কী অশিবশিগী লৈফম, মীয়াম্না লৈতবা লৈরোন, অশি-লৈপাক্কগী হন্দুনা লাকপসিনা মরু ওইবা মীশিংবু খুরুম-খাজঙ, চঙ্জ-নোঙ্গহুনা, মথোয়গী মায়কৈদা তোংহুনা, ময়া-খংশিং পাংথোকতুনা মেরা খাদা ফম্বাল তোংহুনা মালেম পুরিবা লাই-তীন্শিং তাইনা-মেন্নবা ঈবাং-থৌনী ভৌহুনা, লাইশা-শরেন কৎচন্দুনা, কুম-খা পুরিবা লাইশিং খুরম-খাজঙহুনা কুম-খা লোয়শিন-চনশিনবা, খরাই-মি কোনশিন্নবগী ঈরাং-লাইশোন, কুম কননবা কুম পুরক্কদোরিবা লাইদা ঈরাং-থৌনীহুনা মহৈ-মরোং চুন্নবা

## (ত) পনুথৌ পাম্মিংনপা

পা-ম্বী হন্‌চিন্‌না পন্‌থৌ তে-সিন্‌ননা থম্বা সকুলেন্ অোননা সান্‌অোন্‌পা, সীঙ্‌লেন্ লৈরোংমা লৈরাং মচু নীকুপপু মায়রঙ্গ ননা তে-সিন্‌পা পনথৌ পামিংনপ-অো তৌনা কৌঅে ।।

নয়োন্ কোরও হুইমুলইমা নোংচেং য়াম্‌প-চন্থ মরোন্ য়াম্‌না সান্‌অোন্‌পী খোইমোম্ সনথোঙ্ ম্বাখায়চেং খায়চেং অহন্‌পা না-ম্নি চাওপা পুঙ্ মায়রেম্‌পনা য়েন্‌পী, লাইরাকুম্ সোইয়ান্‌পী, লাইকুম্ তোল্‌লোংপী, হইরীকুম্ লোঙ্‌চুম্‌পী কোরও হুইমুলইমা নোংচেংয়াম্‌পী পাঙ্গমা লিন্‌কোয়কী—

---

কু।শাবা-থাশাবমচিংবা পুন্নমকপু লৈন্থং লৈয়াংকী থম্বারেন অহনবগী মম্বাহৈ-ময়াথংবু হাক্তোক-হন্দোকপা তৌদনা অমনবা-অশিবশিং লৈকম্ লৈনুংগী ময়ায়দগী তুংলোমদা খোঙকম হল্লকতুনা নীঙ্-লোম্‌দা লৈহৌরবা মালেমদা হল্লকপা নবুথৌ মালেমলোমসিদা অমুক হন্না তুংলোমদা ওল্লকুনা শিরুরবদগী হল্লকপা নীঙওন শি-হনবা হায়না কৌই।

মবেন্‌থৌ শন্থোঙ লাইয়িংথৌবু খুকমজবা শন্থোঙ্ পুনেম্বগী মচানুপী, লাইশিংগী মনুংঙো মালেমবু লৈ-শেম্বীরকপা পা-পা অনিমক ওইবা ওম্বা লাইয়িংথৌ, মতীক ময়াই চাওববা, মহা মনীল কম্লবা শন্থোঙ্ লাইয়িংথৌবী চাদা-নাউদা ওইবী নিংঙোন শন্থোঙ পুনেম্ব চত্পী পায়মা পীবুকত্নুংদগী —

---

### ৬। পন্থৌ পামিংনবা

ম্নপা ওইবগী মম্বী অমুক হম্রিন্দুনা, — ঈগী মরু পনহনবগী খুবক-থৌদ্ব য়াশিন্নহুনা থম্বাইগী অথোইবা মশক্তুনা, মশা মহকচাং

## (৪) নুংপান্ খুন্থিপা

মমু নুংপান্ খুনথিপআো তৌনা কৌঅে ॥ নমু নুংপান্ খুন্থিপতি কোল্লোই মমিংথোংকীপু চুনপনে ॥

নপেন্ কৌপরোন্ নামোইশু, কোপা চীঙ্লেন্ পাল্লংলা মণ্ডল্ অমং ব্রাংপ-চীঙ অমাং কৌপা চীঙ্লাংথইপু অমৈনপা-চমু পাঙ্গমা শিন্কোয়কী —

---

গুন্তোকলক্পা, উগী অমোইবা ময়োন গুইরিবা লৈগী মরোং অমনা লৈনাগী মচু লৈচু শিথরকপবু য়াকুদনা মমায় লৈথোক্লপা অমুক হন্না যাশিন-হঞ্জিনবা, মপাগী মমিং অতুমক্লা মথাগী মমিং অহুম্মক গুইবা পন্তৌ পামিংনবা হায়না কৌই।

নবেনথৌ অভিযাদা লৌছুনা-য়ান্দুনা লৈরিবী, অমুবা হুই, অ-ন্থগী মবেন্ম। ওইবী কোবৌ হুইমুলেমা, নোং ঙাইহাক লৈতনা থাংবা/য়ানবা নোংচে, য়াম্বগী মচাকুপী, শাইয়োন মরোন য়াম্না, মশক-মশা ওন্তোকপা ওম্বী, নুপা-নুপীগী মতীক্-মমাই পুম্না চেল্লিবা শন্তোঙ লাইয়িংথোগী মশাদগী থাম্দোক্লকপা ব্রাগী অথায়থা মচেৎ ব্রাথায়চে, থাইজেং অহনবা কৌবা, নাপদা নায়িন চাওনা শিঙনা মায়থোং মপুঙ কানা, লেমনা-নীঙথীরুবদগী শমথবকপা ঊগী মরীদা পোক্লক্ শাংলকপগী নিংডোন্, লফু লাইরা/লেম্রাগুম্না মশোই/চাবা য়াম্না চেংঙবা, হৈ-লফুগী মনা লাঙ্গুম মতোন লোঙ্থোক্পী, হৈ রীনা ম.র'ঙ্-মরোঙ মহৈ চুন্না পানবগুম্বী নোংমদোন্গী অয়ুক, অমম্বং হুনিদাংব্রাইরমগী য়াচঙবগী লাইরেম্বী, অমুবা/অমম্বা নোংনা অয়াম্বদা খঞ্জিন্দুনতা লৈগনুবী কোয়ৌ হুইমু লৈরা নোং-জেংয়াম্বীগী পায়মা শীয়োমমুংদগী—

## (৫) মুংপান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিপা

নয়ু মুংপান্ হোঙ্নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিপা চারোন্ ৫ তান্-ফংপা, মুরোন্ ৬ লোন্চিন্পা পাখং কুম্চিং লোন্থোঙ্ ৫ তান্ফংপা, মুরা কুম্চিং লোনথোং ৬ রায়চিন্পা কৎতরঈ নেংচি-ন্পা, য়াম্তরঈ চায়চিন্পা চীরীক্ য়োংকাংলৈ, চাহুই কাঙ্পরৈ, কৌপা নোংপু-চীঙ্কী মরেম্ তাংনেম্ চাকান্লাই অখ্ং পপু কায়নহুন্পা, লাৱাই লাইসোইরেন্, সোইরেন্-চাপীলোক্, য়াংলা হইতুপ্ পোক্, মোংপা মুম্চাও মান্ সাংতি লোন্কৌ-চীঙ্, ময়ুম্ লুৱাং-ৱাহায়না, চীঙ্লেন্ অৱাংপপু লা অৱাংপ-অো কৌঅে; লা অৱাংপতা পুন্সি হাঈহৈ সক্না হোঙ্নেম্-অে হাঈপকীপু, হোঙ্নেম্ লাৱাং নিংথৌ পুন্সিপা, চীঙ্লেন্ পল্লংলা অৱাংপতা মতোম্ ৱাঙনপ-অো তৌনা কৌঅে ॥ নয়ু মুংপান্ পুন্সিপতি ঙারা থাঙ্থোং-না, সরেং মইহুন্না, শাচীক্ মতুং য়িন্, থাংপা মমই রাই, কোরও নোংথাঙ্কোন্ কসা লাইঅোইফপনে ॥

---

### ৪। নুংবান খুন্থিবা

নবুধৌ লুৱাং য়েকওইবা পিবা খুন্-থিবা হায়না কৌই। নবুধৌ লুৱাং য়েক ওইবা খুনথিবদি মশাগা শাগোন্নরিবা মনিং-সিগা চপ চানজবনি।

নবেনধৌ কৌক্র লমখৈনুংদা পানবা মোইরাং য়েকওইবী নিংঙোন্ নামোইনু, পনগী লংলাগুম পরেং তত্তনা লৈরিবা কৌক্র চীঙজাও, নোংমদোন য়োনা অৱাংনা ঈনথংলিবা চীঙগী অৱাং থংবা শরুক্তা লৈবা নাপোম হুইথরকপা শরুক চীঙ্লাংমৈবু শৈশক্-শৈথান-রিবশিংগী নিংঙোনসিগী পলেম পীবুকমুংদগী—

হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্‌সিপভি কোলম্মোইর মমিংথোংকীপু চুনপনে ॥

---

## ৫। নুংবান হোঙ্‌নেম্ লুৱাংনিংথৌ পুন্সিবা

নবুথৌ লম্ মন্নুং হুন্‌জিন্না পানবা কাংলুপগী পিবা হোঙ্‌নেম্ লুৱাং নিংথৌ পুন্সিব, মচাদা মীরোন্ ৫ য়োনা ফংবা, মশুদা মীবোন ৬ য়োনা লো নশিন্নবা ফাওবা হিংলম্বা, পাখং ওইবগী মথোক কাবক্পা পুন্সিদু ৫ বক হুন্-না ফংবা, নুজা ওইবী মথোক কাবক্পী ৬ লক্ হুন্না য়ুম্বানমিন্নরকপা, ফল্রে হায়রবস্তু নেৎশিন্-নমশিন্দুনা খম্বা, যামদ্রে হায়রবস্তু হাপচিন-চায়শিনদুনা শেম-শাবা, চীবীক্ চীবীক শৌবা ঈমায়বু থক শিন-য়োংশিনথিবা, ফাংনা শাৎপা লৈ — কোঙ্গোলগুম্বা পুন্সিবু মচা-মশু, চাদা-নাউদা শমথ-হুইথবগী পোবম মথং মথং কাওবা পুন্সি ওইনা পাল্লম্বা, নোংগী মপু ওইরিবা নোং পুদুনা নোংনা কুপ্তুনা কৌরু চীঙগী মারেম্ চীঙ্‌মী কাংলুপ্‌কী তাংনেম কৌবা চাদা-নাউদা কাংহন্-কান্‌হন্‌বা মীবু খংহন্-কিহবা লাইবু মথৱাই-মমি কায়নহনদুনা, মায়থীবা পীবা, খুঙ্গংগী লমদা লৈবা ল ইগী অথোইবা ঙা ফাফম্, শোইরেন চাবীলোক কৌবা, হৈতুপ য়াম্না পান্‌বা যাংলাগী লম্, য়োঙ্গমোংবনা হৌদোক্লম্বা য়ুমগী মওং মানবা, শাংনা তিংলগা লো-নশিন-ফেঞ্জিল্লা শাবা ফি ফৌবগুম্বা চীঙদা, পানবা লুৱাং য়েক্কী মরোন্না হায়নবদা অথো-ইবা অৱাংবা চীংদোন্‌বু "লা অৱাংবা" কৌই, লা-অৱাংবদা পুন্সি নীবগী থৌনীবগী ঈশৈ শকতুনা অহোঙ-অচাও থোক্লা ঈরাং-থৌনী তৌরগা পীজ-পীথক তৌদুনা হোঙ্‌নেম্‌বগী থৌরম পাংথোকখি হায়দুনা হোঙনেম লাৱাংনিংথৌ পুনসিবা, অথোইবা চীঙজাওগী পনগী নংলা ওইবিবা অৱাংবা চীংদোন্দা মতোমতমক ৱায়েন

# খুমন্ নিংথৌরোন লম্পুপা

**শক্তাক্-শবক্তমপা**

হয়া হে, .নাংয়াঙ্গৈ লইমাপা; খুমন্ হান্না খুন্তাপা, অতোন্ হান্না খুল্লিংপতি নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ কনানো ?

নপেন্ নোংয়াঙ্গৈ খুল্লইমা চীঙ্ঙু থমচীঙ্কোন্ হায়হৈপা সন্না ভেল্লোঙ্ লম্মপাক্কী থৌ-তু ফুঙপাক্ থক্তা মু ক্তি লৈকম্না কাকং লৈঅোইনা, লীচই তোধান্ সুনা তাইপং নোংসা পান্, পুঙ্ময়োন্ অসিতা কাওবেন্ সন্না তান্পা মল্লা মসীঙ্ ব্রাংপতি তালোই তুক্নুংসি, থংলেন্ ব্রানুংঅোন্পু অোইনকুনো, কাওবেন্ তন্না তাম্তপা মল্লা মসীঙ্ ব্রাংতপতি তালোই তুক্নুংসি থংলেন ব্রানুংঅোনপু অোইন-অো হাঙ্গৈ। লাংলোই সীঙ্যা হেপ্

---

থেঁচাক্না পাংবা হায়না কৈই। নবুধৌ লুব্রাং পিবা পুন্সিবদি ভাবা ভাবু থাওজী লেন্দুনা, শবেংবু মৈদা লৌত্থনা মবাং কাযনা পাল্লপদগী শজীক মঙ্গুং ইন্দুনা থ্যবাগী মমৈদা পাযত্থনা নো-মন্দোন্দা লৌত্থনা যন্দুনা লৈবিবা নোংথাঙ্গা মযুম-মকোন্ ওইবিনা মকম্দা লাইবক্কী নোংদম পীবীবা-লাই ওইবদা নাঁঙথি কজনা ওইথিবনি। হোঙ্নেম্ লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিংবদি মশাগা লোইনব্রিবা মিংথোন্সিগা চপ চানববনি।

### খুমন্ নিংথৌরোন লম্বুবা

**মশক্ মশা তাক্পা**

হে তাইব-পোকপী মমা, ঈমা নঙ্বু খুক-জবি।। খুমনগী লৈপাক্ ভাক্পি শেন্বীথিবশিংগী মনুংদা থওাইদগী ঈহান্-হান্না খুমন্ হায়বত্থু ওইনা খুমনগী খুন্ লিংথিবা খুমন্ নিংথৌ অত্থুদি কনানো ?

সায়েন্ মীয়ুঙ্ লাংপু য়েন্‌লিপা, সুক্‌মু খন্‌পা য়াঙন্‌পা, লাংয়া খন্‌পা য়াতেম্‌পা ভান্‌পা খুম্বুং নিংথৌ-পাঙ্গমা লিন্‌কোঙ্গকী—

নয়ু লুংপা অহন্‌পকা, ফুঙ্‌থোঙ্‌ভাই অতোন্‌পকা ২ মা সাংমনন্‌নে ।। মসানৌ ফুঙ্‌থোঙ্‌ভাই অতোন্‌পতি লুয়াং লংমাইপা কৌনা ফুংপান্ সল্‌লাই অঙন্‌পতা লীক্‌লাং সুমেরু ওইনা চিংচথিঅে ।। মসাগী লুংপা অহন্‌পতি—

## নিংথৌরোন্ অথং-মনাউ নাইনা

নবেন্‌থৌ লোংদোন অয়াংবদসু নত্তবা লৈথা অনেম্বদসু ওইবা লমদম নোংমা ময়াঙ্গ ওইনা লৈবা অতোংবা লমদমদা পানক-শিংগী খুন পুম্নমকী মথেম্মা চাঙ্‌গী ল'ইপী মবুংঙো থমজীঙকোন হায়রৈবা কৌবা, উচেকশিংনা চাক্তাতুনা লৈবা তেম্লোঙ লমপাক (হৌজিক্কী ফাষ্ট এম: আবগী কাটব গার্ড লৈরিবা মক্কমতুগী অকোয়বগী লম্পাক) কী ফুঙ্‌পাক মথক্তা মুংফিবু লৈরুমফি ওইনা ইন্দুনা, ভবোংফিবু লৌপাক্তা থাবগা হিপ্না-য়াওন্নবা ফি ওইনতুনা খুত্তা লীচৈ অকোনবা পায়তুনা যম্নগা, তাই, পোংন-চিংবা মীশিংনা ফুংশাগী মভান মরক্তা পাল্লি-লৈরিবা মফম-লমদম-সিদা—ফুপী মমল তম্বদা শন্না মমল পীবত্থু পীদবা, ফুপী মমল মশীঙ য়াংনা পীবতুদি বাবম-থৌরম পুম্নমক তানবদা লোইনবী ফুং-শিবনী মতু ওইগদবা ঈশাগা হেক থংনরিবা ওইনা লৈগদবা, ওইনা-অপাম ফুংওনবা পোক্‌পা মরা ওইদবত্থু ওইবগনু, শননা মমল পীবতু শন্‌শীঙ হন্থদবা ফুপী মমল্‌গী মশীঙ অমতা য়াত্তবত্থবু য়া তানবদা লোইগদবী, ফুংশিরবী মতু মশাগা হেক থংনরিবা পুম্নমক্তগী অথোইবা ওইবা হেক উজবদা ফুংওন্নবা মরাবু ওইনৌ হায়না লাং পাম্বীগা লোইননা হৌরিবা উপান-য়াপান্‌গী মনাক্-ময়া

# (১) লুংপা অহনপা

খোইমোম্ লাইমই-রাই চীঙ্ঙ্ লাইচুং সম্-না খোইমোম্ গোংতম্পা মথৌথাকা পোইরই মপুঙ্ লাকনা নোংতম্পীপা, খোইমোম্ মতৈ হৈ চীঙ্ঙ্ মঅোন্ হকপন্তি ময়ু খোইমোম্ লাইঅোইপা ৫ মনা সনা কোন্‌ফু তিনকুম ত্রিন্‌সিন্‌পীপা লুংপা অহনপ-অো তৌনা কৌঅে ।। নোংয়াঙ্গ হাননা পোক্‌পা খুমন্ হান্না সাংমাপা লুংপা অহনপকী কোল্‌লোই মসঙ্‌ফম্তি কংলই মতায়মা লইমা পিয়াইন্না মংসঙ্‌রায়, লিংথৌ খোংখুপনা মংলিঙ্‌রায়, অরাং মুংপী চীঙ্‌তাবেম্পু নাতৈননা কংলা সঙ্‌চীমপু ঙম্‌লোন্না হাওরী-হাওতোন্না য়েন্‌খোঙ্ য়েন্‌সনা মনুং-লীক্না নোংতা য়ান্না চীঙ্‌হঙ্গ তঙ্গরেন্‌পু থৌথাম্‌কম থময়াঙ্ খোঙ্-কাপ্‌রাইতা খুন্‌তাপনে ।। অতুনোংকীপু তুপীবেন্না য়োঙ্গ-চাতা, লাইরেন্‌তোননা য়োঙ্গচানঅে হাঙ্গপকীপু নোংয়াঙ্গ য়োঙ্গপা খুমন্ নিংথৌ লুংপা অহনপ অো তৌনা কৌঅে ।। নোংয়াঙ্গ

---

নক্কা কমত্থনা মীগী মশা মশাগী ওইগদবা রাফমগী রায়েল্ তৌরিবা, শুক্কা, মুনা-ময়া লৈবিনা অইবং লীচং শাজংকী রা অঙনবা অচুম্ববু ঙাংবীবি হায়বীবিবা, উমং-রামংগী থংন-চৈনবগী রাথোকতা রাফমবু তেমশিন ইশিল্লিবা ঙানবা য়েক্কী থায়নঙৈ নিংথৌসিগী মচা নিংঙোননিগী পলেম শীয়োমনুংদগী: —

নবুথৌশিং লুংবা অহনবগা নুঙ্‌থোঙ্-ঙাই অতোন্‌বগা অনিসি পোক্‌মিন্নে । মনাউ নুপা নুঙ্‌থোঙ্‌ঙাই অতোন্‌বদি লুরাং লংমাইবা কৌহ্না লুরাং শন্দোক্লকপা, মতীক্-ময়াঙ্গ লৈবা লীক্ লাই লীক পরেং হোৎফম্ অহানবা মরু, লীক্‌লু ওইনা লুরাং মচেৎ অমগী পুকোক্ ওইথি, অদুগা ময়াম্বা লুংবা অহনবনা—

খুমন্ নিংথৌ লুংপা অহন্পকী কোল্লোই মসঙ্ক্মতি অতুম্নং মতোম্তে ॥ হাওরই নোংপোক্লা পাংপরম্ কংলই লম্-মখা, লাল্লোই লম্মক্কী রাইরং নাতেন্না সেল্লোই মতাঙ্গমা লংমাই নাক্পক্ য়িন্, ল্মাই চীঙ্সাং নাপোম্ ফৈতোঙ্গ সম্, খৌপান্ লম্মহন্তা খুন্কুম্ফপা, মতাইরেম্ নোংয়াঙ্গ কোক্চা হিরুপা, খুমন্ লাইরম্নীন্ অসৈনপানা হান্না ভাইপরম, লইমা পীতোল্লাপী মতুয়া, অহও তোংকন্-সা মখুরোন্, কোক্চা-বোম্না কোইপবম্, লাংয়েন্ লাংনা ভাক্পরায় থৌপান্ লম্মহন্, খোইমোম্ লাইচা যীমাপা তুপী চীবোঙ্ হাইনাইপনা কোইপা

---

**নিংখৌরোন মথং-মনাউ নাইনা শমথরক্পা —**

**১ । লুংবা অহন্বা**

স্নপাস্নু ওইবা নুপীস্নু ওইবা ঙম্বা লাইশিংগী মমৈ তাথর-ক্পা, চীঙ্গী মবুংঙো লাইশিংগী মঙং ইল্লক্-শমথবক্পা ওইনা পা-পীগী মহী-ময়াই-পুন্না চেন্বা লাইয়িংথৌ তাইবং পুন্নমকপু নোংদমলিবা মহাক্না পীরক্পা-থা-রক্পা মথৌগী থৌদা পাংথো-ক্পা ওইনা পোইগী-লৈপাক্কী মওং-মতৌ মপুঙ্ ফানবা-শেম্বী শাবীতুনা পাল্লম্বা অথোইবা লাই ওইনা তেশিন-হঞ্জিনথিবা হৈবা, চীঙ্গী মবুংঙো ওইনা ওন্নীঙ্বা মশক্ মওং ওন্বা ঙম্বা মবুধৌশিং অথোইবা লাইগী লাইশকমক্ ওইবা ৫ মক্না সনাগুম্বা কোন্গী চফু অমতদা কোন্/ধাতুশিংনা তিন্শিন্নবগুম তিন্শিন্নবগা ওইরক্পা লুংবা অহন্বা হায়না কৌই । খুমন্ শিংবু খাইদগী ঈহান্ হান্না পোক্পী-শাৎপীবা লুংবা অহন্-বগী মশানা লৈবা ময়ুমগী শঙ/শঙ্গাই শারিবা মক্ষম্দি খোঙ্গং-খুৎকংবা লম ওইনা মী য়াম্না খুন্দানরিবা লম্গী মক্ষম্ লম্দম্

মরম্থৈ, য়োঙ্গীপু খোইমোম্ লাইরেম্মা থৌপান্ লাইচা য়ী-মপু খোইমোম্ ফুনীঙ্ য়ান্নীঙ্ সৌপী মতু-য়া, থৌপান্ লম্মহন্তা খুন্তা-নিংথৌ, লুংপা অহন্পও ভৌনা কৌএ ॥ নয়ু লুংপা অহন্পতি কোল্লোই মমিংখোংকীপু চুনপানে ॥

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা থম্মোইরেম্পী, নিংথৌ য়েন্তং-চম্বু ঙানুরোন্ মচেং পা-চা-মা, কাইরে ময়েল্লুম্নে ॥ লইমা থম্মোইরেম্পী লিন্কোঙ্গকা—

অমা ওইরিবা মকেম্মা শীঙ্দা চল্লবী পীয়াইম্বনা মং/মোংক্ষম শঙ্লিবা মফম্, নিংথৌ খোংখুবা কৌবনা মং লিংলি-থম্লিবা মফম্ অরাংলোম্গী চংননবা লম্বী ওইনবা চীঙ্দায়বেমবু লাম্হোক্লগা কংলা (২৪·৮৪$^0$ অরাং, ৯৩·৯৪$^0$ নোংপোকী গী শন্দোক্লিবা লমথৈ অমগা হেক্ লোননা লৈরিবা হাওরী-হাওতান্ কৌবনা য়েন্গী মখোঙ্ অমম্বং মশা-মনুংগী মরী, খোইরীনা নোংথক্তা য়ান্দুনা চীঙ/শাইনা তৈ-থরক্পা মহৈ, লেন্/উনবু হেন্না তাবীবক্তুনবা ঈরাং থৌনীথিবা মফম্, খময়াঙ্ খোঙ্কাপরাই কৌবা মফমদা থুন্দাবনি। অসিগী নুমিৎসিগী মরম্দগী ঈশিং শীবীবা অথোইবা লাইনা থ.াইগী ওইনা ঙাকপী-শেনবীবনু তৌদনা অথোইবা লাইরেন মতোন ঈথং থংবনুনা ঙাকপী-শেনবী হায়দুনা খুমন্-শিংগী মবক্তা ঙাকপী-শেনবীরিবা খুমন নিংথৌ লুংবা অহন্বা হায়না কৌখি। খুমন্ নিংথৌ লুংবা অহন্বগী লৈননবা ময়ুম শাবা মফম্দি অতুনম্বু লোয়বা নত্তে। হাওশিংনা লৈরিবা নোং-পোক্ মায়কৈ পাংবরোম্দা তম্পাক্ লম্দমসিগী ময়ায়গী মথা-রোম্দা চথরবগা লাল্লোই লৈয়াংকী হৌফম ঙমথৈগী নোংপোক্কী লমদমশিং লাম্হোক্লগা লৈরিবা শেল্লোই লৈয়াংকী লমথৈ মতায় অমদা নোংমাইজীঙ্গী চীঙ্শাংগী নাকন্দা চংলগা নোংমাইজীঙ্গী

## (২) য়োঙ্গৈরাঙ্ পোক্ পুন্সিপা

নম্মু নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ য়োঙ্গৈবাংপোক্ পুন্সিপঅো হৌনা কৌজে ।। নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ য়োঙ্গৈরাংপাক্ পুন্-সিপা কৌপতি কতৌনোংঙ্কীনো ? মম্মু থোইমোম্ লাইয়িংথৌ থৌপান্ লাইচা য়ীমাপা, তুপী চীয়োঙ্ হাইনাপপু থোইমোম্ য়ীকুম্ য়ীকা লাংপপু লাং-য়োন্-তা. নোংয়াঙ্গৈ পোক্মাপা, খুমন্

---

চীঙ্শা নাপোম্শিং তোয়না ফৈছুনা লৈববতু শম্জিন্দুনা লাল্লগা লৈবা থৌবান্গী অথোইবা লম্দম্তুদা খুন্দারুনবা কুম্থ-চংথখিবদা ওইজ-ওইথক্কচিংবা অফবা ফংবা, মনাই অচান্বা খুমন্গী কোক্চা হিরুবা কৌবা খুমন্ লৈপাক্ লম্দম্গী লাইগী মরম্ মথৈ শীন্বা গুংনা শৈশক্কননা হান্না ঙাইছুনা লৈরবা মফম্, লৈমা পীদোল্লাংবীগী ঈশিং শোক্ফম্গী মনাক্তা লৈবা, লম্হৌবক্পা (চেনবা হৌরক্পা) মতেন্-মকোক্কন্বা শাগী থোঙ্গ ন্ তাবা লম, কোক্চাগী নিংঙোন্-শি না কোল্লি-পাল্লিবা লম্, চীবেন্-লা য়েন্ পান্বগী লাংয়েন্দা শোক্লা-লা'না ঙা'ক্লি-শেল্লিবা পা-পী অনিম্মক্ ওইবা ঙম্বা লাই, ঈশিংগী মপী ওইনা মকোক্তা অবোঙ্বা মচী পাল্লগা হাই-হাইদুনা চংপা, হাইবা নাইবা/হৈনবা লাইয়িংথৌনা ঙাক্পী-শেন্বীবিবা লম্থৈগী মনুং, য়োক্পী-থাক্পা হৈবী অথোইবী লৈমা ওইবী মতীক্-মগুন্ চাওববী লাইবেম্বী থৌবান্গী ঈশিংগী মবেম্মা ওই-বিবী পাম্সু-পীসু ওইবা ঙম্বী থোং থাক্পগী ফুগী মনীঙ্, ঈরান্গী মনীঙ্ শোগংহনবী. ফুনীঙ্-রান্নীঙ্ শোবীগী ঈশিং চাফম্, হিদেন্ তাফম্গী মনাক্, থৌবান্গী অথোইবা লম্দম্দা খুন্দাখিবা নিংথৌ লুংবা অহন্বা হায়না কৌই। নবুথৌ লুংবা অহন্বসিদি মশাদা মিংথোন্নরিবা মমিংসিগা চপ চানরবনি।

সাৎমাপপু লোইতাম্-কুম্ কাউতনা পুনেম্মন্‌কী খোইমোম্ পোক্-মাপা লাইচা ম্রীমই থৈপকী চীঙ্‌ঙু মথৌচানা পুম্‌সি নোংসাং কুম্মপপু য়োন্‌তমা লন্‌কুপীঅে হাঙ্গপকীপু য়োঙ্গরাংপোক্ পুম্‌সিপ-অো তৌনা কৌঅে ॥ নিংথৌ য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্‌সি পাত্তি কোল্‌লোই থোংকীপু চুনপনে ॥

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমনলইমা ভান্‌পা খুন্দুং নিংথৌচম্ভ ভানুরোন্ য়াইপীরইপা পাঙ্গমা লিন্‌কোঙ্গকী -

---

মবেন্‌থৌ খুমন্‌গী মবেম্মা থম্মোইরেম্বী, ভান্‌বা য়েকী তেকৃচম্ শাগেগী চন্থ-নিংভোন্‌সিদ্দি মথন্তা চংথ্রবী খুমন, লৈমদুগা মশা-মশেন্ অমত্তা ওইনবী মপা-মচা মশেন্, য়েন্‌বী অমতগী য়েক্কুম ময়াম্ কোকৃমিন্নরকৃপা য়েক্কুম শিংহুগুম্বীনি । লৈমা থম্মোইরেম্বীগী পলেম্ পীবুরুংদগী

২। য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্সিবা

মবুথৌগী মিংলেন্দি খুমন্-নিংথৌ য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্সিবা হায়না কৌই । খুমন্ নিংথৌ য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্সিবা হায়না কৌখিবদি করি তৌখিবা হ্নমিত্তগীনো ? মবুথৌ, অথোইবা লাই ওইরবা লাইম্নিংথৌ, থৌবান্‌গী ঈশিংগী শরুক্ মথৈবু ব্রায়েল্-নোংদম্নিবা ঈশিং পীনবীরিবা লাই চীরোঙ্ হাইনাইবা কৌববু চীঙ্‌ঙু মহাক্কী মকুম-মথাগী ওইনা ঈকুম্-ঈকাবা, ঈশিং তারক্‌পা/চাওরকৃপা অমম্ভং নোং হাংখিবনচিংবা ঈরাৎ-থৌনীববু শোম্নহন-ভাম্‌হন্দনা খুংনবু পোক্‌পা-শাংপীরক্‌পা খুমন্-পোক্‌পা লাইবু ঈরাৎ-থৌনীগী মতম থাবান্ কাউবা লৈতনা খুরুম্-থাঙজঙ্-বগী মমল্ ওইনা খুমন্-পোক্‌পা লাই, ঈশিং ঈচেল্/তুরেন্‌গী মমৈ ওইবা লম্‌দা লৈবা লাইম্নিংথৌ (ব্রাংব্রেন্) গী থৌজান্-

## (৩) কচেং ব্রাহেং মাংপা

নয়ু নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ কচেং ব্রাহেং মাংপ-অো তৌনা কৌথে ॥ কচেং ব্রাহেং মাংপঅো কৌপতি কতৌনোং কীনো ? নোংচুপ্‌ নোংপোক্ খা ব্রাং কোয়না পামেল্ বুক্র তুপ্ কোঙ্‌য়াঙ্‌ ম-পান্ য়ান্‌না নোংয়াঙ্গৈ লম্‌কা হাই-অে হাঙ্গৈপকী কচেং ব্রাহেং মাংপ-অো তৌনা কৌথে। নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ কচেং ব্রাহেং মাংপতি কোল্‌লোই মিং-হুন্‌কীপু চুনপনে ॥

---

চান্‌বীবনা মপুন্সি মতম্ শাংনা হিংববু শোয়বা লৈতনা পীন্‌বীরে, হায়বসিদগী য়োক্‌পী-চান্‌বীরবা য়োঙ্গৈরাংপোক্ পুন্সিবা হায়না কৌথি। খুমন্ নিংথৌ য়োঙ্গৈরাংপোক্ পুন্সিবদি মশাগী মমিং থোন্‌সিগা চপ চানরবনি।

নবেন্‌ধৌ খুমন্‌গী মবেন্মা ঙান্‌বা য়েক্‌লুপকী থায়নঙৈগী অরিবা নিংথৌগী মচান্নুপী ঙান্‌বা য়েক্ ওইবী নিংঙোন্ য়াইবী-রৈমগী পীবুক্রুংদগী—

### ৩। কজেং ব্রাহেং মাংবা

নবুধৌগী মিংলেন্দি খুমন্‌গী-মবুংঙো খুমন্ নিংথৌ কজেং-ব্রাহেং মাংবা হায়না কৌই। কজেং-ব্রাহেং মাংবা হায়না কৌথিবদি করি তৌথিবা মুমিত্তগীনো ? নোংচুপ-নোংপোক, খা-ব্রাং মায়কৈ মরিমক্তা কোয়না চত্তুনা উগী মক্ষ তুপ্পা, ব্রাগী মপান তুম্না য়াল্লগা খুমন্‌গী লম্‌দম্‌বু শেংদোক্-হাইদোক্‌ই—হায়বদগী কজেং ব্রাহেং মাংবা হায়না কৌথি। নোংগী মমায় ব্রাংস্থ ব্রাংদবা নেমস্থু নেম্‌দবা লম্‌দম্‌দা পান্‌বা খুমন্‌শিংগী নিংথৌ খুমন্ কজেং ব্রাহেং মাংবদি মশাগা শাগোন্নরিবা মমিং-থোন্‌সিগা চপ চানল্লবনি।

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা মইতিংঙ্, পেংসীপ-চনু লাই-কম্ চেংপী-গী-ও তৌনা কৌঈ ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা লাইকম্ চেংপীতি চেংলই লম্মহন্ লইচোন্ মবইকায়, নাইফা থান্কম্-মাঙ্, চাংনু লইমা চীনঅোন্-খোং, থাকী মীহিং-চা মানংক্ অকায়পপু মনু লাইহৌই তান্, তীনচা-লাইচা-থ-ও, তীনমু লাইমু-তান্হেম্পী য়াংঙম্লোন্ লাইকম্ চেংপী পাঙ্গমা লিন্কোঙ্গকী -

## (৪) মোংপা খোন্পা

নমু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথো মোপা খোন্প-অো তৌনা কৌঅে ॥ অংগান্ মোংপা খোন্পা কৌপতি কংতৌনোংকীনো ?

---

মবেনথৌ খুমন্গী মবেম্মা, মৈতৈগী মবুংঙো পেং-সীব (চৈঃ কুম্বাবগী মতুংইম্মা খৃঃ ৩৭২-:৪) গী মচানুপী লাইকম চেংবী হায়না কৌই । ময়াম ওইনা য়াংবা লমদম্দা পান্মা খুমন্শিংগী মবেম্মা লাইকম্ চেংবীদি চেংশিংগী লম্দম্গী অথো-ইবা লম্'মফম্ লৈচোন্ কৌবা লম্ মচেং, অনৌবা ফাদক্পা লান্কা-নাইশিগী থাঙ ঙেন্ফম্ যুক্ষমগী মমাং, চাংনু লৈমনা মচীন্ থীজুনা ওইদবা ছা থিনা খোং থাগী (চাইনীজনি হায়নৈ অতুবু কচীন্, SINGPHO কাংলুপকী মী) গী মী হিংনা চাবা হিংচাবা মানংক্ অকায়বা কৌনবু যত্তবা লাই-ওইবী লাইবু হৌইদোক্-তংহোক্পা. মীগী মযমদা ফত্তবা পীজুনা লৈবশিংব মথোয়না চাগদবা মচিঙ্গাক্ থৌজুন হংলগা তা-হ্মোক্পগী লাইমু-তীন্মু কত্তবু তাম্নোক্পা হৈবী মৈতৈ নিং-থৌগী শাগৈগী নিংঙোন্ ওইবা লাইকম্ চেংবীগী পলেম্ পীবুক্ংদগী—

পু-থেন্ মপান্ যুক্, লাংলেন্ মহ্ন্ য়ান্না মোংপা থুন্‌লময়িন্না চক্‌মোম্ মকা লাম্, কোরও নোংপু খোন্না নোংয়াঙ্গী লম্‌তা-ইথিজে হাঙ্গীপকী নোংয়াঙ্গী থুমন্ নিংথৌ অতোন্ মোংপা খোন্‌প-অো তৌনা বৌজে ।। মহ্ন নোংয়াঙ্গী থুমন্ নিংথৌ অতোন্ মোংপা খোন্‌পতি কোল্লোই মমিং খোংপু চুনপনে ।।

## (ঙ) মোংবা খোন্বা

নবুধোগী মিংলেন্দি থুমন নিংথৌ মোংবা খোন্বা হায়না কৌই । অদোন্ মোংবা খোন্বা কৌথিবদি কয়ি তৌথিবা হুমিগ্গীনো ? অচৌবা পু পান্বীগী মপান্ ফুক্তুনা অচৌবা লাং পান্বীগী মউ য়ান্থত্তুনা তুবেন্‌গী খোংলম্ ইন্না মৈজাও মকা লাম্না থা-তুনা নোংদোন্ শীন্না উহন্দুনা থুমন্‌গী লম্ ফননবা, লৈহাও চেন্ননবা ঈরাৎ-থৌনী তৌথি হায়তুনা থুমন্ নিংথৌ মোংবা খোন্বা হায়না কৌথি । নবুধৌ থুমন্ নিংথৌ মোংবা খোন্বা কৌবদি মশাগী মমিং খোন্‌সিগা চপ চানবনি ।

নবেন্‌ধৌ থুমন্ লৈপাক্কী, থুমন্‌গী মবেম্মা মৈতৈগী মবুংঙো মাউথঙ্গা (চঃ কুম্বাবগী মতুং ইন্না খৃঃ ৪১১-৪২৮) গী মজাই-বেম্মা, মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগা নিংঙোন্ ওইবী লাইকম্ লাংবী লাইয়িংথৌ কৌব্রুগী লাইফম্‌গুম্ লাইবুঙ লাইশঙ শাহুনা লাইগী লাইমাঙ্‌গী থোঙজীন্দা ঈবাং-থৌনীজরগা মীঙোন্দা অয়াবা পীবা মচুনচিংবা ফত্তবা লাইশিংবু হোইহুনা তান্তোক্‌থিনবা অথোইবা লাইগী লীথুন্‌থিবদা হৈ-শীই হায়হুনা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোন্ লাইকম্ লাংবী হায়না কৌথি । মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোন্ লাইকম্ লাংবীগী পলেম্ পীতুক্কুংদগী—

## ৫ । খোন্বা নিংথৌবা

নবুধোগী মিংলেন্দি থোইনম্ব য়াংদবা থোইনম্ব নেম্‌দবা ময়াঙ্গী ওইবা নোংগী শউম্ থংবা লম্‌দম্‌দা পান্‌বা থুমন্ নিংথৌ

নপেন্ নোংয়াঈ খুমন্ লইমা মইতিংঙ্ নাউথম্প-চম্বু ৱাংঙম্লোন্ লাইক্লম্ লাংপী, কৌপা লাক্লসঙ্ সা, চীঙ্ঙ্ থোঙ্-পান্ ৱাই, মম্বু লাইহোই তান্না খোইমোম্ লাই-ৱী থিহৈ-জে, হায়পকীপু ৱাংঙম্লোন্ লাইক্লম্ লাংপী-অো তৌনা কৌজে ।। ৱাংঙম্লোন্ লাইক্লম্ লাংপী পাঙ্গমা লিন্কোয়কী –

## (৫) খোন্পা নিংথোপা

নম্বু নোংয়াঈ খুমন্ নিংথৌ খোন্পা নিংথৌপঅো তৌনা কৌজে ।। খোনপা নিংথোপা কৌপতি কতৌনোংকীনো ?

---

খোন্বা নিংথৌবা হায়না কৌই । খোন্বা নিংথৌবা হায়না কৌথিবদি করি তৌথিবা মুমিঙ্গীনো ? হাওশিংগী লৈপাক্লা লৈরিবা মায়কৈ –নোংপোক্ পাংবরোম্দা থৌবান্ তুরেন্গী ঈরম্ খোংলম্ ইন্দুনা অচৌবা পু পাম্বীগী মপাম্বী য়াম্বত্তুনা খাম্হন্ কা-হন্বগী মপী মৈবু মরাং হৌহন্দুনা মৈরীনা মকা লাম্না নোং-থক্লোম্দা শীন্বা থুংহন্দুনা লৈপাকী থৌদাং পায়খংলি হায়তুনা খুমন্খোন্বা নিংথৌবা হায়না কৌথি । খুমন্খোন্বা নিংথৌবদ মশাগী মমিং খোন্সিগা চপ চানরবনি ।

নবেন্থৌগী মিংলেন্দি নোংথকী ময়াঈ ওইনা পান্বা খুমন্শিংগী মবেম্মা মৈতৈগী মবুংঙো, অথোইবা লাইগী মরক্তা শীঙ্থানবা নাউফংবা 'চৈ: কুম্বাবগী মতুং ইন্না, খৃ: ৪২৮-৫১৮) পাংকী উচেক্ তীঙ্ঙীনা ৱা ফোংদোক্পগুম্ লাক্লা লাক্লা খোং-লিবা, মুপা ওইবশিংগী মুমিং চুপ্পা লৈফম্ ওইরিবা, মথোন্ তরেং খোনগত্তুনা শেম শাবা কংলা/কোম্মুংবু খৃাইদগী হাননা শেম্ শাতুনা ফংথিবগী মজাইবেম্মা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নিংতোন্ ওইবী মেংপী লাইবী হায়না কৌই । মৈতৈগী মবুংঙোগী

হ'ওরই নোংপোক্‌লা পাংপবম্ খৌপান্ লাইগ য়ীরন্ য়িন্না পু-বেন মপান্ য়ান্ থাম্পী মবাং হওঁ, চক্‌মোম্ মকা লাম্না কোবও নোংপু খোন্না থৌ-থাঅে-হাঙ্গপকীপু নোংয়াঙ্গ খোন্পা নিংথৌপ -অো তৌনা কৌঅে ।। অতোন্ খোন্পা নিংথৌপতি কোল্-লোই মমিংথোংপু চুনপনে ।।

নপেন্ নোংয়াঙ্গ খুমন্ লইমা মইতিংঙু লাইবেন্ নাউফংপা, তিংয়ী ব্রাফোংলাক্, লাপা নোংলৈফম, কংলা খোন্ ৭ ম-পু তান্‌ফংপা-চমু তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ মেৎপী-লাইপী-অো তৌনা কৌঅে ।। মইতিংঙু চমু তম্পা ব্রাংঙম্লোন্ মেৎপী লাইপী -অো কৌপতি অমাই লাইবী থিনা, মেৎপী খুৎতম্-অে হাঙ্গপকী ব্রাংঙম্লোন্ মেৎপী লাইপী পাঙ্গমা লিন্‌কোঙ্গকী—

## (৬) অতোন্ লাইফেংপা

নয়ু নোংযাঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ লাইফেংপ-অো কৌ-পতি কতৌংংকীনো ? হাওবই থানা পাংপবম্ নোংয়াঙ্গ থিকে, অতোন্ খোন্‌কুম্কে হাযপকী মতাইবেম্ চোংমু চোংথাম্-চমু থাঙ্গমু থাঙ্গথিপম্ চমু তোংপোন-ব্রাইরও থাংনা ফুম্‌থী না-তই কাংপী লোক্‌লও-পানেন্ হওদীনা পুঙ্‌খঙ্‌ব্রাইপু নাতৈননা মতাইবেম নোযাঙ্গ মমাইপনা যেন্‌পা সোইপাইমকা য়েন্‌মোম্ সোইথিংমকা পু-না নোংয়াঙ্গ লম্‌যেংলু-অো হাঙ্গনা থৌসী খিঅে ।। নোংযাঙ্গ মমাইপনা খোঙ্গমা নাবোনমুংতা কাইবৈ য়েন্‌হিং থানা লম্‌যেংলুপপু খোঙ্গমা নাবোনমুংতা য়েন্‌মোম্-সোইথিংমনা মরুম্ ১৫ ম-পু থুইঅে, মচা ১৫ ম-পু পোক্‌অে ।। অতোন্ মমাইপনা থিংলৌ নীঙ্‌না তে-না মিংয়েং সান্‌কৈকপপু কাইরৈ পুঙ্‌খি থেন্‌খি য়েন্‌না য়াওরৌ সা তোক্‌পা, তোক্‌মু মইসাংপা, খোঙ্‌লেন্ লম্‌কান্-সা লইপুঙ্ কোয়চরাওপনা য়াওকপরা

য়াওঙম্তে, থিংপাইচম্ চন্নু মুসিন্—চেক্, অবাইরোবুপম্ চন্নু মচুইখঙ্, কাকুলেন্ ম'না মরাং চাকুয়েন্না সরা য়াওসোঙ্-ঙম্তে, মথিঙ্ মাকুমা তেন্হৈপনা কাপ্কপরা কাপ্ঙম্তে,-নোংয়াই য়ীনিংথৌ অতোন্ য়ীপুংঙো তা-অো, নোংযাঈ খাথা-লাইথা হুইতাও খোঙ্থীন্, অতোন্ য়ীম্নীঙ্ য়ীন্মাঙ্ মনীন্ নাইনা পান্ঙেনে হাঈনা পাউমেল্লপতা, নোংয়াঈ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ লাইফেংপনা খুমন্ ফেন্-তা লইকোঈপুঙ্, অমু নোংকা পাম্পা, কোরও নোংতা কানা লাইচা য়ীনীঙৈতো কোবও নোংমতোন-তকী থাঙ্লেন্ মখুংশুকা খুমু মনওংবা কা ফোথবকুপ। থাঙ্লেন্ মখুংশুনা হান্না কোঈনা লংনা ফেনথবকুতে; নোংয়াঈ রা হায়না খুমন তে থানা নওপু তাওংতক্ অো কৌঅে; নওবোং মখুং-সুনা কোন্না ফেন্থবকুঅে, অংনোংকীপু, নোংয়াঈ ফেন্তা

---

মজাইবেম্মা নিংথৌগী মচান্নুপীশিংগী মবক্তংগী খুবাইংগী অহন্ চইবা মেংপী লাইবী কৌখিবদি অমাইবা অমাইনী ওইবগী লাইগী লীথুন্ মবী থিবগী লোইননা পুন্নাটা খুংনা চংনা নাইয়েই হায়ন্তুনা মৈতেং-নিংথৌ-শাগোগী নিংঙোন্ মেংপা লাইগী পলেম্ শীয়োম্নুংদগী -

## (৬) অদোন্ লাইফেংবা

নবুথৌ নোংগী ময়ঈংা খুন্দাবা খুমনগী নিংথৌ অদোন্ লাইফেংবা কৌবদি কবি তৌথিবা কুমিত্তগীনো? হাওশিংমা লেরিবা লৈপক থা মায়কৈ পাংবাবামদা খুমনগী খুন্দাযম শিগে, খুমন্ নিংথৌ শাগৈ মথাবোমদা মীবাম্পুয়মক্ লোয়না খোন্না কুমথগে হায়ন্তুনা মশাগা তায়ংরিবশিংদগী অপোইবা, অচানবা মনাইনা চোংথাম নিংঙোন্ চোংমু কৌবীগা খাচথিবম

লইকোয়পুঙ্ তাওতেক্ কোন্না-তা মরুম্পী অরাই চীঙ্ঙ্ চম্নুনা লোক্লও পাকোন্ সানা লাইচা য়ীরাপুঙ্তা নোংয়াঙ্গ তান্চা থও, অতোন্ লাইচা হোই, তীনমু লাইমু তান্না খোইমোম্ লাইয়িন্ হৈঅে, হাঙ্গৈপকী অতোন্ লাইফেংপ-অে। তৌনা কৌঅে ॥ অতোন্ লাইফেংপতি কোল্লোই মমিং-থোংকীপু চুনপনে ॥

নপেন্ নোংয়াঙ্গ খুমন্ লইমা ঙান্পা খুম্নুং-নিংথৌ চম্নু সেল্-লোই মথল্মা, লংমাই মতাঙ্গৈম্মা রাপা য়েনয়াম্ খোংনা কাঙ্গনা-রোক্পু অসৈন্পী ঙাম্নুরোন্ কাইরৈমা প ঈমা লিন্কোঙ্গকী—

---

শিংজান্ খাঙ্গৈমু কৌবীগা উতোং মান্বা ঙা হাপ্নবা পোন্, তুঙ্গোন্ খাঙ্দা রায়রগা লৌতুনা থাংলগা ফুম্ অরিবশিংগী মচী ময়া কাংখতুনা ঈশিংগী খুজীগুম্না মকোয় মকোয়গী ঈপোম্ হৌহন্নবা খোঙ্না ঈশিংদা থীন্দুনা ঙা ফাবীনা থঙ্ল উরক্পা লৈনঙ্না লৈবিবা মখম্ লাম্থোক্লগা অচান্বা মনাই খুমন্ লৈপাক্কী মাইবন য়েন্বা (শোইপাই = খুমন্ মবোন্) অমগা য়েন্ অমোম্ (মোইথিং = খুমন্ মবোন্দা কৌবা) অমগা পুতু। খুমন্ কোন্নুং শাফম লম্ য়েংলু হায়তুনা থবক শীন্নখি। খুমন্ লৈপাক্কী মাইবতুনা নারক-শীংলক্কা মবোন মন্নু তুনা যেংশিংতু য়েন্হিং থাতুনা (মনাং অসি চৈঃ কুম্বাবা, ১২৮৯,১২৭১ দা খৃঃ ১৮৪৫ দগী হৌনা য়াওই লম্ য়েংলুবদা নারক্ মোংশোং মন্নুংদা যেন্ অমোম্ অমনা মরুম্ ১৫ কোল্লগা মচা ১৫ পনবা থেংনবম্মী। খুমন্ লৈবাক্কী মাইবতুনা অমুক্ হন্না মফমতুদা হন্দুনা মমিংন্না য়েংলুবদা হুন্দানবা পুঙ্-থেন্ থোন্নবা মকম থিননবা থাদোক্লম্বা য়েন্দুদি চাননবা চিঙ্গাক ওইবা য়াবা শা তোক্পগী মথন্দা মমৈ শাংবা তোক্মু (লম্ হৌদোং মথল্ অমা', লম্থোঙ্-লম্থোঙ্ লৈরিবশিংবু লাম্থোক্তুনা চৎপা, লৈপুঙ্

# (৭) পুন্সি য়ুমোইপা

নয়ু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ পুন্সি য়ুমোইপ-অো তৌনা কৌঅে । অতোন্ পুন্সি য়ুমোইপা কৌপতি কতৌনোংকীনো ? নোংয়াঙ্গী চারোন্ য়াম্, অতোন স্নুরোন্ মনীল্ নাইনা পাল্লমৈতো মুংপান্ হোঙ্নেম্ লুরাং নিংথৌ পুন্সিপা তালোই মরুম্গী খয়োঙ্গীরোন্ ভাম্নু-খুম্পীনা মপারী সেন্পা মি-মাপপু সাংনরপতা তালোই কেংন-ব্রা, লুমলেন্ খম্পন্-ব্রাকী মুংপান্ মল্লুম্-নাক্প্ নন্তা হুন্না মপারী সেন্পা মি-মপাপ. সমু নম্তা পোনা মপাম্ নোংয়াঙ্গী চাওপপুঙ্পু য়িন্তাল্লক্পতা মুংপান্ সেন্পা মি-মাপতি মপুম্ নোংয়াঙ্গী চাক্না, লরাই হুইক্রকুন্ মপোপ্ চাও সাপন্ তিংকোইকুম্ ম-না লেক্না.

---

খুদিং কোয়-লাংতুনা লৈবা শানা চারম্গদ্রা হায়বস্নু চাবা ভম্লম্দে, থিংবাইজম্ চন্নুগী মুপী ওইবীহুগী মহুৎ শিন্নথিবা উচেক্, অরাইরোক্পম্ (লীক্লা লোক্পা য়ৈবা) চন্নুনা হুইগী মওং-মতৌ মাল্লে হায়না খ্বাইদগী হান্না, খঙ্লক্পা হায়রক্পা কাক্লেন্/ কাক্য়েন্ (উমায়বী/Kite কী অচৌবা মখল্ Eagl ) না ফাতুনা মচিঞ্জাক্ ওইনা য়েংখোক্নরগা উচেক্তুবু চাথোক্থিবস্নু ভম্দে, মবুং ওইবা লীরুং তেন্ শীজিন্নবা হৈবনা কাপ্কে হায়বস্নু কাপ্পা ভম্লম্দে – খুমন্ ঐথোয়গা নিংথৌ ওইরিবা খুমন্ ঈশাগী মবুংঙো ওইরিবা তাবীয়ু, খুমনগী লৈপাক্ লৈয়াংশিং থাথা অমস্নুং লাইথা (থাগী অমস্নুং অরাংগী লৈয়াংশিং), হুইতাও খোঙ্থীন্, নোংচুপ্-নোংপোক্, পুন্নমক মিংচৎ ফনা পাল্লবা য়াগনি— হায়না হায়রবদা খুমন্ লৈপাকী মপু অদোন্ লাইফেংবনা খুমনগী কেন্তা লৈকোয়পুঙ্ কৌবা, নোংগী ঈশিং পাম্বা অমুনা অহাংবদা লৌতুনা য়াম্থনা লৈরিবা নোংগী মরক্ অরাংবদা কাথতুনা

মুরাংমই লেপতম্ চোংনা অচাও লেপ্কারা সাংমু লমুঙম্‌পতা লাপা খুমন্ পু, য়াংডৌ সারম্ লীনা য়াওরৌ সাতান্ খিপপু মুংপান মপাবম্, লুব্রাং মপুরম্, মকোয় নোংলোন-পাই, লেম্পা থাঙ্-য়াল্লম্ মইতিংঙু লোইনাই থবানথাপা খোক্লাং ভাখোঙ্গপুঙ, তিমন ভাচুম্পুঙ্পু নাতেংনা য়াওরৌ সা সঙাই চীরেন তোম্পোক্পপু য়াওরৌ সাভ্রপতা পন্-থৌ মপা সাং-পা হোঙ্নেম লুব্রাং নিংথৌ পুন্সিপনা মপারী সেন্পা মমাপপু চেংলৌ সক্খঙ্তরপকী—হে য়ীনোংয়াঙ্গী-ভো, য়াওরৌ চীরেন্ তোমগোক্পপু সাবেন্নঙ্না ফাপা অসিপু নোংপান অয়ুমনাক্তা

---

ঈশিং নিবগী মতমদা অরাংবা অতিয়াগী মতোল্ তোল্লেল্দগী মথুংমক্লা খুংপায়নবা অথোইবা খাঙগা, খুংনা মুবা/হোনবা অরোংবা নৌগা ফৈনা হুম্ববক্পবু মথুংনা পায়বা অথোইবা থাঙ্না হান্না কোইনা লংত্রিক লংনা হুম্বরক্সী : খুমনশিংনা য়া হায়না-ভাঙ্নবা, মথোয়গী নরোন্দা নৌবু তাউতেক কৌই, মথুম্না পায়নবা মমায় লোংবা নৌ-না কোন্না হুম্বরক্সী। অম্বগী মুমিংসিগী মরম্সিদগী নোংয়াঙ্গ ফেনতা লৈকোঙ্গ—পুঙ্ তাউতেক কোন্-ন-তা, মহাক্কী মকম,মচা পুবী লীক্লা পোক্পা চীঙ্গী মবুংঙোগী চাদা-নাউদাগী নিংঙোল্লা ঈশিংতুগী মপা চাবা কোল্/হাপ্কম্ শাহুনা ঈশিং য়াখিবা মফমদা খুমন্দা ফত্তবা পীবা লাই-তীন পুম্নমক থো-হোইত্বনা লাইমু—তীনমু তাম্হোক্পা, অথোইপা লাইগী লম্বীদা চংপা-ইনবা হৈ হায়রূনা অদোন লাইফেংবা হায়না কৌথি। খুমনগী অদোন্ লাইফেংবদি মশাদা থোল্লিবা মিংথোন্সিগা চপ্চানরবনি।

মবেন্থৌ খুমনগী মবেম্মা, ভান্বা—য়েক-শল্লাইগী থায়নগী নিংথৌগী মচা নিংঙোল্ শেল্লোই-লংমাইটাঙ (নোংমাইজীঙ) গী

মপেন নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা মুংপী লইম-অো কৌঅে।। তেংলইমুংচা অথাপ্পা, হাওবা মুংচা অতাম্পপু অসৈনপ-চম্ম পাঙ্গমা লিনকোঙ্গকী—

## (১৬) কোক্পা অহন্পা

নয়ু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ কোক্পা অহন্প-অো তৌনা কৌঅে।। অতোন্ কোক্প অহন্প-অো কৌপতি কতৌনোং-কীনো ? মপন্ পন্থৌ নিংথৌ, নোযাঙ্গী থিঙকোন্ লাক্-মাপনা, কোবও হুমিং ৫ নি সুবপকা, য়ুপান্ যুম্সেং নোংতা, নোংয়াঙ্গী যীপুবাই-অো, য়ীপাবী অসিপু, নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ অোইনপা লনকুপীঅো, অযুমখুমন্সুং মনীন্ নাইনা হাকোক্-

---

মফম্দা লৈরিবা মতোম্তা ওইবা মশাতুবু ঈবাং থৌনীতুনা, শন্শিংবু খোম্জীন্ তাশিনবগী থৌনী-থৌরম্ পাংথোক্কুনা, নোং তাহন্নবা ঈশিং নীবা, ঈনীবগী থৌনী তৌতুনা খুমন্গী নাউত্থ খো' তেত্থুনা, হোঙনেম্ অহোঙ্-থৌ পাংথোক্কুনা, খুমন্ লৈপাক্কী থা-ব্রাংগী পানা অনিমক্পু পুবি-নোংদম্লিবা লাইশিংবু ঈরাং-থৌনীবশিংবু তোক্ত-থাদোক্তনা খুমনগী কংলাদা রাফম্ ফোংদোক্কুনা ফত্তবা তম্থীববু লাক্শিন্-তেম্শিন্দুনা রায়েল থৌদা চুন্না তৌতুনা পাল্লকুবা নিংথৌসিগী মপাঙ্গল-মথৌনাগী মমল্-মহৈগী মবম্দদি হাওগী লৈপাক্ লৈথ্রিবশিংগী নোংচুপ্ মায়কৈ পাংববোম্গী পাসাদগী লাক্পা পাসাগী মী, ফুবা চীঙগী লম্দম্দা খুন্দাবা, খুমনগী খুম্ পান্বা-পীবা লোইলম্মা খুম্গী লোইপোং পীগ্রকুনা থীনা লম্চংনরগী মথোয়গী মখুন্দা মৈজাও থাবগী তাঙ্গোয় পাইহন্দুনা, মৈখুনা নোংলোন্দা কাহন্দুনা লান্দারবদা লানগী লান্ফা ওইনা লান্দা থৌরবা পাসি মচা

কৈঅে, য়ীপম্বী অসিসুং হইরাঙ্ অমঙ্-লাই, তাওচীং অমুন-লাইপু লাইথংগীকনো, হায়না তাইরেন্ মরোং সু, খোইমোম্ কাসা পাউকা তাক্না নোংয়াঈ মপারীপু খোইমোম্ লাই-কোক্পীঅে ।। অতুনোংকীপু কোক্পা অহন্প-অো তৌনা কৌঅে ।। কোব্পা অহন্পতি, নোংয়াঈ থাথা লাক্, অতোন্ লাইথা তেমলপকী, মতাইরেম্ থুমন্ মনীন্ নাইবনা ব্রাহ্মথিঅে ।। — তযুম্ নোংয়াঈ ছুইতাও তানতপসিং-অো; মীমৌ তা৲থনতা.

---

সেবা লাইতাংবু মথরাই-হক্চাং কায়নহন্থিবা থ়মন-নিংথৌ থিঙ্গোন্ লাক্মাবসি মশাগী মমিং থোন্সিগা চপ্ চানরবনি।

নবেনধোগী মিংলেন্দি থুমন্গী মবেম্মা মুংবীলৈবা হায়না কৌই। অশেংবা লাইফম্ তেলৈগী হাওরা মুংচা অথাপ্পা-অরাপ্পদা লৈবা লম্দম্বু শেশক্-শৈথাবশিংগী নিংছোন্সিগী পলেম্ শীয়োম্নুংদগী —

## (১৬) কোক্পা অহন্বা

নবুবৌগী মিংলেন্দি থ়মন-নিংথৌ কোক্পা অহন্বা হায়না কৌই। অদোন কোক্পা অহন্বা কৌবদি করি তৌথিবা সুমিত্তগীনো ? অপোক্পা মপা থিঙ্গোন্ লীক্মাবনা মহাক্না পোক্পা সুমিৎ ঃ নিংথৌরবদা য়ু-পান্ থাবা, য়ুম্শেংবা সুমিৎ অসিদা থ়মন্গী ঈপাব্রাই ঈপুরাই পুম্নমক্, ঐগী ইচান্নুপা অসিবু থ়মন্গী নিংথৌ ওইননবা থৌজান্বীয়ু অদুগা ঈচা-ঈনাই ওইরিবা থ়মন্শিংসু মীশীড হেন্গংপা পীনবীয়ু, ঈচান্নুপা অসিবুসু অশংবা হৈদা চঙ্বা, অমুনবা হৈদা তীন্না হুংপগুম্বা লাইনা লাইথুংদু চঙ্হনবী থুংহন্বীগনু হায়না তাইরেন মরোং পাইদুনা লাইবক্ নোংদম্লিবা অথোইবা লাইনিংথৌদা পাউতাকুনা তাইনরগা

মীহু সক্পাম্নকন্নসে কাওরেন্ মসন্চাম্নং চানকম্নসে হায়না কংলা ব্লারেপ্নরপপু, নম্তা হুন্না, অতোন্ কৌচেঙ্পকী কাওরেন্ মসনচাপু নোংয়াঙ্গ নোংকা পাম্পনা, অতোন্ সান্তাকৃতা, নোংয়াঙ্গ স্নান্ক্লোংতনা লোন্না হুচারপা ব্লাকী, অতোন্ কৌচেঙ্পন অমু নোং-কা পাম্পঅো, নোংয়াঙ্গ কংলা ব্লাফোং লাকৃতা ব্লাহ্ম্নক্লসে, হায়না পাউমেন্নরপতা, অমু নোং-কা পাম্পানা, খোঙ্গপুঙ ম্রো চাওনা, মযোম্ নুংচান্নীপু, থুচেং হংচী লাক্না, লোন্না পাউকৌখিজে, য়ীমোম্ থয়োঙ্গরোন্ নঙ্তি,

---

মচাবু ফণ্ড-হাদী কোক্পী হায়হুনা অহুগী হুমিক্গী মরম্দগী কোক্পা অহন্বা হায়না কৌখি। কোকৃপা অহন্বদি থুমন্ লৈপাক্কী থাথাবু ব্লাবক্তুনা, লাইথাবু ব্লায়েন্-ব্লাতেম্হুনা পাল্লবদা মমিং চংলবা থুমন্গী মীশিংনা তান-তীম্নহুনা ব্লারেপ্নখি — থুমন্ ঐথোয়গী ঈচা-ঈনাই ওইবা মীশিঙ্ য়াম্বা হুইতাওশিং মীগী মমৌ-মৌগী মনাক্তা লেক্লগুমসি, মীগী মতু শক্ফজবী পাম্নগুম্সি, অহুগা শন্ হায়বা শা অসিস্থু মশা চানগুম্সি—হায়না কংলাদা ব্লারেপ্নরববু থে ওই-ব্লাওইদনা থুমন্ কৌজেঙ্বগী অরোইবা শন্বু থুংনগী নোং চুহন্বা পাম্বনা থুমন্ ওমতদা তাব্থোক্— ফোংদোক্পা, থওহন্-তাহন্বা তৌদনা লোননা হুরান্দুনা চাথোক্লম্ন-বগীদমক্ থুমন্ কৌজেঙবনা অমু নোঙ্গা পাম্বা, ব্লা পুম্নমক্ ফোংদোক্-নন্না ব্লায়েল্ তৌরগা ব্লারক্-ব্লাতেম্নবা থুমন্গী কংলাদা ব্লাকৎতুনা ব্লায়েল্ তৌনহুনা ব্লারেপ্নরশি— হায়রবদ। থুমন্গী অমু নোঙ্গা পাম্বনা মতুক ফণ্ডবগী অচৌবা লৌ তৌহুনা মহাক্কী চংশিজরবা মচাম্নুপীবু মথুজেং মথুদাং পায়হুনা লোন্না কৌথোক্লখি ঈপাগী ঈবেম্মা থুমন্ য়েকৃওইবী নিংঙোন্ নঙ্না কংলাগী ফান্ মথাদা লোৎতুনা লৈক্লরো, অহুগা ব্লায়েলগী ব্লাহং-পাউহংনরক্পদা, নশাগী তানবা

কংলা ফান্থাম্নুংতা সান্থ্‌প্‌-তো তালোই মরুম্পীপু তাংথকুনো, তয়ম্ মীনাই খোম্কুনো, কাওরেন্ মীসন্চাতি চান-তো, হায়না চীঙ্সোং ফাল্লংনুংতা নোংয়াঙ্গ নিংথৌ তোইনা পাউ-খুমলক্-তো—হায়না থৌতীকৃখোন্কী, অতোন্ কৌচেঙ্পকা, অমু নোং-কা পাম্পকা ২ ম-না, অতোন্ নিংথৌ-তো, লহান্নোং তালোই মীতু সক্পাম্নপা, তয়ম্ মীনাই খোম্নতা, কাওরেন্ মীসন্চাপু চানকল্লসে, হাঙ্গপা নংতপরা—হাঙ্গনা কংলা ব্লাকৎচপপু চীঙ্সোং ফাল্লংনুংকী মমোম্ সান্থ পলিপীনা পাউখুম্লক্‌তে,

---

ব্লারম্ পুম্নমক্তা লোইনর্রীবী, মহাক্কী মকম্-মচা পুরি-পোল্লিবী মতুগী মনাক্তা অহিং লেক্মিন্নগন্নু, মশাগী মনাই ওইহন্নবা মীবু ফাগ-খোম্গন্নু, মখোঙ মরি পান্বগী মরক্তগী অথোইবা শা অতুনা মশাগী নত্তবা মীতোপ্কী শন্ ওইরবদি চাবা য়াই, চানৌ, হায়না চীঙ-শোংদগী য়াল্লক্পা উনা শাবা কংলাগী ফান্গী মরক্-মনুংদগী খুমন্ নিংথৌগী মখোঞ্জেন্ শাতুনা হায়রক্-খুম্লক্উ —হায়তুনা ইন্শিন্-শিক্চিন্বগী থৌশিন্সিদগী অদোন্ কৌজেঙ-বগা অমু নোংগা-পাম্বাগা অনিমক্লা—খুমন্ লৈপাক্কী নিংথৌ, নহান্ নোংমা, -মীগী মতু শক্ ফজবী কল্লক্লদবা, মীনাই ওইহন্নবা মীতোপ্ ফা-পুন্দবা, মখোঙ্ মরি পান্বদা অথোইবা য়ুম্শা ওইরিবা মীগী মশনস্তু চানগুম্সি হায়নথিবা নত্তরা—হায়না কংলাদা ব্লাংচরক্পবু, কংলাগী চীঙশোং-উগী কাঞ্জাওগা মথা-মনুংদা মশা থুপচিন্-কোন্শিন্দুনা উহন্দনা লোত্তুনা লৈরিবী মচানুপীতুনা খুল্লক্খি—খুমন্ কৌ-বশিংও, মীগী মতু শক্ ফজবীবু কল্লক-মীহৌগন্নু, মীনাই-মীশন্ ওইহন্নবা মী খোম্গন্নু, অথোইবা য়ুম্শা শন্দি মীগী মশন্ ওইরবদি হুরান্দুনা চাও—হায়না হায়রকপদগী

—নোংয়াঙ্গী কৌপ-অো, তালোই মীতু সক্পাম্কুনো, তযুম্ মীনাই খোম্কুনো, কাওবেন্ মীসনচাতি হুচান-অো,—হায়না ব্লাহম্লপকী নোংয়াঙ্গী খুন্ফাংথৌ, খাথা লাইথা পুম্না,—নোংয়াঙ্গী য়ীনিংথৌতি কংলা ব্লায়েল্ সোয়বে—হায়না পাউমেন্নবপতা. নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌনা,- অতোন্ অইতি তাঙ্চা য়ীকাইঅে, অতোন্ খুমন্-নিংথৌ অোইববোইঅে.—হাঙ্গীনা নোংয়াঙ্গী ফম্-পাল্লাং, কংলা ফান্থান্নুংতা সান্থুপগিঅে ।। তাংচা য়েক্লাপা, লিললা তোমুসাংপা, হংকোক্ সোক্তোংপা, খোইমোম লাইনি-য়াপু অোইনা, সান্অোন্খিবে হায়তপবা ।।

# খুমন্ লইপাক্কী নিংথৌ কাঙ্বা

নোংয়াঙ্গী খাথা-লাইথা পুম্নমনা অতোন্ য়ীনিংথৌতি, খোই-মোম্ লাইঅোইখিবে, নিংথৌ ফম্পাল্ হাঙ্কবোয, নোংযাঙ্গী মমাতোন্না সাংপা, খুমন্ মপাতোন্না যেন্পা, নিংথৌ মবোন্ ৩ স্নুনা কংলা ব্লাযেল্হন্পপু অসাইঙৈর্কা কংলা ফান্থান্নুংকী, খোইমোম্ লাইঅোইখিপনা, তাংচা মকোক্ কাঙ্, লিল্লা

---

খুমনগী খুনশিং থবক পুবিবা খাথা লাইথা পানা অনিগী অওম্ অথৌশিং পুন্নমক্লা—খুমন্ ঐখোয় ঈনিংথৌসিদি কংলাগী ব্লায়েন্ ব্লাখুন লান্না-শোয়না হায়বে- হায়তুনা হায়নবল্লবদা খুমন্ নিংথৌনা—খুমন ওইবা ঐদি মায় ঈকাইজরে, হুগী ময়াইনা থুমহওুনা কোয়শিন্-লাকৃশিজক্লে, ঐহাক নিংথৌ ওইজররোই—হায়তুনা খুমন্ নিংথৌগী ফম্বাল ওইবিবা কংলা কাঞ্জাওহ্নগী মখাদা চঙখিতুনা মশা থুপচিন-লোংশিনখি । ময়েক লানা থোক্লবা লিন্, মতোমতা মুশুক্-মুবা লিন লাবা মকোক্কা মতোক পানবা হক্কোক্, অথোইবা লাই লাইনিয়া ওইনা ওনখি, হায়বীরম্মী ।।

কোংনা য়েংপান্নাকী, নিংথৌ পুন্সি কও, লইমা পুন্সি মাঙ্, চহি কুম্সীঙ্ য়াম্তনা কোন্নও নোংকাথিঅে ॥ চীঙ্ঙু পন্তন্ য়াম্লপাকী, নোংয়াঙ্গী মনীন্ নাইপতি, লাইচা য়ীন্নুংপুঙ্কুম্ ন্নুন্পী সেল্লোঙ্ নীকু, ময়ুম্ সেল্লোই তেংথানা সঙ্কাইপু য়াকোন্অোকৌঅে, সঙকাই য়াকোন্ তেক্লে ॥ নিংথৌ কোক্পম্নুং থোইমোম্ লাইঅোইথিরে, অতুনোংকীপু, কোক্পা য়াকোন্তেক্-অো কৌতে ॥ নোংয়াঙ্গী ১ রক থাথা হও খুমন্ লাইথা

---

## খুমন্ লৈপাক্কী নিংথৌ কাঙ্বা

খুমনগী থাথা লাইথা পানা অনিগী মী পুম্নমক্না খুমন্ ঐখোয়গী ঈনিংথৌদি খোইয়ুম ল'ই ওইখ্রে, অদুব নিংথৌগী ফম্বান্দি হাঙবা ফরোয়, নিংথৌসিগী মমা অতোম্বীনা, মথুবাশিংনা পোক্পা মচীন-মনাউশিং মরোন-নিংথৌরা অহুমশুনা (থারোন, পারোন অমম্নুং কাইবা খুরাম পাম্বা) কংলাগী ন্নায়েল্ থৌদাগী ফম্বাল্ ফম্হন্বব ঙসাই মথক্তা হায়ভাখিবা কংলাফম্বান্গী ফাঙ্গাও মথাদা মহী-ময়াই কনা লাই ওইখিবা লাইরেন্ অহুনা লিন ওইবগী মকোক্তু থাঙ্গং-কাংথত্তুনা লিল্লাবহুনা মমিং থানা য়েংবদগী নিংথৌ মপুন্সি তেন্দুনা লৈমগী মপুন্সি কক্শিন্দুনা চহি মশীঙ য়ামদনা, শাংনা পানবা ঙম্দনা নোঙ্গানথি। অম্নুম্না চীঙগী মবু ঙোগী অন্নাংবা পন্, নোংমদোন্দা তনখিলৈখিবসিনা য়াম্নবদগী মিংচং ফরবা খুমন লৈপাক্তি য়াম্না পুঙ্বাকুংবা ঈশিংগী মনুংগুম তৌকম-লাক্ফম থঙদনা শেন্ অন্নোংবা মপাক্না নীক্পগুম নীক্তুনা ন্নানা লেল্লম্মী। সেল্লোই কাংলুপকী মরোন-না হায়না- শক্লবদা শঙ অন্নাংবা য়ুম্ শঙ্গাইবু য়াকোন্ কৌই, অহুনা খুমনশিংসিদি শঙ্গাই য়াকোন তেক্পগা মান্নরে,

তিন্না ৱাতাথীখিজে ।। নোংয়াঙ্গ য়ীম্নীঙ্ য়ীমূমাঙ, ছুইতাঙ খোঙ্থীন্ মনীন্ নাইপনঃ, অতোন্ য়ীপুঙ্য়াঙ্গ অসিপু নোংয়াঙ্গ ৱাযেন্ সোযফরোইজে্ অতোন্ কোক্পা নিংথৌপকী পলেম্ পী-মচা, পন্থৌ পা-মচা, কনা লৈপনো হাঙ্গনা পাউহংলপতা, পলেম্ মমা, নোংযাঙ্গ খুমন্-লইমা পাঙ্গমা লিন্কোঙ্গকী —

## নিংথৌরোন্ মথা সমুথরক্পা

থম্লাং অতোনপনা নোংযাই কোকপা নিংথৌপপু অতোন্ ৱাযেন্ সোঙ্গজে, হাঙ্গনা ৱাওইখোন্কী, নোংয়াঙ্গ ৱাবোঙ্না অতোন্ ৱা-চাওনপপু সোংকীৱাকী অৱাং লাইনা পাংপবম্,

---

নিংথৌ কোক্পসু লাই ওইখিজুনা মীগী মপোক্ থাদোকপ্রে, অচুগী নুমিৎশিংনিগী মবম্দগী কোক্পা য়াকোন্তেক্, কোনখি । খুমনশিং পুন্নমক অমুক্ খাথা পানা চৌজুনা লাংথা পানা তিন্নজুনা ৱা তানবম্মী । খুমন লৈপাক্কী মনীঙ্—মমাঙ, মিংচৎ লৈরবা লুইতাও খোঙখিন্ পুন্নমক্কা পুল্লি শাবিবা খুমন ঐথোযগী ইবৈ-থাক অসিবু লৈপাক্কী বাযেন-থৌদাদি শোয়বা য়াদে, খুমন নিংথৌ কোকপগী মমা অমতনা পোক্পা মপা অমতগী মচা ওইমিন্নবা কনা কনা লৌবিনগে হায়তুনা থিগং-হংগৎলক্লবদা, অপোক্পী মমা খুমন-লৈপাক্কী মবেম্মাগী মমা ওইবগ। পীবুরুং অমতদগী পোক্-মিন — তামিন্নবক্পা।—

### খুমন্গী নিংথৌরোন্ মথা শমথরক্পা

থম্লাং অতোনবনা খুমন কোকপা নিংথৌববু লৈপাক্কী ৱাযেনবা শোয়বে হায়জুনা লৈপাক মীযাম্না ৱাবৌনবকপদগী খুমন মশেন ৱাবম মান্নদনা ৱাবোল্ ওন্ন-তৈননা ঙাংনজুনা ৱাজাও

চীঙ্তাই খায়িংপা মযীম্নাক্ চীঙ্পা পোল্লাং মসাইকোন্তা সান্থুপথিঅে ।। ন-নোংয়াই খুমন্ লইমা মপারী অতোন্পপু লৈঅে ।।

## (১৭) অতোন্ য়াইথিংপা

নয়ু অৱাং পোইরই মইতৈ নিংথৌ, মইতিংঙু লাইরেন্ অয়াঙপা নিংথৌ সনা মখোঙ্খাতা, নোংয়াঙ্গ য়াইবংচান্, যাঙবৌ অচঙ্যাই, মানপী সা-খোম্যাই, থি লৌ চীপাক্ লোনচীন্য়াই, য়াওবৌ মসীঙ্ স্নুনা কৌসিনয়াইপু, পেন্চেং লাইচম্ খন্ ল হৈবা পোন্মিন্নুংতা হাপ্না, য়াওবৌ সায়াই-নুঙ্সুং পুনা, সু-না সু-না পুখিঅে, নুঙ্নাং রুসোন্প-অো কৌতে ।। থাঙ্লেন্ মখুংস্নুনা, পুন্নং লাপু য়াম্না য়াল-লম্অে ।। সাইবোঙ পান্তম্ চুম্না লাংলেন্ কোঙ্য়াঙ্ রাতোন্থক্কী, চীঙ্সোং লম্লইমা, খুন্ন মান্থক্ তেরাপু থিন্থুরৌঅে, খুন্ন লমথাংপ-অো বৌঅে ।।

---

খোরুন্দুনা খংনরকপগী থৌংং থৌদৌহু কীঙবদগী লাইশিংনা লৈরিবা মায়কৈ, অৱাং পাংবরোমদা লৈবা চীঙ্দাইগী খায়িংবা কৌবগী ময়ুম মনাক্, চীঙবাদগী হোংলক্পা পোল্লাংকৌবগী ময়ুম্দা চঙ্জফম্ লৌহুনা লৈরম্মা ।। অদুগা খুমন নশা ওইবা খুমন্গী মবেম্মগী মচান্নপা অতোম্বসু লৈরি —

### (১৭) অদোম্ য়াইথিংবা

নবুধৌ অৱাংদা লৈবা পোইগী লৈপাক্তা পান্বা মৈতৈ-নিংথৌ মৈতৈগী মবুংঙো অথোইবা লাইগুম্লবা অয়াঙবা কৌবা নিংথৌ লৈঙাক্ মখাদা খুমন্গী লংনা নীঙ্থীজরবা, চান্না থমজরবা য়াই, শানবদা শা লাংদা চঙহনবা য়াই, নাপী চাবা শাশিংবু খোন্নবা

থাংচীঙ্ মথোক্লাংপু, লেংতা থোংনা, তক্লও সিতং সোন্না, হাইনা হাইনা কাখিজে, হাঙ্গপকী থোক্লাং হাইনৈপ-তো, তৌনা কৌজে ॥ অতোন্ মুঙ্নাং রুসোন্পতি, মান্পী সাথোম্ যাইপু, সমু খুংতা থুম্না খুন কাবক্পত্তা লাল্লোই মতাযমা, রাংখৈ লাইকোক্ পাম্পা, মফৌ সংথাই চেন্পা, হিথেন্ মতাবম্, লাইচা যীবোনম্ভুংতা লোংলম্জে ॥ তব্রাং কৌপা লৌচীঙ্ কোন্ চীঙ্ কোন কোললাংমই, ঙাংচেং চীঙ্ পুন্সিতা রাইথুংলপকা, কোরও মুমিং ৫ নি সুনপতা, য়াংবৌ সাথোম্ য়াইবংচানপু, লাইচা যী-বোনমুংকী থিথঙ্লক্জে হাঙ্গপকী, োংয়াঙ্গ য়াইথিপাজো কৌ-পপু, অতোন্ তাফা থিপনা নো য়াঙ্গ যাইথিংপাজো কৌজো ॥ নাংয়াই মনীন্ নাইপনা হাঙ্গনখিজে - অতোন্ য়াইথিংপা, মুঙ্নাং

---

যাই, ওন্না মচী পাক্লা নাইতোম্ পালহল্লক্পা য়াই, চাবা য়াবা শাগী মশীঙ্ শুনা কৌশিন্বা যাইব অক্পপা, পোন্চেপ্ নোংবু চাহন্দুনা কন্তোক্-ঙাক্থোক্লবা ঈন খন্বগুম্বদা, লাইব্রা ব্রানা শাবা পোন্গী মমি তম্বগুদা হাপ্পুনা, শাযাই চেন্বা মুঙস্থ পুহুনা পায-পায়হুনা চংখি-পুখিনম্মী অতুদগী মুঙ্নাং উশোনবা কৌখি ॥ মথুক্তা পাযনবা মথুং চাববা অথোইবা থাঙ্না পু ময়াম্না মনুদা পুনশিল্লগা ওইবা পামীগী মনা লাবু যাম্না য়াল্লম্মী, শাইবোঙ পান্দম্বন চুন্না, অথোইবা লাং পাম্বী ওইববা ক'ফান্দা যাঙনা শীজিন্নবা য়াবা রাগী রাতোন্ মথক্তগী চীঙশোং লম্গী মবেম্মা, চীঙ্গুম্না ঃথা তোংথোক্পা তেবা পাম্বীদা তোঙ্গন্বা লম্খন্নুবুস্থ কাপথহৌই/ফাহৌই, অত্নগীদমক্ খুমু লমথীংপা হায়নস্থ কৌই। থংচীঙ্ চীঙ্গী ব্রানা শাব-গুম্নবা তাবু তাথোক্লা লেংবান্দা হাইগত্তুনা পেন্দবগী মচীন্দা

র.সোন্পতি, ময়ীম্ পোইরই মইতৈ নিংথৌ অয়াঙ্পা, সনা মখোঙ্থাতা সান্থুপ্লিজে, নোংয়াঙ্গ য়ীনিংথৌপু অাইহন্সে, হাঙ্গৈনা নোংয়াঙ্গ মরম্পুপু থৌসিন্থিজে ॥ লাইরেন্ মইতিংঙু সনা মখোঙ্থাতা, নত্তাইরেম্ য়ীখোইপু, নোংয়াঙ্গ সেন্লইপাক্নে, লহান্ অতোন্ কোক্পা য়ীনিংথৌনা খোইমোম্ লাইঅোইথিজৈকীপু, তাংচা মকোক্ কাঙ, লিল্লা কোংনা য়েংলপকী নিংথৌ পুন্সি কও, লইমা মাঙ্লে মাঙ্লে নিংথৌ কম্পাল্হাঙ্লে, নত্তাইরেম্ অতোন্ য়াইথিংপপু, লাইরেন-সনা মখোঙ্থাতা

---

মরৈনাক্তক্ লাউইহল্লগা নীতম্হৌদবা কোংদোক্লা হাই-হুম্না অৱাংলোম্দা কাপ্থংলকথি হায়হুনা খোঙ্গাং হাইনৈবা হায়নস্থ কৌই। অদোন্ নুঙনাং উশোন্বদি নাগী চাবা শা খোম্নবা য়াইবু খুত্তা পায়রগা খুন্দাকনবা কানকুপদা লাঙ্লোই লৈয়াংকী মতায় অমদা লৈবা অৱাংবা থাকী থৈবা লোয়নদা লৈরিবা লুপশাগৈগী লাইরেন্ মকোক্ পাম্বা, মকো লম্গী শায়াই চেন্বা ওইরিবা লাইকোক্ পাম্বগী হি থেন্দুনা থম্বা ঈশিংগী শকক্ হিথেন্/হিদেন্ তাকম্গী লাইগী মচা ওইরিবা ঈশিংগী মরোন্ মনুংদা লোংলম্মী। অৱাংগী কৌক্রু লৈয়াংকী চীঙ্গোন্ কোঙ্গাংমৈ কৌবা ঙাংজেং ফুকপকী কুইনা লৈবক্রুবা চীঙ্হুনা য়ৌকথুংলুরবা মকুংদা আতিয়াদা লৌহুনা-পন্দুনা লৈংরবা নুমিংনা মতারক্ শুনা মাগী খোঙ্চং হৌহনগ্রবদা চাননবা শাশিং খোম্না-কৌননবা অরুংবা পামজ-চাঞ্জরবা য়াইহুনু ঈশিংগী মরোন মনুংদগী থিকলৌথংলুবদা থঙ্লক্-ফংলক্থি হায়দুনা, নোংয়াঙ্গ য়াইথিবা হায়না কৌরবু খুমনগী তুকা থিবশিংনা নোংয়াঙ্গ য়াইথিংবা কৌথি। মিংচং কক্তরবা খুমন্শিংনা হায়নথিরম্মী — অদোন্

য়াঙ্কোয়বিজে হায়রজে, নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌপু অোইনকে, হাঙ্গনা পুরুম্লপকী, লাইরেন্ মইতিংঙ্না, য়ীতাইরেম্ অতোন্ য়াইখিংপ-জো, নোংয়াঙ্গী নপুঙ্য়াঙ্গীতা, নিংথৌ যম্পাল্ হাঙ্-করোইজে, নোংয়াঙ্গী নপালাই. খুমন্ নপুলাইপু থৌকাউতনা, য়াওংবৌ সাতোম্ লাং, কাংচীন্ লম্তালৈপু তুংথাংননা, মাল্লং চইরোইননা, নোংয়াঙ্গী লম্মাপী, খুমন্ লম্মাইঙ্গন্পী, হুইতোক্ লাংকা নিংথৌ চঙ্গ, হুন্লাং মরুইমাপীতা, বোল্লোই সীন্পান্ ননা লাংহুই সীন্তম্ঙন্পপু লোইতাম্ কুম্কাউকানে, নোংয়াঙ্গী পারী তং, খুমন্ পুরী কাউরঙেনে নোংয়াঙ্গী নপুঙ্য়াঙ্গীতা খুন্কুম্খিঅো—হাঙ্গনা য়োঙ্গীচান্ঙ্গীবপতা অতোন্ য়াইখিংপা, নুঙ্নাং রুসোন্পনা পাউমেন্চরক্তে— লাইরেন্ কোরও য়ী-নোংথৌ-জো, নতাইবেম্ অইপু হয়েং পোইরুই চাতোন্না

---

য়াঙ্গখিবা, নুঙ্নাং উশোন্বা সিথোন্নহদি পোইগী লৈপাক্তা পাল্লিবা কাংলুপ. মৈতৈগী নিংথৌ অয়াঙ্বগী মনাক্তা মকম্ খুপ্ত্না লৈরি, মহাকপু খুমন্ ঐথোয়গী নিংথৌ ওইহল্লসি— হায়না খুমন্ লমদম্-মরম্দম্গী রায়েন-থৌদাগী থৌরম্ থোগাঙ্গ পুবিবা খুমল-লম্বব থবক্ শীন্নহুনা থাবক্খি। অথোইবা লাইগু-ম্নবা মৈতৈগী মংংঙোগী মকম্দা চঙ্জত্তনা—মংাই ঐথোয়সি মৈদিংঙুগী মসেন্ ওইবা লৈপাক্কী মীশিংনে, মতম্ থরগী মমাংদা ঐথোয়গী ঈনিংথৌ খুমন্ কোক্পনা লাই/লাইরেন্ ওইনা ওন্খি-ওইখিবা মতম্দগী লিন্ ওইবগী মতাং-মতাং শম্নবা মশাগী শরুক্ মংকোক্তু কাঙথং-থাঙ্গংতুনা, লিন্ লাবা ওইবত্তুগী অথাবা মিংশেংনা য়েংবীরবদগী মাগী মতুংদা নিংথৌ ওইখিবশিংগী পুন্সি তেন্নুনা লৈমশিংগী মপুন্সি মাঙ্নম্রে, অহুনা নিংথৌগী

থোকাউত্তনপা, তুপ্পী নথৌচান্পু কোল্লোই য়ীম্মিং মাঙ্তনপা থৌ-তু মুঙ্পু খীন্চাকে, লাইরেন্ মইতিংঙ্ নঙ্সুং কোল্লোয় নমিং মাঙ্তনপা, থৌতু লেপ্না খীনপীঅো—হাঙ্গৈনা পুকম্-চরপকী, লাইবেন্ মইত্তিংঙ্না থৌগাল্ল মাঙ্গৈয়োক্ননা পাউমেন্থি অে,—নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ য়াইখিংপাঅো, নতাইবেম্ নোংয়াঙ্গৈ য়োঙ্গৈথোম্চাপু, মরীং খুন্পীরোক্কী, থৌতু মুঙ্পু পুহল্লুঅো, য়ীতাইরেম্ ঝাঙম্ নাহা ফেন্তাং চাম্পা নঙতি, অরাং কৌপা লম্মহন্, লোক্লেন্ রান্খুরোক্কী থৌতু নুঙ্পু পুরুঅো,— হাঙ্গৈনা থৌসারপকী, মতাইরেমসিংনা থৌতু তুঙ্পু পুকরে লাল্লোই মতাঙ্গৈমা রাংথৈ পনমকতা হোব্মু লইতম্ ফেন্না

---

ফম্বাল্ হাঙ্তুনা লৈরে। মৈদিংঙুগী তাইন-থংবগী অথোইবা ওইরিবা ননাই অদোন্ য়াইখিংবা হায়ববু মৈদিংঙুগী নকম্ থুপতুনা লৈরি, হাযরে, খুমন্ ঙৈবেপাক্কী নিংথৌবু ওইহল্লগে— হাযতুনা খুরুন্-খাজঙজবদা অথোইবা লাইগুম্লবা মৈতৈগী নবুংডোনা—অচান্বা ঙৈনাই অদোন্ যাইখিংবা, খুমন্ নবৈবাক্কী নিংথৌ ফম্বাল্ হাঙবা ফরোয়, ফত্তে। খুমন্ নঙগী অপোক্পা নপালাই-নপুলাইবু কাউথোক্কনা মশা মতাম্তমক্ ওইরবা মহাক্ অহুবু (নত্রগা তোম্থিন ওইরবা শারু) পা-নপুদা কংলগা ঙৈবাং-থৌনিহুনা কুম্ কাংবদা নোং চুননবা চীন্নব, লম্তা থাদা শাংপা লৈবু তুংলোম্দা থাংহুনা-চান্দুনা, য়াঙনা-থুনা নুংশিংকা লোইননা, খুমনগী লম্গী নোংদম-নো থায়ংহুনা মবেম্মা ওইরিবী, খুমন্ লৈপাক্কী লমগী মাইবী অহানবী-অহন্বী ওইবী, হুইতোক্ চাওমী নোংমাইথেম/লংমাইথেম ফুরুপকী লাকা নিংথৌগী মচানুপী, থুম্নাং লম্গী মবেম্মা ওইনা রায়েল্লিবীনা য়ুমগী শীস্থা-শীল্লব-

লালুলোই পুঙ্-মা থোলুদে, তরেৎ ঙানুতম্ নাইতপা, সেনচাও পানপোক্ থোক্‌তপা, ল্যাংপন্ নোংলেন্ চন্‌তপা সেনচাও পালুলোংপপু খ.কা থানা সীঙ্‌নাং তোন্থপ্ লৌ. নোংয়াঙ্গী মরেপ্ তমুনা লাইরেন্ অয়াঙ্‌পা মুঙ্‌না থক্কা থোন্‌না থৌতু মুঙ্‌পু খীলুলমদে, অতুনোংকীপু, মুঙ্‌খীনপুঙ্‌অো, কৌপপু পোইরই তাফা থিপনা ব্রাংথই লীক্‌খুম্‌পুঙ-অো থোন্‌নদে ॥ লাইরেন্ মইতেংঙু অয়াঙ্‌পা সরি চোঙ্‌পত্তা অতোন্ য়াইথিংপনা

---

পানহন্দুনা লাংগী মহে পাল্লকপা মতম অমদগী অমা ফাওবগী চহি অমগী মতমগী শীন্থোঙ-শীনফম নো দম্বীথিবব কুম্ থা চুপ্পদা কাউথোক্কুনা লৈরবনিনা খুমন্‌গী পারী-প্পরী পুম্নমক তৎন-কাউনরম্নগনি, খুমন্ নরৈবাক্তা, নযুম নশাইগোন্দা হনথ্রো-হায়না মুংশি চানবীবগা লোইননা হায়বী-তাপীরবদা. অদোন য়াইথিংবা, মুঙনাং উশোন্‌বা কৌবনা ব্রা মেনথৎচহুনা হায়জরকথি —অথোইবা লাইগুম্নবা ঐগী ঈফমদদি অহাঙবদা লৌহুনা— য়ান্দুনা লৈরিবা নোংদোনগী মপু নিংথৌ ওইবীরিবগুম্নবা, অচানবা ননাইনি হায়নরিবা ঐবু ভুংলমচৎকী পোইগী লৈপাক্তা লৈরিবা মতোন ঈথং থংবা মচা ওইবশিংগী মবোন্দুনা কাউথোকপী-খিদনবা, ঈশিং পীবীরিবা লাইগুম্বা নহাক্কী থৌজাল ফংজরবা ঐগী ঈশাগী ঈমিংসি মাঙদনবা থৌ-মুঙভোগী মতু ওইবা মুঙবু খীঙ্গগে, অথোইবা লহৈগুম্নবা মৈতৈগী মবুংঙো নহাকস্তু মিং-লেন-মিংথোল ময়েং তাদনবা মুঙ লেপ্পা-মুংনা খীনবীয়ু-হায়না থুরুম্-জরবদা অথোইবা লাইগুম্নবা মৈতৈগী মবুংঙোনা অমুক হেন্না চান্‌বীবা-মুংশিবা উত্তুনা মেনবী-হায়বীরকথি—খুমন্‌গী মবুংঙো খুমন্-নিংথৌ অদোন য়াইথিংবা, নহাক্কী অচানবা ননাই খুমনগী য়োঙ্গীথোমচাবু মরীং খুমবীরোক্তগী মুঙভোগী মচু ওইবা মুঙ

ব্লাকংচখিঅে, হয়েং পোইরই চাত্তোন্না কাউপীকুনো হায়না ব্লারেপ্‌নরম্‌অে, অতুনোংকীপু মইত্তেংঙ্ অয়াঙ্‌পা ব্লারেপ্ পুঙ্-অো, তৌনা কৌঅে ।। অত্তোন্ য়াইথিংপা লুঙ্‌নাং ব্‌-সোনপতি, ব্লাকুয়ই থোঙ্‌অোইন্না নোংয়াঈ মপুঙ্‌য়াঈপু. য়িন্‌তান্‌থিরপতা, মতাইরেম্ তোংচেং নাউমৃইকী, খুম্‌নৌচাও সুপা

---

চিংহল্লচো, অতুগা অচানবা ঈনাই মৈতৈ নিংথৌজা য়েৰ্কী অঙাং/ পাখং ফেন্দাংজাম্বা নঙ্‌না কৌরুগী লমদমদা লৈবা লোক্‌লেন্ ব্লানখুরোক্তুগী লুঙ্ চিংলুচো··হায়না য়াথং পীবদগী অচান্‌বা মনাইশিংসিনা লুঙ 'চংহুনা পুরকখি । লাল্লোই লৈয়াংকী মচী অমদা লৈরি ব্লাংথৈর্গী পনগী মরূ (হৌজিক অার: ডি: এচ: এস: লৈরিবসিগী মখাথংবা লনদম)দা য়োৎপাক্লা লৈমায় তম্না ফেল্লেননা য়াল্লগা লৈপাক্ তেমথোক যন্দোরক্তুনা লাল্লোইগী লৈপুঙ অমা থোল্লম্মী । শেন্ ঙইনা চংনবদি নত্তবা মপান অকোয়বদদি তকায়-অতোয়গী খুদমদি লৈতবা মপান লোং-থোক্‌পনা মখা থারগা, শীঙনাং মত্তোন ককুথক্তুনা লৌরগা শেঙ্গা পাদম্‌চৈনা খুমন্ মাগী মরেপ্‌কী অব্লাংবা তম্লগা অথোইবা লাইগুল্লবা অয়াঙ্‌বগী লুঙ্‌না মথক্ থংহুনা লুঙ অিহুবু য়ুলম্মী । অহুগী লুমিত্তুগী মরম্‌সিদগী থৌহু লুঙ্‌খীনপুঙ্ হায়না কৌববু পোইগী লৈপাকী চচু তাবা পাম্‌জবা মৈতৈশিংনা ব্লাংখৈ লীক্-খুন-পুঙ থোল্লখিরম্মী । অথোই লাইগুল্লবা মৈতৈগী মবুংঙো অয়াঙ্‌বা, শা পুল্লবা মরী চোঙ্‌বদা খুমন নিংথৌ য়াইথিংবনা, ব্লাকংচরম্মী -হয়েং তুং ফাওবদা পোইরৈগী তুংদা তারক্‌পা চারোন-শুরোল্লা কাউবীগনু হায়না ব্লারেপ্পরম্মী, অহুগী লুমিত্তুগী মরম্‌সিদগী মৈতৈ-গী মবুংঙো অয়াঙ্‌বগী ব্লারেপপুঙ্ হায়না কৌথি । খুমনগী অদোন্ য়াইথিংবা, অথোইবা লুঙ্‌বু ঊনা শোনগৎ-চিংপত্তুনা

হাওসীপতি, পোইরই মপন্ লম্পু ছুংসিন্নাকী, তোংচেং নাউ-মইথক্কী চোংথরোৌঅে ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ য়াইথিংপনা য়ীতাইবেম হাওসীপতি সিরপরা হায়না পাউছংপপু খুমন্ নোংয়াঙ্গ রাহৈনা সিরপপু ফুরপা কৌয়ে। অতুনোংকীপু হাওসীপরোং যুনিপা-অো কৌঅে। মতাইবেম হাওসীপতি লইকু চোংথরাইপু অোইথৌবে। অতুনোংকীপু য়ীরা চোংথ-রাই তুরা নাম্নৈক্ অচন্পঅো থোন্নঅে ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ য়াইথিংপতি মোংপা খুললম্ য়িন্না খু-কুম্—থিবপতা লাল্লোই মতযমা, লইবাই মুংপীথক্তা পুঙ্লেন মবাইবাংনা থোল্লম্অে, অতুনোংকীপু য়াইথিং পুঙ্চাও-অো থোন্নঅে ॥ অতোন য়াইথিংপতি নোংয়াঙ্গ লইকোয়পুঙ্তা রাইথুংলে, হাঙ্গৈতপবা ॥ নোংয়াঙ্গ মনীন্ নাইনা অোক্ঙম্লপকা কংলা রাকোংলাকৃতা নোংয়াঙ্গ চংনরা হায়না, খুমন্ সুরা তেম্না হবাও মতাং সাংনা পান্মন্নবে, হাঙ্গৈতপবা ॥ অতোন্ য়াই-থিংপতি কোল্লোই মিংথোংকাপু চুনপনে ॥

---

লৌথংপা, ঙুঙ্নাং উশোন্বদি রানা রৈবগা হোন্বা হিবু মথোঙ ওইনা শীজিন্নহনা খুমন্ মবৈবাক্ মবমদম্দা ইন্দুনা তাম্নহনা চংগ্রবদা মহাক্কী অচান্বা মনাই হিত্নগী হিনাউগী মমৈদা খুংনা মুক্তুনা হোল্লিবা নৌগী মবক্তগী অচৌবা পায়হনা হিনাউ-শাবিবা, হিমায়-চুম্লিবা হাওসীবা হায়না কৌবহ্নদি মপাগী মরম্ ওইবা পোইগী লৈপাক্, মৈতৈগী লম্দমবু ঙুংশিবদগী হিনাউ মমৈদুগী মথক্তগী চোঙ্থহৌগি। নোংনা ময়াঙ্গ ওইনা কুপ্লিবা ময়াঙ্গ ওইনা রাংবা লমদমদা পাল্লম্বা খুমন্‌শিংগী নিংথৌ অদোন য়াইথিংবনা অচান্বা ঈনাই হাওসীববু শিবত্রা হায়না মপাউ

নপেন্ মোংয়াম্বি খুমন্ লইরা, য়াংঙমক্লোম্ নাউসঙ্ লাংকম্ চম্নু মীয়েম্ নাউসঙ্-ঙুম্না, তাউক্তং-সাংবপুঙ্, সেক্মু নাউসঙ্ কাইনা মোইঙাং কুইনঙ্গুঙ্, পোইরই থাঙ্খোক্ মতাং সাং ভিমেন্ ঙামায় কুইসপুঙ্গু, অসৈনম-চম্নু, নাউসঙ্ লাংকম্ চম্নু পাঙ্গমা লিন্কোঙ্গী—

হংবম্নু, খুমন্ মখোয়গী মরোনগী য়াহৈদা, শিরবম্ফুরবা কৌই, অহুগী মুমিত্তুগী মরম্সিদগী হাওবিরোং ফুনিবা কৌথি। অথোইবা মনাই হাওবিবদি খুংশিন্-কৃশিনবা লৈমায়দা চোংথবা লাঙ্গমু ওই-হৌয়ে। অহুগী মুমিত্তুগী মরমসিদগী ঈরাং চোঙথরাই তুম্না নাম্কে অচনবা (মোইরাং মচানা চোঙথবা মফম্, মতৈ-মনাঙগী নগ্রগা তুম্না কৌবগী মশম্না ফৈনা তাঙ্গশিন্নবা, অরুবা লম্) থোম্নখি। খুমন্ লৈপাক্কী নিংথৌ অলোন্ যাইথিংবমা তুয়েন তুখুন ইম্না কুম্থরক্তুনা লাল্লোই লৈয়াংকী মচী অমদা তুয়েন লৈরায় মথক্তা অচৌবা পুঙ অমা চাঁঙ্না লেম্না থোল্লম্মী, অহুগী মুমিং-তুগী মবম্সিদগী য়াইথিং পুক্তাও থোম্নখি। খুমন্ নিংথৌ য়াইথিংবদি খুমন্ লৈপাক্কী কোমুঙ্গা থুংগ্রে, হায়য়ে। খুমনগী মমিং চৎপশিং, লৈরম্শিং পুম্নমকনা শুম্ন-ঙাইবমচুনা থেংনরগা য়াযেন-য়াফম ফোংদোক্নবা কনলাক্লা চঙ্চুনা খুমনগী চীম্না হায়নবা লৈ-ভাক্ক-য়ায়েনগী য়া পুথোক্নহুনা খুমন্ মুপীশিংগী য়ায়েল্-য়াভাই-রাতেমত্তুনা হরাও খুংঙাইবগী মতম্ শাংনা পানমিন্নগ্রে, হায়-বীরম্মী। খুমন নিংথৌ অদোম্ য়াইথিংবদি মশাগী মমিংথোন অসিগা চপ চান-ফুনরবনি।

নবেনুধৌ খুমনগী মবেম্মা মৈতৈ নিংথৌজা নিংথেম্চা য়েক্নু ওইবী নিংঙোন নাউশঙ লাংকমগী মচানুপী নাউশঙ লাংগম চম্নু

## (১৮) অতোন্ সময়োকফাপা

নয়ু় নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ সময়োক্ফাপ ও তৌনা কৌঅে ।। নোংয়াঙ্গ সময়োক্ফাপা কৌপত্তি কত্তৈনোংকীনো ? নোংয়াঙ্গ তাঙচা মসম্ভোন্পু য়ুয়া পোংমতু, সয়া য়ুফোং-মইকুম্ তাঙচা সম্ভোন্পু পোঙনা নাউয়োক্অে, হায়পকী অতোন্, সময়োক্ফাপঅো তৌনা কৌঅে ।। নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ সময়োক্ ফাপত্তি লাল্লোই মতায়মা, কুপা লাইমকোন্, চিপা-য়ুতং পোক্তা, খ়া য়োংয়াম্ তান্ষৈ, পামেল্ য়ুমুম্লৈ নায়েংপপু সীঙ্লেন্ লৈঅোইননা মমা নোংপান্ য়োয়েংপীচা য়োংনাউ সা-থীপা, কৌপা লীহই পাম্পপু য়োংনাউ মসীঙ্ য়াম্না কাঅে ।। অতুনোংকীপু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ সময়োক্ ফাপা, চি-পা য়োংতান্ থৌপা খ়া য়োংয়াম্ ফাপঅো তৌনা কৌঅে । নোংয়াঙ্গ খুমন-নিংথৌ অতোন্ সময়োক্ ফাপত্তি কোল্লোই মিংথোন্কীপু চুনপনে ।।

---

ঈয়েম্ নাউশঙখুনা মচানুপা তাউদং পোক্থিবা লম্দম, সেক্মু নাউশঙ্গাই কৌবীনা মচানুপা মোইদং পোকচথিবা মফম, পোই-রৈদা লৈবা মীশিংগী থাঙথোক মতাং শাংবা, তাগী তাজীন্-গী মমায় শাংবা মফমবু শৈশক্–শৈথানবশিংগী নিংঙোন্ নাউশঙ লাংকমগী মচানুপী নাউশঙ্ লাংগম্-চম্নুগী পলেম্ পীবুরুংদগী—

### (১৬) অদোন শম্য়োক্ ফাবা

নবুথৌগী মিংলেন্দি খুমন্ নিংথৌ অদোম্ শময়োক্ ফাবা হায়না কৌই । খুমন্ শময়োক ফাবা কৌবদি করি তৌথিবা মুমিন্তগীনো ? খুমন মহাক্কী মতাঙ ময়াম্ পুনশিল্লগা শারিবা

মপেন্ নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ লৈমা নোংপাল্লোন্ কাইনৌপী সময়োক্-তো ভৌনা কৌএ ।। সেল্লোই লংমাই নিংথৌ চন্নু কাইনৌপী সময়োক্ তো কৌপতি কতৌনোংকীনো ? মথুম সেল্লোই মিকৌনা লংমাই তেংখানপতি সম্পু খিং খিং কৌএ, সম্ চৌপু, কাইনৌ কৌএ ।। নোংপান্ কাইনৌ মদম্চৌপু খোইমোম্ লাইতোক্কনে হাঙ্গপকী চইরঙ্গ ফিনা য়োম্না নাউয়োক্খিএ, অতুনোংকীপু নোংপাল্লোন্ কাইনৌপী সময়োক্তো ভৌনা কৌএ। নোংপাল্লোন্ কাইনৌপী সময়োক্তি সেল্লোই নাক্পক্মা, লংমাই চীঙ্সাম-পু অসে লম্নেম্ সকপ-চন্নু পাঙ্গমা শিনকোঙ্গকী –

---

হক্চাংগী শরুক্ মকোক্কী মথক্তা হৌবিবা শমদোন্ পোঙ্না মশম্ থাক্ই-ফোক্ই হাযতুনা অদোন শমযোক্ কাবা হাযনা কৌখি । খুমন্ নিংথৌ শময়োক্ ফবদি লাল্লোই লৈয়াংকী মচী অমদা লৈবা লাইবেলগী মকোন ওইনবা ফুবা কৌবা, উচাগী বা, উতং যাম্না হৌবা লমদা য়েং মযাম তানবদা অহাঙবা মপা মেন্নবা পাঙ্গী, মনা লোচ লেঙ্ চংপা ভৈমুকৈগী শীঙগী মযোন ওইবা অথোই বা মতোনবু লৈ ওইনা চিল্লগা অরাংবদা পানববু য়োবগা য়েবী হেক্পী মংগী মচা, শাথীরবা অশিক্পা যে, কৌত্রুগী লীহৈ/ হৈরী পাম্বা য়োনাউবু মশীঙ য়ম্না কাবম্মী । অদুগা নুমিত্তুগী মবমসিদগী খুমন নিথৌ শময়োক যাবা, চিবাদা শ্বো তান্বদা থৌনা লৈবা, থংা-য়োংয়াম যাবা হায়না কৌখি । খুমন নিংথৌ শমযোক্ কাবা কৌবদি মশাগী মমিং থোনসিগা চপ চানববনি ।

নবেনথৌ নোংয়াঙ্গ-খুমনগী মবেম্মা অঙোম্ য়েক্ ওইবী নিংঙোল্ কাইনৌবী শময়োক্ হায়না কৌই । শেল্লোই-লংমাই-গী নিংথৌ শাশৈগী নিংঙোল্ কাইনৌবী শময়োক কৌখিবদিকরি

## (১৯) অতোন্ খোঙ্পু সমুকুন্নুচা

নম্বু নোংয়াই খুমন্ নিংথৌ অতোন্ খোঙ্পু সমুকুন্নুচা তো তৌনা কৌজে ॥ খোঙ্পু সমুকুন্নুচা কৌপতি করৌনোং-কীনো ? লম্বান্ নোং ময়ুম্না চৌঙ্খোঙ পোইরইতোন্না মালেম্ খুন্কাওইঙৈতা নোংয়াঙ্গ অমন লইকোঙ্গপুঙ্কী খোঙ্লেন্ নাতৈ কাঙ্, চারা মখোঙ্ হাঙ্না মালেম্ খুন্কাওরক্পা সন্পু, কাও-রেন্ য়াম্না হাথজে, মান্পী য়াম্না হাকোক্জে ॥ কাওরেন্

---

তৌখিবা মুমিত্তগীনো ? শেল্লোই-লংমাই ক্বাংলুপকী মরোন-না শমবু "খিং খিং' কৌই, শমজিবুনা 'কাইনৌ কৌই । অতোম ওইবী মহাক্কী কাইনৌ মশমজিবু, অথোইবা লাই ফত্তববু ওক্ল-গনি হায়ফুনা চৈদা লৈরগা শাবা ক্ষিনা য়োম্শিন্দুনা য়োকৃচ-কঞ্জখি, অতুগী মুমিংশিংফুগী মরম্দগী অতোম্ য়েক্ওইবী নিংতোন্ কাইনৌবী শময়োক্ হায়না কৌখি । অতোম য়েক্ওইবী নিংতোন কাইনৌবী শময়োক্তি শেল্লোইগী নাপাক্ অমা, লংমাইচীঙ/ নোংমাইজীঙ্গী চীঙ্শাং অমবু শৈশক্ শৈথাক্ফুনা অথোইবা লম্গী মতীক্ শক্ল-শোন্নবশিংগী নিতোনসিগী পালেম্ পীবুক্ল্ংদগী -

### (১৯) অদোন্ খোঙবু শমুক্নু-চা

নবুধৌগী মিংলেন্দি খুমন নিংথৌ আদোন্ খোঙবু শমুক্নু-চা হায়না কৌই/খোংবু শমুক্নুচা কৌবদি করি তৌখিবা মুমিত্তগীনো ? থায়না মমাঙ্ঙৈদা মবুধৌ পুরেন, নিংথৌ ওমথং ওইবা পোম্বগী লৈপাক্কী অকোন অতোনবা মী, পোইরৈতোন্না মালেম্সিদা খুন্দানবা থুংলরবদা, খুমনগী অশি লৈপাক্কী কো-মুংদগী খোঙগী খোঙ্পাক্ কাঙথোক্লুনা চারা ময়াম্বু লোন্বদু

সন্চল্লে, সমুক্ কোন্পু থানা নাউয়োক্লঅ, অতুনোংকীপু খোঙ্পু সমুক্কুচা-ও তৌনা কৌতে ।। অতোন্ খোঙ্পু সমুক্কুচা থায়াঙ্ মথৌমন্তি, হাওরই নোংচুপ্লা পাংপরম্ নোংয়াঈ হাওপা কোক্থোংকা খুমন্ তাওহুইয়াঙ্কা, য়াংলা সৌপোন্ মাঙ্রাই থিন্না কোঙ্য়াঙ্ নপুঙ্য়াঈতা খৌসাংথপতি কোঙ্য়াঙ্ মপুঙ্ তাক্লে, মরান্ থুম্পী মইমাঙ্ চন্না হুম্তাং য়াঙ্লী তৎ, মইখু নোংলোন্কা, হুয়েন্ য়াইসীঙ্ মুৎনা পন্থেংলে, হুয়েন্ লান্নিকীতি হাওনু তোল্সোন্ লাংমইমু, সাংতে

---

শিল্লিবতু হাঙ্দোক্কুনা মালেম্দা খোক্হল্লক্পা শন্দুনা শনলাবা অমোম্ মশীঙ য়াম্না পোক্থরম্মী । মথোঙ মরি পান্বা য়ুমশাশিংহুবু শন হায়না মশীঙ থারে, শমুকশিংতুগী মকোন্ লৈফম থাজিন্দুনা য়োক্লম-লোইরম্মী । অতুগী নুমিত্তগী মরমদগী খোঙবু শমুক্নু-চা হায়না কৌখি । অদোন্ খোঙবু শমুকনু-চাগী অয়াঙবা মথানা পাংথোক্খিবশিংগী মমলদি হাওগী লৈপাক্লা শন্দোক্খ্রিবা নোংচুপ মায়কৈ পাংবরোম্দা লৈবা খুমনগী-হাওবা কোক্থোংগা খুমনগী তাওহুই-য়াঙগা লোইননা য়াংলাগী সৌবোন্ কোনবা তাবু মাঙলোমদা চংশিন্ চংশিন্না থিন্দুনা কোঙ্য়াঙ্ খুমনগী থুনয়াঈ তা খৌশাতুনা লান্দাখিবদা কোঙয়াঙ্ থুঙংতাকহল্লে, ময়ুম পুম্বা তুম্না মৈদা থাদোক্কনা হুমদাং ফারিবা য়াঙগী লী/থৌরী তংলে, মৈখুনা নোংথক্কী মরোন্-মরোন্ কাথিতুনা লান্মীগী মথাই মমি মশীঙ য়াম্না, পুম্তুম তুমনা মুৎপমথৈ থুগায়রে; অতুগা লামফমসিগী লানফা ওইনা হাওনু তোমশোম ফিজেৎমনা লাংমৈ থেংপী শাংতে ভাইমুবী কৌবীবু মথম্লাইগা হক্চাংগা কায়নহল্লে, অতুগী নুমিৎসিগী মরমদগী

ঙাইহ্নপীপু – কাঙ্গীনহুল্লে অতুনো কীপু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ খোঙ্পু সমুক্নুচা হাওন্থু তোম্সোন্ লাংমইহ্নু সাংতে ঙাইহ্নপীপু কাঙ্গীনহুন্পাও তৌনা কৌতে ॥ অতোন্ খোঙ্পু সমুক্নুচাতি কোল্লোই মিংথোংকীপু চুনপনে ॥

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমন্-লইমা ঙানহ্নুরোন্ সঙ্লইমা থিঙ্-কোন্-সু-ও কৌতে ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্-লইমপু সঙ্লইমা থিঙ্কোনসু-ও কৌপতি কতৌনোংকীনো ? নাউরা মথুঙৈকী হৌনা হইরাঙ্ অসংলাই, তাংচীঙ্ অমুন্লাইপু লাইথুংতে, খোইমোম কোবও মনোংথৌনা লনকুপা, চীঙ্ঙু রাংপা মকা-সানা য়োঙ্গীপীপকী মনীঙ্ সারঙ্গী মবেপ্পু ফংনা, ম-হ্নু সুমল্লই মবেপ্পু রাইনা, অচাও থুনা লেপ্ফাতে, সাংসুং থুনা লম্ফংতে, হায়পকী নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা ঙানহ্নুরোন সংলইম-ও কৌতে ॥

---

নোংয়াঙ্গী খুমন নিংথৌ খোঙবু শমুকহ্নু চা, হাওহ্নু তোম্শোন্ লাংমৈহ্ন শাংতে ঙাইহ্নবীবু কাইনহনবা হায়না কৌখি। অদোন্ খোঙবু শমুকহ্নু-চাদি মশাগী নিংথোন্সিগা চপ চানরবনি।

নবেনধোগী মিংলেন্দি খুমনগী মবেম্মা ঙানবা য়েক্কী নিং-ঙোন শংলৈমা থিঙ্গোন্সু কৌই। খুমনগী মবেম্মসিবু শঙলৈমা থিঙ্গোন্সু কৌবদি কবি তৌখিবা হুমিত্তগীনো ? অঙাং পীশক্ ওইতুনা লৈরিঙৈদগী হৌনা মশাদা অশংবা হৈদা তোংবা অমুনবা হৈদা চঙবা তিনথুং-লাইথুং অমতা, চল্লক্কে, অখোইবা লাই ওইনা মহাক্কী পুন্সিবু শেম্বী-শাবিব্রিবনা থৌজানবীবা, অৱাংবা চীঙগী মপু, ৱাংলবা মরাইবক্ নোংদম্বীরি-নোংখাইবীরিবা লাই-য়িংথৌগী চানবীনা য়োক্পী-কোনবীরকপগী মনম্মা-মপীশিংগী শাওং

ঙানপা খুম্বং নিংথৌ চম্বু. লোইরেন্ খুন্পীরোক্, থৌতু মুঙ্-পাকুথক্তা মুংফি লৈরুম্না ফাকং লৈজোইনা লীচই তোরান্ সু লাল্লোই য়ীঙাথোক্, সারেন্ মী সুংলাংপু য়েন্ হৈপ-চম্বু, মপাম্ হুয়েন্ লান্নিকীতি অসৌ মুঙ্তোংচা লিল্লা হাওতমথীপু অহোঙ্ লাল্লু তইনা সুংপচম্বু, নোংয়াঙ্গী খুমন্-লইমা সংলইমা থিঙ্কোন্সু পাঙ্গমা লিন্কোইকী —

## (২০) অতোন্ থিঙ্কোন্হন্পা

নম্বু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ অতোন্ থিঙ্কোন্হন্প-তো তৌনা কৌখে ॥ নোংয়াঙ্গী থিঙ্কোন্হন্পা কৌপতি বতৌ

---

শাদাগী মরেপ-শারেপপু ফংনা ননেম মবোক্কী ফোস্থু-চেঙ্শুগী শাওই-পাঙ্গল্গী মঙান-মতীকুসু ফংহুনা চাওবা থি-নবা লৈতনা মরেপ ফাই, রাংবা শাংবসু থুনা মপুঙ ফাই হায়হুনা নোংয়াঙ্গী খুমনগী মবেম্মা ঙান্বা য়েক্ওইবী নিংঙোন শংলৈমা কৌই। থায়না মমাংঙৈগী নিংথৌ ঙানবশিংগী নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোন, অথোইবা লোইশিংগী অহানবা খুনবী — খুঞ্জাও, লোইরেন খুনবী রোক্কী মুঙডৌ-থৌগী মতুনা ওইবা মুঙ্গী মুচপাকথক্ত, মুংফিনা লৈরুমফি, ঙবোং ওইনা ইন্দুনা ফাকংফি ঙবোংনা য়াহৌ ফি ওইহুনা লীচৈ চৈতুপ পায়হুনা লাল্লোই লমগী মীগী মশরুক্ ওইজবা রারম্, মীতোপকী মশুংলাংগী ওইজবা রাকম্বু রায়েন তৌবা হৈবহুগী চাদা-নাউদাগী নিংঙোন, মপামগী শাফা-লান ফাগী মরমদনা মুঙতোঙগী মচা অসৌ কৌবা লিল্ লাবগুম্না হেক্কা হৌহুনা তমশিল্লক্পদা শাথী-তমথীরবত্ত অহোঙ্ লোইরেন খৈনদা মকোক্ তোপ্পা য়াম্দুনা অকন-অথৌগী মতীক্ ঊংপ-শিংগী নিংঙোন, খুমন-নোংয়াঙ্গীগী মবেম্মা শংলৈমা থিঙ্গোনসুগী পংলেম লীয়োম লাদগী —

নোংকীনো ? পন্থৌ মপা সাংমাপা থোঙ্‌পু সমুক্‌মুচানা
হনমু ময়াই কায়পতা মপারীপু থীন্না কোন্না পোক্‌ঐ হাঙ্গী-
পকীতমক্ অতোন্ খিঙ্কোন্‌হন্‌প-ঐ তৌনা কৌঐ ॥
নোংয়াঙ্গী লইমাপা অতোন্ খিঙ্কোন্‌হন্‌পতি, ছাংরই নোং-
পোক্‌লা পাংপম্‌ম্ য়াইরং লম্‌মহন্ পাসি তোন্‌পা য়োক্-লু য়ান্,
অতোন্ তাইপঙ্‌চাম্‌পা লোক্—লুথুম্, থোঙ্গনৌ লা-মইথেং,
সমন্ কতেং লম্‌তা খোঁসাপনে ॥ ময়ীম্ পাসি মনীন্ নাইপা
হামেং সেন্‌সাপা, লাইতাং তান্‌তপনা, চীঙ্‌পা—ফুপা তোংঙৈতি,
লোইমু থুম্‌চা অকুপ্‌পপু, থুম্‌কোয় পাইছম্ মুনা লোইহাঐ,

---

## (২০) অদোন্ থিঙ্গোন্‌হন্‌বা

নবুধোগী মিংলেন্দি থুমন নিংথৌ অদোন থিঙ্গোনহনবা
হায়না কৌই। নোংয়াঙ্গী থিঙ্গোনহনবা কৌবদি করি তৌথিবা
মুমিত্তগীনো ? মহাক্কী ঈবু পনহলবীরক্‌পা অপোক্‌পা মপা
থোঙ্‌বু শমুক্‌মুচানা অহন্ ওইশিল্লক্‌পগী পুন্সিদা লৈরবদা
থীম্ন-কোন্থনা মচামুপাসিবু ফংজখি হায়বসিদগী অদোন থিঙ্গোন্-
হন্‌বা হায়না কৌখি। থুমন্ লৈপাক্কী মবুংঙো অদোন থিঙ্গোন্‌হনবদি
হাওগী লৈপাকশিংনা লৈখিবা, নোংমবু পোক্লিবা মুমিংনা থোরক্‌পা
মায়কৈরোম্‌দা লৈবা, নোংপোক্লোমগী অথোইবা লম্ পাসা-মচা
পাসি তোম্বনা ওক্কী শক্ক-শয়াঙ য়ানখিবা, থুমনগী তাইবঙজাম্বগী
লোক্কী লুখুনদা/মমাঙলোমদা লৈবা, পুক্লীঙ পেংহন-নৌহনবা
লাংমৈ-মতু থেংনখিবা মকম্, থুমবু য়োং-থাঙ ওইনবা লমদা
খোঁশাহনা লাল্দাখিবনি। পাসি-মচাশিংগী মমিং চৎলবা কাংলুপ
পাসিশিং, হামেংনা শেনগুম্মা মমল য়াম্নবা, লাইতাং কুন্দপক্কী
মী কুংনা-চিননা লৈতা-থুন্দারিবশিংনা চীঙবা-পুবাদা পাম্নিবৈ

হৌজিক্ ঈ্নাইরং লম্মহন্ অতোন্ তাইপঙ্চাম্পা মবম্-খৈভা পানি মনীন্ নাইনা খুন্তারপকা লোইন্নু থুম্কোয় সাপা লম্ঙাক্ খোইতোঙ্পপু, খাঙ্লা পোন্থিং য়ই, থুম্পোৎ ১০০০ সুনা লোইহাপসুং পাউযাতরে ॥ লহান্ নোং পাসি মপুরোন্, সেপা লাইতাং মপারোন্তসুং লোইন্নু থুম্চা অকুপ্ পপু থুম্কোয় পাইহুম্ সুনা, লোইতাম্ থালেন্তা, লাংহই কুম্কাউতনা লোইন্নু থুম-হা-পসুং কবিকী লোইহাতরপনো হায়না নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ থিংকোন্হন্পনা. পাসি মপুঙ্য়াঙ্গতা লোইতাম্ থাপ্ সি, লাংহই কুমপু অোন্, থাঙ্লা য়েন্কোয় থোং, য়াইবে. মথোক্ লোয হাওসি মতাং কা, মান্ সং মনা লেক্, পামেন্ রুরাই হকু, তল্লা রুবাই কংনা থাঙ্য়ি পুথাপ্ অঙল্লৌপু, পাথং নাঅোক খুৎরাই থোং মোম্নু সামন্ তোংথেন্ যেক্প লঙ্গনা ফংনা, লাংহই চাহই নেন্না পাসি মপুঙ্ তাক্না পন্থেংলে ॥ হুয়েন্ লান্নিকীতি পাসি রুয়ান্খু রুয়ান্হন্, নাউবীখু নাউবীহন্ পাসি খুন্নৌপী খুন্-নৌপপু কাঙ্গনহুল্লে ।। নোংযাঙ্গ থাযাঙ্ মথৌমন্, অতোন্-চুঙ্সেন্ মরান্তোন্কীপু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ পাসি লা লোই ঙম্পা, য়াংলা চাহই নেন্পঅো কৌঅে ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ

---

লৈরিঙৈদদি লোইপোংশিংগী মরক্তা মুপীচা ওইনা শীঙ্থানবা অকুপ্পা থুম্বু মকোয় মকোয় শারগা মৈহুম্না নুংশিং হুম্ডিন্দুনা লৌথোকপা লোয়রগা থাওদা হাপলগা পুবক্তুনা লোই হারৈ। হৌজিক্তদি নোংপোক্লোমগী অথোইবা লমদম, খুমন তাইংজাম্বনা পাল্লিবা লমথৈ মনুংসিদা পাসি কাংলুপসিনা মনা-মনীন নাইনা থুন্দা-লৈতারবসিদদি, লোইপোংলক্তগী অমোম-মুপী ওইবী থুমগী থুমগোয়-মকোয় শাবা, মকোয়হ্রগী মাঙ্গকৈদা মথোঙ্গগুম

তভোন্ থিঙ্কোন্হনপা থায়াঙ্ মথৌমন্, অতোন্ চুঙ্সেন্ মরান্হওতি, অতুম্সুং মতোম্-তে ।। হাওরই খানা পা পরম্, কোকে লেংনা রুমইরম্ রুমই লেংকাইচীঙ্তা খৌসাথপতি, পাঙল্ মরা খুল্লেল লইকী, কালারাচা লম্চিংপা মপারী, মসোম্ রাহাঙ্গীপা, মরাভোন্ অতোনপপু কাঙ্গীনহল্লে । অতুনোংকীপু অতোন থিঙ্কোন্হনপা মরা খুল্লেন্ চাঙ্গীপঞো কৌজে ।। নোংয়াঙ্গী পায়াঙ্ মথৌমন্ চুঙ্সেন্ মরান্ঞোন্তি, অতুম্সুং মতো-ম্তে ।। হাওরই লাইনা পাংপরম্, সায়ান্ পন্নইথা, মতু তোন্না

---

তোঙখংহন্দুনা ফজহনবা থুমগোয়বু থাঙ্গরানা মখা থাহুনা পোন মন্নুংদা হাপ্লগুল্লা শেম শারগা থুনপাক শুংহুনা থুমপোং ১০০ শুনা লোইপোং পোংনা ওইহল্ল হায়বদা য়াদ্রে। হৌখ্রবা মমাংঙৈগী মতমশিংদা পাসি মখোয়গী মপুগী মরোনগী মতম্, সেবা লাইতাংগী মপাগী মরোনগী মতমদগ্ম অকুপ্পা থুমসি থুমগোয়-থুমপাক্ শারগা খংনা হু-স্বা থাওনা হাল্লগা কুম্ অমতা কাংদনা থা অমুক্তম্ম শোয়নদনা থুমগী লোইপোং হারম্ববু করিগী লোই হারদ্রবনো হায়হুনা থুমনগী মবুংঙো অদোন্ থিঙ্গোনহনবনা পাসাগী মী পা সশিংগী থুঙ্গংদা কুম্-থা চুপ্পা অমা লেপ্পা নৈতনা থাঙ্গরাগী অকোয়বা মনানা কোয়না-কোয়না চাওখংলক্পা, য়াইরেন পাম্বীনা মথোক্-মউ চাওথাক্লকপা, হাওসি মপান্না মতাং মথং-মথং কাখংলক্কুনা রাংখংলকপা, মানসং পাম্বীশিংনা মনা লেক্থনা পাল্লকপা মতম্শিংসিদা কাংদনা নৈহুনা, উদা থাঙ্ফম্ হক্কুনা, উপান্গী উরাই কংহুনা খুইজ্জিন-তুকথরক্কুনা, ফৌগী মথন্দা অঙল্-লৌরোক্ ফংবা পুথাপ-ফৌবু পাথংনা লৌহোন্ পুননবা মনা ওক্কুনা থুংনা পায়রগা লৈ-দনবা লৌগোন্ ফোইবা ঙম্বগী

কোইপরম্ তরাওতোন্না চাক্পন্নাই, থাজীং খীকৃথোংপা, সারেন্ য়াইনম্পনা, কোইপরমৃতা-খৌসাপা, ন্নাইসেন্ লান্থাপা থিংপা খরংপা; থিংপা পুনেম্-শাক্পপু কাঙ্গনহল্লে, অতুনোং-কীপু নোংয়াঙ্গ খুমন, নিংথৌ থিংপা খরংপা পুনেম্ সাকাপপু কাঙ্গনহনপ-অো তৌনা কৌঅে ।। নতাইরেম্ নোংয়াঙ্গ হাওচা ঙওরেনরাক্ বোন্ফপনা নোংয়াঙ্গ খীপুঙ্খৌ অতোন্ লইমাপা-অো, নতাইরেম্ কৈতন তরেৎ নাম ইকীনাং লীচই তোরান্ কৈনা হাই, থোঙ্লেন্ নাক্পক্ মতোয় কাঙ, সর্বক্ থিং থিং লঈনা

---

চহি মতাং, তুপী ওইবীখিংনা নীংজবগী রাংলবা পাক্ত্পী মশক্ময়েক্ থোক্লকপগী পুন্সিগী তাংককপু ফংসকপা মতম্ ফাওবা য়োনা লাংগী মহে ওইবা চাননবা হৈ, কৌবু খাওবা-লেন্বগী মতম য়োনা লান্দাত্থনা পাসাদগী লাক্পা পাসিগী খুঙ্গং তাকৃতন্-মুংহনবা মখে লান্ থেংনরে । লানগী লানফা ওইনা পাসিগী উয়ানখু-উয়ানহন্, মাউরীখু - নাউরীহন, নৌনা পাসিদা খুন্দারকপা খুন্নৌবী-খুন্নৌনবু মপন্নাই হকচাং কায়নকল্লে । খুমন্ নিংথৌসিগী অয়াঙ্বা মথাসিনা তৌবা থবক্কী মমল্, মহাক্কী চুঙ্ শেন্নহনা লান্দাবগী মরোন-মরোন অসিদগী নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অদোন খিঙ্গোনহনবা পাসি লাংলোই তম্বা, য়াংলা চাহে নেনবা কৌথি । খুমন নিংথৌ থিঙ্গোমহনবগী অয়াঙবা মথা শীতিল্লকনা মথৌ পাং-থোক্থিবা, চুঙশেন্নহনা লান্দাখিবগী থবক্কি তচুনসু লোয়দ্রি । হাওগী লৈপাক্না তৌখিবা থা পাবা মায়কৈরোম্দা মোইরাংগী লেংনা চিংগী মমৈ ওইবা লম্ উমৈ লেংকায়চীঙদা তা খৌশাঙ্কনা লান্দাখিবদি বাঙ্গাল্দগী লাক্পা পাঙল মরাগী খুন্নেনগী লুচিংবা কুচু মুবশিংগী নিংথৌগী মচানুপা, মচীন চংপা

হোয় নোংঙ্গাঙ্গী থাখা, অদোন্ লাইথানা, চবাং হুইমইকক্পু, য়েন্পোন্ সা, হুইকক্ ম্মাবেং পোন্চেং সা, ঙাক্ম তোবা কৎনা নোংহাম্লে, মপেন্ রাংঙ্রম্লোন্ থোংঙাইথোং মকুম্সা, নোংয়াঙ্গী সাইক্কু তাঙ্গয়োংমনপু পাক্লোই সাইতা তম্, মঙ্কাইঙ্গ য়াঙ্-নম্ সেন্ পাইথু লেংহান্ননা কাংচীন্ লেংতারৈপ্ম ফুংথাংননা, থোক্লাং লেংতা থোং সৌত্তি নানমুম্, ককপু সেংসোননা, য়াঙ্গয়ৌ সাফেন্ কুম্পু ফংলক্লে লোইঅম্ কুম্সারুখো, য়ীঙ্গং কৌপা সোয়রে, চীঙ্খোঙ্ য়াহণ্ডবো – হায়না মতাইরেম্ হাওচা

---

মসোয় মিঙ্গৌবা নিংথৌ মচালক্পী ঈতোম্ তোনবহুব্ থম্লাই— হক্চাং বায়ংহল্ল। অছুগী নুমিত্তুগী মবম্সিদগা অদোন খিঙ্গোনহনবা না খুল্লেন চায়বা কৌখি। থুমন নিংথৌসিগী অয়াঙ্বা মথার্গী মথৌগী মমল, চুড শেল্লবগী লানগী মবোনগী শত্তমণি অছুনম্ লোয়দ্রি। হাওগী লৈপারা শন্দোকখিবা, লাইনা লৈবা মাথকৈ, অল্লাংলোম্দা শায়ান পনমৈথাদা মহুরান কৌবনা কোংথা, ওবাঙতোন্ বৌংনা ঙাক্পা নম্দা লৈবা থাংজিল্মক থীল্লগা থোবা্ শাগী ঙানম (শানম/য়াইনম) চাবল্লিংগী লম্দা থৌশাহুনা লান্দাখিবদা য়াইশেন লানঙম্বা, খিংবা লমগী থুনু পবংহম্বা খিংবা পুনেম শাফবা কৌববু হাওলে, অছুগী নুমিত্তুগী মকম্সিদগী থুমন নিংথৌ খিংবা থবংবা পুনেম শাফবু মাথখীহনবা হায়না কৌখি। অচানবা মনাই মথোন্ থুংশিনা ফববা হাওচা তৌ-বেংরাকনা থুমন ওইবীবথা, মনাই ঐগী ঈমুংঙো থুমন লৈপাক্কী মপু, মনাই অচানবা কৈদা (EU-NUCH), লৈমা-মিংথৌগী ওইনা কেংজুং শঙ্লিথনা লীচৈগী কৈনা হাইদুনা, থোংগী থোংঙাক্ হাঙ্দোক্লগা শবীক্ থীংদুনা

তওরেনব্রাক্ খোন্‌ফপনা য়াহও, নিংথৌ, অতোন্ থিঙ্কোন্-হন্‌পা, পাসি লাংলোই ঙম্‌পা, য়াংলা চাহই নেন্‌পা, পাঙল্ মরা খুল্লেন্ চাঙ্গীপা, রাইসেন্ লান্‌থাপা, থিংপাই থরংপা, থিংপা পুনেম্ সাফাপপু কাঙ্গীন্‌হুন্‌পআে তৌগা কৌই ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ থিঙকোন্‌হন্‌পতি কোল্‌লোই মিংথোংকীপু চুনপনে ॥

---

খুমন লৈপাক্কী লাইথাগী পানা থিনবা হুই- চমৈ অকক্‌পা মান্‌বা চরাংবু য়েন্‌পোন্দা হাপ্লগা হৈককস্থু ম-নাদা লেঙশিন্দুনা পোন্দা হাপ্লগা চৈতেক্ মান্‌বা ভামু কত্তুনা ভাইতুনা লৈজবে। নবেনথৌ মৈতৈ নিংথেমচা য়েক্কী নিংঙোন খোংভাথোংনা তৌ-দোল্লস্বা কুমশাবগী লাইথৌ থৌরমগী খুমনগী শাইদা হাপ্পবা শাইফুগী মশা-মরোং অমনা কোক্‌য়েংকী শাই তারক্‌পবগা মাল্লহন্দুনা মনঙ্গন্দা নম্লগা থবক শীজিন্নবা শঙ্গাইবু পায়দুনা লেংবান্দা থাও য়াল্লগা কুম কাংবা মতম্‌দা লেংদা তাহন্দুনা চীন্নবা লৈবু তুংলোমদা ওন্থোক্তুনা য়ান্থহল্লগা তাথোক লেংদা থাংহুনা শৌদি তা'পৌনা নাপী নম—নমতুনা লৈপাক্ লৈতঙ্গাযদা ফৈগন্না শৌহুনা ভার-ভাল্লগা লাইদা কৎননবা লাই শা ভানগদ-ফাগদবা মতমবু ওইরল্লে, কুমগী লাইবু ঈরাত্তুনা থৌ-নীররো, অমস্বা পুম্বা কৌক্রুরোমদগী মাঙহন্দুনা ভাল্লল্লে, লাইগী ঙমথং ওইরিবা য়াহৌরো—হায়না অচান্‌বা মনাই খোনফবা হাওচা তৌরেনব্রাক্কা হৌদাক্‌পা নিংথৌ, অদোন থিঙ্গোন্‌হনবা পাসি লাংলোই ঙম্বা য়াংলাগী চানবা হৈ, থুম লোক্‌পা, বাঙ্গা-লাদগী লাক্‌পা মরাগী খুঙ্গাও থুগায়বা, রাইশেন্ লানঙম্বা, থিং-বাগী থুন্নু থরংগুম্না অথৌবা থিংবা পুনেম্ শাফববু হাংপা

নপেন্ নোংয়াঙ্গ খুমন্ লইমা ঙানমুবোন্ সংলইমা হাও-য়েন্ তোংতগী-অো কৌঅে ॥ সংলইমা হাওয়েন্ খোংতগী কৌপত্তি কর্তে নোংকীনো ? নোংয়াঙ্গ খুমন্ লইমা হন্থু ময়াই কারপকী, খায়াঙ্ মপারী সাংতা সাংতে মমোম্ ফুইতরপকী-তমক্ কোরও মমিংমপু, মমাইপা নো চুপ হাওরোঙ্মাইপু খৌনেক্খিঅে—নোংয়াঙ্গ য়ীমাইপ-অো, খুমন্ নরইমাপী অইপু, য়ীপাবী সাংতা, য়ীমোম্ ফুইতরপা অসিপু নোংয়াঙ্গ য়ীপারাই, খুমন্ য়ীপুরাই, কৌপা লাক্খোঙ্ কা, চঙ্ঙ্ খোঙ্পান্ রাইনা,

---

হায়না কৌই। নোংয়াঙ্গ খুমন-নিংথৌ খিঙ্গোনহনবদি মশাগী মমিংথোনসিগা চপ চানরবনি।

নবেনথৌগী মিংলেন্দি খুমনগী মবেম্মা ঙানবা য়েক্কী নিংঙোন ওইবী শংলৈমা হাওয়েন্ খোংতোবী হায়না কৌই। শংলৈমা হাওয়েন খোংতোবী কৌবদি করি তৌখিবা মুমিত্তগীনো ? নোংয়াঙ্গ খুমন্গী মবেম্মনা অহনগী চহিদা লৈশিল্লক্রবদা অকন—অথৌ ওই-গদবা মচানুপা লৈত্রবা, কেজ- নৌজবী মচানিংঙোন পোক্তুবদগী অহাঙ্বদা লৌহুনা য়ান্দুনা লৈরিবা মুমিংকী খোঙ্চংকী নোংমা অমদা মশাগী মাইবা ওইবা নোংচুপ হাওরোঙমাই কৌববু নেকৃচখি—'খুমন ঐখোয়গী মাইবা ওইবিবা খুমন্ নরৈপাক-সিগী মবেম্মা ঐবু ঈচানুপা পোক্তা, ঈচা-নিংঙোনসু লৈত্রিবা অসি কোক্লবা নোংয়াঙ্গ ওইবা ঐখোয়গী ঈপা ঈপু ওইবা লাই-শিংগী কৌত্র লাইয়িংথৌগীদা তৌবগুম্না লাইগী লাইবুঙ কাহুনা চীঙগী মবুংঙো মবেম্মশিংগী লাইশঙগী খোঙ্বান পাঈহুনা অহাঙ্বা অতিয়াদা লৌহুনা লৈরিবা লাইশিংগী মকমদা খুরুম্ খাঙজহুনা ঈশাগী লন ওইজবা ঈচাবু ফংজনবা নীবীয়ু—হায়হুনা

কোরও লনসাপীঅো — হাঙ্গীনা থৌনেক্‌খিঅে ॥ মমাইপা নোংচুপ হাওবোড তপুংমাইনা পাউমেন্‌খিঅে—নোংয়াঙ্গী ঈরইমাপী নঙ্‌না নপারী সাংতপা, মমোম্ ফুইতপা অসিপু, হাওয়েন্ থোংকা তও, য়াংকোঙ্গী য়ীকা থেম্‌না সো-ই-নীসে— হায়না রাহম্‌থিঅে ॥ নোংয়াঙ্গী পুম্‌না ছুপ্ অতোন্ পাক্‌না ভাইনা, হাওয়েন্ থোংকা তও, য়াংকোঙ্গী য়ীকা থেম্‌না সো-ই-নীপপু, মমোম্ ফুইতরপকী, কোরও মুমিংমতি, অতোন্ মমাইপা, নোংচুপ্ হাওরাঙ্ তপুংমাইকী, মসানৌ থিংপা কৈথৌমাইপু থৌনেক্‌খিঅে— নোংয়াঙ্গী য়ীমাইপা কৈথৌমাই-অো, নঙ্‌গু থোম্‌লেন মচ্‌চঙ্‌লঅো হায়না পাউমেল্লনকা কৈ র ই মঙ্ অরুক, ভাইথোং তেন্‌পা কানরুক্‌তা চাম্‌নৌ লারেন ছইশি, যই, চেঙ্‌ঙৌ ফাহাপানা য়েল্‌মুম্

---

থবক নেক্‌চখি। মথোয়গী মাইবা নোংচুপকা হাওগা থংনবা তবুং মাইনা রা য়েন্‌থঙ্‌না খুমক্‌খি খুমন্ ঈকৈবাকী মবেম্মা মচা মুপাস্থ পোত্তবা মুপীস্থ ফংদবা অসিদি হাওয়েন (হৌজিক্কা হৈযেন্ হায়) দা থোং তৌদুনা য়াঙ্গোয়গী ঈশিং লৈহন্নবা শেম্‌ছুনা চাবোক্কবা নীডসি—হায়না হায়খি। মছুদগী খুমন্ হৌদুনা তিন্ন-তা-রপা হাওয়েন্দা থোং তৌদুনা য়াঙ্গোয়দা ঈশিং লৈহন্নবা শেম্-শাদুনা মচা নীঙবা মচা মুপা, মুপী অমত্তা পোক্কবদগী নো মগী মুমিং অমদা খুমন লৈপাকী মাইবা নোংচুপকী হাওগা য়ানদবা তবু মাইগী চহিদা মশাদগী নৌবা মনাউন্নুপা য়িংবদা কৈথোয়রুবা থৌ বা, থিংবা কৈথৌমাইব থবক্ নেক্‌খি— খুমন্ ঐথোয়গী মাইনা কৈথৌমাই, নহাক্ মঙ্ জওবগী লাইথৌ পাংথোরো হায়না পাউমেল্লবদা মঙ্ চঙ্‌বা তাবগী থুম্মেক্ মপান্ য়াংবা, ভাইথোংগী তেম্থা ফাবদা নীজিম্মথিবা

কাঙ্থীন্না, লোইচু কাকুপ্ চন্ সিং-সিঙ্ লাকায়োম্, কুরেক্ থায়চা য়ান্, য়েন্পা খুরও থাংপু ফিমু লইক্লম্ সী, লুখুম্ মঙ্পোং থানা, থোম্লেন্ মচঙ্খিজে ॥ থোইমোম্ লাইমিংথৌ, নোংয়াঙ্গী পোক্মাপা, খুমন্ সাংমাপনা থোম্লেন্ মঙ্পাউ চেল্-লক্জে — তম্বুম্ খিংপা কৈথৌমাইজো, নোংয়াঙ্গী নরইমাপীনা মপা-রী সাংকে হাম্নবপতি নপেন্ থোইমোম্ লাইরেম্মা মীরোঙ্লইমা থাম্গী ভম্পীনসিঙ্লোক্ পান্পা ফাপী, সনা মখোঙ্থাতা, থেংপান্ হুম্চীন্ হুম্য়ারোঙ্তম্নুং নোংপোক্ সনা থুম্পীচীঙ্, ভাইখম্ চীঙ্মং-ঙোন্তা লাংলেন্ কোঙ্য়াঙ্য়াকা লিংনা, থাঙ্লেন্ নাপান্ ছাই, কতেং য়োংহক্ চন্না সো ইপীজো ছায়না থোম্লেন্ মঙ্ফাওরক্জে ॥

---

লক্লা লাগী লাবোন্ থুংনা থারগা, অঙৌবা চেঙ্ ফানা হাপ্লগা যেকম কাঙ থীঙবগুম য়ুংনা থীল্লগা, থুম্কোয় মপাক্ অনি কাগুপ ছাপ্নগা, শিঙ্বু লাননা য়োম্তনা হাপচিল্লগা থোম-তুম্বাদা মু হাপ্নুনা য়ান্দুনা শেল্লগা মনাক্লা য়েনবা মখোঙ্ কিশিন্দুনা থম্লগা মথক্লা প্নয়মক্নু ফিমুনা উহন্দনা কুপশিন্-খুমজিন্দুনা শেম-শারবা মঙ্ পোঙ্ থাহুনা কংলগা মঙ্চন্থি (মঙগী লাইবাউ লৌননবা ভুমথখি) পীসু পাস্নু ওইঙম্লবা অথোইবা লাইমিংথৌ, খুমন্ নোংয়াঙ্গী শিংবু পোক্পীবক্পনা পাঙ্গল পীরিবা অথোইবা চিঙ্গাক্ ওই-রিবা ভুমখবগী মতম্সিদা মঙ্দা লাক্নুনা মঙগী-লাইবাউ পী-বীরল্লগী - ঈনাই থিংবা কৈথৌ-মাই, খুমন লৈপাকী নবেশ্বনা অবেশ্বদা ছাওয়েন্ খোংতৌথুনা কান্নদবদা য়াঙ্গোয়দা ঈশিং লৈহ-মবা শেম্হুনা মচা নী, খুমন্ নথোয়গী নবেশ্বনা মচাম্নুপা ফং-গে তায়রবদি নবেন্ধৌ অথোইবী লাইরেম্বী ঈবোঙ্লৈমা থাম্বী লম্বু লান্ঙম্বী, লশিঙ্লোক্লা পাম্বা কৈ ফাবী, অথোইবী

নোংয়াঙ্গী মরইমাপীনা, নোংপোক্-সনা থুম্পীচীঙ্‌তা, লাংলেন্ কোঙ্‌য়াঙ্ রাকা লিং, খৌপান্ হুমচীন্ হুময়ারোঙ্‌তা, থাঙলেন্ না-পান্ হাই, কতেং য়োংহক্ চান্না কোঙ্‌য়াঙ রাকা লিংনা, য়েন্‌কোন কৈরোয় থানা, নোংয়াঙ্গী পুম্না হুপ্‌না সো ই-নীরপত্তা, লাংলেন্ রাপান্ ফারকুলপত্তা, মপারী কাংচীন্ লৈনাউ তাপপু সাংলকুঅে ॥ হমেং লাংহই কুম্মা তোল্নকুলপতা থাঙ্‌লেন্ ১ রক্ নাপান্ হাই, কচেং য়োংহক্ চন্ কাপ্‌তু লইথই লেঙ্‌না সো-ই-নীরপতা মপারী সেকুমু কাইনৌ চীঙ্‌সোন্‌পপু সাংলকুলে। অতুনোংকীপু ঙানমুরোন্ সংলইমা, হাওয়েন্ থোংতওপী য়াংকোই য়ীথেম্পী, নোংপোক্ সনা থুম্পীচীঙ্, ঙাইথম্ চীঙ্‌মতোন্‌তা সংলৌ রা-থাপী, থোপান্ হুমচীন্-হুময়ারোঙ্‌তা, নেম্পী ভুম্‌পৌ সেংনা সো-ইনীপীমো তৌনা কৌঅো ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্‌লইমা সংলইমা হাওয়েন্ থো তওপী পাঙ্গনা লিন্‌কোঙ্গকী –

---

লাইরেম্বীগী মথোঙ্‌থাদা চঙজক্লনা থৌবান্‌গী হুমজীন্-হুময়া-রোঙ কৌবা মফমদসু নোংপোক্লম্‌দা সনা থোক্‌পচীঙ্ ওইরিবা সনা থুম্বীচীঙ্‌গী ঙাইথম্ চীঙ্‌দোন্দা অথোইবা লাং ওইবা কংফান্দা য়াঙ্‌না শীজিন্নবা রা থা লীংহুনা, থাঙ্‌না নাপী— শীঙ্‌বী ফত্তবা হাইদোক্-কক্থক্ত্নুনা, য়োৎপাক্লা লৈপাক্ তৌথোক ক্লনা রা থারগা শ্মচা নীজৌ—হায়না অথোইবা লাইমা মঙ্‌হুদা লাইবাউ পীহুনা ফাওরবে। থুমন্ লৈপাক্কী মবেম্মনা নোংপোক্ সনাথুম্বীচীঙ্‌দা রা লিংহুনা থারগা থৌবান্‌গী হুমজীন্-হুময়া-রোঙ্‌দসু পাম্বী-শীংবী য়াম্ব্লক্ত্নুনা লৈপাকু তৌহুনা শেম্ন-শারগা রা লিংহুন থারগা ঈঙ্খোন্‌গুম শম্বল্ থাজিন্দুনা থৌরাংসি তৌরগা মচা নীজরবদা রানা রাপন্ ফাররুবা, রাপন্ ওইরক্লবদা মচাহুপা

## (১৯) কাংচীন্ লৈনাউ তাপা

নম্বু নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ কাংচীন্ লৈনাউ—তাপওা তৌনা কৌত্রে ॥ অতোন কাংচীন্ লৈনাউ তাপওা কৌপতি কতৌ-নোংকীনো ? নম্বুবা চীঙ্খোঙ্ পোইরইতোন্কী মপান্না কাংচীন্ লৈনৌপা মিংপু মইনা রাই, তাঙ্না সম্না মিংখোংকপা নোংয়াঙ্গী ভানখোং লইমায়হনপীপু কোন্লোই সীন্পান্না, লাংহই সীন্-তিন্ননা, নোংয়াঙ্গী অয়াঙ্ লইকংলাতা লুক্কোঙ্গী পান্থোইডে,

---

কাংজীন্ লৈনাওতাবা ফংজখি। মতুংদা মথংগী কুম্ অমা ওন্নরুবদা অমুক্কা নাপী-শীঙ্বী হাইদোক্নুনা লৈপাক্ তৌবগা তেক্ক-তুদনবা হুঙ্গী উয়ুংনচিংবা য়ুংহুনা খেম্-শারবদা মচানুপা শেক্সু কাইনৌ চীঙ্শোম্বা ফংজখি। অদুগী ভুমিংশিংসিগী মরমসিদগী ভান্না য়েক্ওইবী নিংভোন্ শংলৈমা, হাওয়েন্ খোংতৌবী য়াঙ্গোই ঈথেম্বী, নোংপোক্ সনা থুম্বীচীঙ্গী ভাইথম চীঙদোন্দা অশংবা রা—পাম্বী খাবী, থৌবানগী হুমজীন্-হুময়ারোঙ্দা শীঙ্নাংগী তুঙ্গৌ শেংদোক্নুনা মচা নীবগী থৌবম পাংখোক্পী হায়না কৌখি। খুমন্ লৈপাক্কী মবেম্মা শ লৈমা হাওয়েন্ খোং-তৌবগী পলেম্ ওইবীগী শীয়োম্নুংদগী—

## (২১) কাংজীন লৈনাউতাবা

নবুথৌ খুমন্ নোংয়াঙ্গীশিংগী মবুংভোগী মিংলেন্দি কাংজীন্ লৈনাউতাবা হায়না কৌই। অদোন কাংজীন্ লৈনাউতাবা কৌখিবদি করি তৌখিবা ভুমিত্তগীনো ? নবুথৌ পুরেন লাইগী /নিংথৌগী ভমথং ঙইবা পোইগী লৈপাক্কী অতোন্বা নঙ্গ্রগা লম্ কোয়না চত্তুনা খুন্দাকম থিরক্পশিংগী ঈকোন্ কোন্বা

লুকোয় সনলাই হেন্না চীন্নবৈপু নোংয়াঙ্গ তেংথানা মংনাপু কাংচীন্-আ কৌতে ॥ কাংচীন্ লম্তাবৈপু তুংতা থাংনা লাল্লোই

---

পোইরৈতোন্ কৌবগী মচাম্নুপা কাংজ্জীন লৈনৌবগী মমিংবু মমৈ শম্থা তাংথরক্পা ওইনা, মতাঙ—মতাঙ শম্জীন্-তিনশিন্নবা ওইনা মিংথোন্ কন্না-নীঙ্থীনা লোহোবা খুমন লৈপাক্কী লৈমাযবু ঙাক্পী শেনবীরিবী লাইবেম্বীগী মমিংদা য়ুম-য়ুমদা শুনরিবা শীম্বা শীল্লম শিংবু পাম্নহুনা, লাংগী মহৈ, ফৌনা লোক্পা মতম তমাংগী অমা ফাওদা লৌউ-শীঙউবগী শীনকম-শীন্থোংগ। য়াম্না – তিম্নহুনা চংমিম্নহল্লগা খুমনগী অকন্-অথৌশি গী লাইবুঙ— লাইশঙ হৈবিবা য়ায়েন্-থৌদা শঙ্দা চাক্লুক্পু কোয়শিন্নিবা মনশাং থেংল্ থিবা-যুক্পগী মংম্দা কোত্তা বোযনা য়েংলিবা শল্লাই-শল্লাইগী ওইবা কোক্য়েৎপু খুমন শল্লাইগী ওইনা নীঙ্থ না– ফজনা থেত্তনা /যেত্তনা চীনুনবা কোক্যেংপু/লৈ যাংনা লাংনা (লা মৈ মঙগী মনাবু নোংয়াঙ্গ খুমন্না শৈথান্বদা কা জীন কৌই। লম্ তাবা/তাইবদা লে, কা জীনবু তুংলোম্দা তাহন্দুনা লাল্লো-ইগী লম্ ওন্দুনা নাইদুথোং থোডাওগী থোংলম ইংহুনা অযাঙ্ লমলাইবা (অকন আথৌশিংনা লাইথৌ তৌহুনা লম শেংদোক্লনা লাইদা থৌনীবগী থৌরম পাথোক্পা মংম্দগী যাংনু কা জীন লৈনাউতাবা হাযনা কৌখি। অত্তগা লমদম্ মচেৎ অত্তবস্তু ক'জীন লমদাপান হায়্না কৌখি। খুমন লৈপাক্কী খুমন্-নিংথৌ কা জীন লৈ াউ তাবগী য়াঙ্লবা মথংনা পা থোক্পা মথৌগী মমন্দি হাংগী লৈপান্না শান্দোকখিবা নো চুপ পাংবা মাযকৈদা লৈবা লোইযালম ওইবা কাঙ্বুঙ, নিংথৌ মুকাংবগী মযুম মনাক্তা খুমনগী লম্ ওইনা লৌশিন্গে হাযহুনা

লম্‌ওন্‌না, নাইতু খোংলেন্ য়িন্‌না, অয়াঙ্ লম্‌য়েন্‌ৈডকী য়াংশু কাংচীন্ লৈনাউতাপঅো তৌনা কৌঅে।। নোংয়াঙ্গ লম্‌লেন্ মতায়মসুং কাংচীন্ লম্‌তাপান্-অো থোন্‌নঅে ।। নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ কাংচান্ লৈনাউতাপা, থায়াঙ্ মথৌমন্‌তি, হাওরই নোংচুপ্‌লা পাংপরম্, লম্‌লেন্ লোইয়া কাং কামুং নিংথৌ য়ুকাংপা মরীম্‌নাক্, নোংয়াঙ্গ লম্‌চন্‌কে হাঙ্গপকী তল্‌লা বুতোন্‌থক্‌তা নোংয়াঙ্গ কাইয়েংঙে, পোইরই মইতৈ চীমরাংপা, লোইয়া কাইমু অথৌপপু, পামেন্ বুখোঙ-থাভা, মসম্ মনা খোম্‌না, চোংনা নম্‌না ফাবৌঅে ।। নম্‌ফা চোংমহন্-অো কৌঅে ।। নোংয়াই খুমন্ নিংথৌনা লোইয়া কাংকামুং নম্‌ফা চোংমহন্‌কী, লম্‌য়াঙ্গ চীমরিংপা ফাপ-অো তৌনা কৌঅে ।। অতোন্ কাংচীন্ লৈনাউ তাপতি কোল্‌লোই মিংথোকীপু চুনপনে ।।

মপেন্ নোংয়াঙ্গ খুমন্-লইমা য়োঙ্গরুম্‌লোন্ খোংলইম-অো তৌনা কৌঅে ।। য়োঙ্গরুম্‌লোন্ খোংলইমা কৌপতি কতৌ-নেংকীনো ।। নোংয়াঙ্গ থীকুনেম্‌খোং, হাওতিং নাতিং নামান্‌পী পাউচাংখোং, খোংলেন্ মরীন্ তেংথিঅে ।। ময়ুম্ নোংয়াই খুমন্ লইমনা সনা য়াইকা হুন্, লুপা য়াইকা থানা য়েল্‌লুম্

---

উতেন্দা কাখত্তুনা কাই/শগাই মথক্রুগী য়েংথরকপগুম য়েংথবক্রুগা পোইগী লৈপাক্কী মৈতৈমচা চীমরাংবা কৌবা লোইয়ালমদা কৈমু ওইনা শীঙথানরবা অথৌববু উখোঙদা মশম্ পায়হুনা লাক্লবা, চোং-ফন্ তৌনা-তৌনা ফারকখি, অতুদগী নমফা চোংমহন্ কৌখি। খুমন্ নিংথৌ লোয়া কাঙদুঙ্, নমফা চোংমহন্দগী লময়াঙ্গগী চীমরিংবা ফাবা হায়না কৌখি। অদোন্ কাংজীন লৈনাউ তাবদি মশাগী মমিংথোনসিগা চপ চানরবনি।

লইলাংঅে, চেঙ্‌ঙৌ থায়োম্ সানা, সারেন্ সানইতে, ব্রাংলক্টী য়ুনইংঅে ॥ ১০ চেঙ্‌পুঙ্‌ পৈনা হোঙ্‌নেম্‌ংঅে ॥ অতুনোংকীপু নোংয়াঙ্গী খুমন্-লইমা, য়োঙ্গীরুম্‌লোন্ থোংলইম-অো ঙৌনা কৌঅে ॥ নোংয়াঙ্গী থীক্‌নের্ম্‌খোং খুমন্ য়াংঙৌ অচেনাখোং, মরান্ য়াইখিং হক্‌চাওপা, লাক্‌কপম্বা লেপ্‌না নোংহাম্-খোং কোঁরও পন্‌চন্‌খোং, কোন্‌ঙৌ পুম্‌য়োম্‌খোংপু খোংলেন মরীন্ তেংনা হোঙ্‌নেন্‌পী পাঙ্গমা শিন্‌কোঙ্গকী –

---

নবেন্‌থৌগী মিংলেন্দি খুমন্‌গী মবেম্মা লুরাং নিংঙোন্ খোংলৈমা হায়না কৌই। লুরাং য়েক্‌ওইবী নিংঙোন্ খোংলৈমা কৌবদি করি ঙৌখিবা মুমিত্তগীনো? খুমন্‌গী খোঙ্‌নেম্বগী খোং, হাওদিং-নাইদিং নামান্‌বীনা পাউ চেঙ্গখিবা খোং কৌবা খোংজাওসিবু খোংলম্-খোংন্নুং শেংদোক্লুনা তেংথি। খুমন্ য়েক্‌কী মবেম্মনা সনা-লুপা কোন্‌য়াই থা-হুন্দুনা য়েরুম্বা লৈরাই লৈপাক্‌পু লাংলে, অঙৌবা চেঙ্‌না খয়োম্ শেম্‌হুনা লাইগী লাইথৌ পাংথোক্লগা শানৈ-য়ুনৈহুনা মচা-মনাইশিংবু পেল্‌হল্লে। চেঙ্‌না – লৈপুঙ্‌থুম্ পৈহুনা খোং হোঙ্‌বগী থৌরম্‌দা অহোঙ্ অচাও থোক্লবা হোঙ্‌নেম্বগী লাইথৌ-তীন্‌থৌ পাংথোক্লম্মী। অদুগী মুমিংসিগী মরম্‌সিদগী খুমন্ য়েক্ ওইবশিংগী মবেম্মা লুরাং য়েক্কী নিংঙোন্ খোংলৈমা হায়না কৌখি। খুমন্‌গী থীক্‌নেম্ খোং, খুমন্ লৈপাক্কী লম্বী ওইনা চেল্লিবা খোং, মশাগী লান্‌ফা-নাই, মশা-মউ চাওবা য়োইপিংববু লাকদ্রা হায়হুনা লেপ্পুনা ঙাইখিবা খোং, অতিয়াদা লৌহুনা-য়ান্দুনা লৈরিবা অহাঙবনা কোয়শিল্লিবা-খোং, কোনঙৌনা পুম্‌য়োম্ য়োম্বা খোংগী খোংলম্ মরীন্ তেংহুনা হোঙ্‌নেম্বীসিগী মালেম্ ওইবাগী পীবুক্রুংদগী –

## (২২) অতোন্ য়ীকোপ্ লান্থাপা

নযু নোংযাঈ খুমন্ নিংথৌ যীকোপ্ লান্থাপঅো তৌনা কৌঅে ॥ অতোন য়ীকোপ্ লানথাপ-অো কৌপতি বতৌ নোংকীনো ? হাওবই খানা পাপবম্ লমলেন্ ফেনচীকে প্, য়ীকোপ, লাইপন্ সোঙ্গীতা হুযে্ লান্-তাখিঅে, নোংযাঈ খুমন নিংথৌ চীঙ খোঙ্ থোংক্রাইপা, কাওবেন্ মসন্ চা, ঙাংপা পাম্হইপকা হুইতাও নিংথৌ যেন্কাপা মান্পী চিন্কোঈ-পকা, কান্নবেন্ অনি মা লাইথেংনা, মান্পী চ য়ইনপপু, কাওবেন, পামহৈপনা হাম্নন্ চাবা পান্পী লেপ্তম লৈপপু, হাইপকুম্ হাইতোক্লে, কাওবেন মচা কোপ্লে চীকোপ্-অো কৌপপু নোংযাঈ হাযমন্ তানপনা যীকোপ্-অো থোন্-নঅে ॥ লম্লেন্ হইবেম্ মরক্ সি, কোন্-যা থইতিং-পান্অো-কৌপতি কতৌনোংকীনো ? নোংযঈ খুমন্ নিথৌ অতোন্

---

## (২২) অদোন্ ঈকোপ্ লান্থাবা

নবুখোগী মিংলেন্দি খুমন্ মদুগো ঈকোপ লান্থাবা হাযনা কৌই। অদোন ঈকোপ লান্থাবা কৌখিবদি কবি তৌখিবা হুমিত্তগীনো? হাওগী লৈপাক্না লৈখ্রিবা খা পাংবা মাযকৈদা লৈবা মচা ফৈনা হাইবদগী যৈশিন্দুনা কোপখিবা ঈকোপকী লাইপন সো-যদা লান্দাখিবম্বী। খুমনগী নিংথৌ চীঙখোঙ্ থোঙ্গাইবগী মখোঙ্ মবি পান্বা যুম্শা, শল্লাবা ঙাংবা পাম্হৈবা কৌবগা হুইতাও-নিংথৌ য়েনূকাবগী শল্লাবা, নাপী চাবা লিন্গোয়বগা শন্ অনিসিনা মবাইবক্-মবাইবক্ থে জিন্নহুনা, মচী-মচী য়ৈশিন্নহুনা রায়নবদা পাম্হৈবা কৌবা শন্দুনা মতোন্দা মচা মনা ময়াম্পুনন পান্বা হন্নব্র্ পাম্বী লেপ য়োনা শোংহুনা

পুন্সিপা মসানৌ অতোন্পা, নোংয়াঙ্গী লোন্-য়াম্পনা, য়াওবী সানাপতা, খুমন্ লোন-য়াম্পতি, তালোই য়াম্না লোন্পকী, লুম্লেন্ থম্পন্নপ-না ১০ চাহোম্পীতা, য়াঙ্গী খোম্হান্-পীতপকী অতোন্ মপা-চাপু, তাংচা য়ীবাইবপবী, পাংযা কোন্যা অচন্পতা, ১০ চাপুক্ লাম্-না মতোম্ মবক্ আইনা সিবে ॥ অতুনো কীপু হইবেম্ মরক্সি কোন্-য়া থইতিং পান্অো তৌনা কৌঅে ॥ হইবেম্ মবক্সি কোন্যা থইতিং পান্ নোংপোক্ হাওবংসি লাইমন্লাংতা, চুয়েন্ লান থাক-পপু, হইবেম্ অকাংযাঙ্ খুন্চান্ মকুমাওপু য়ীকোপ্ লাইচা য়ীতা, তান্নবা ফারক্অে ॥ অতুনোংকীপু খোংলইম-চা য়ীকোপ

---

লৈবিবদু চীঙমায়দা পাম্ হাইনগুম্ মচীনা হাইদোক্লম্মী অতুনা 'চীকোপ' হায়না কৌনবু খমন্ হৈমন্-শীমনবা হায়নিঙগন্বা-শিংনা ঈকোপ থোক্লখি। অথোক্লবা লম্, হৈরেম্ মবক্সি কোন-য়া থৈনিংপান্ কৌবদি কবি তৌখিবা মুমিঙ্গীনো? খুমন্ নিংথৌ অদোন্ পুন্সিনবগী মশাদগী হেন্না চহি নৌবিবা মনাওনুপা অতোম্বা খুমন্গী লোন্-য়াম্বনা চাবা য়াবা শা ফানবা তান্বদা মহাক্কী রাতানবদা লোইনবী মুপীশি মহোন্ য়াম্না লোন্বা মুপানিনা মাগী মকম পুগদবী অথোইবী, মুগী মশেন্ থম্বনবদগা চাননবা চযোম্ য়োম্বীদবা, থক্লনবা মযাক্ কনবা পুক্যু তুম্বদা হানতুনা চখোক্লমদায়দা থৌবাং তৌবীদনদগী মমান্নবা, মপা-মচা থোক্লবা খুমন্ মচাশিংদুগী মমাঙ্দা মমায় ঈকায়বতুন মযাম্না চান-থক্লবা মতমদা খুদোংচাদবা পাংকী পাংয়া মচী অমদা লাম্মনবদগী মতোম্তা মবক্-ময়া ওইনা শীবে। অদুগী মুমিংদুগী মরম্সিদগী হৈরেম্ মবক্সি কোন্-য়া থৈদিংপান্ হায়না কৌখি। হৈরেম্

লান্থাপজো তৌনা কৌজে॥ অতোন্ থায়াঙ্ মথৌমন্ চঙ্সেন্ মবানজোন্তি. কেকে মোইরাং নিংথৌ. সাংতোন লৈনাউ তাপনা, খাক্সই মইবোঙ্পা তোংচে লুমা তোন্পা হিপু, সমু থোঙ্জোইননা, খুমন্ মংখু লৌঙকৃপী তাইকোন লৌসিংপীপু, কাকে হাঙ্গনা, হুযেন্ লান্তাবকৃপপু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ. থো লইমচা য়ীকোপ্ লান্থাপনা, মতাইবেম নোংযাঙ্গ পুম্না হুপ্না হুযেন্ লান্ তাল্লকৃপাতি, কেকে লান্ চাযথেক্লে। থৌপান্ লাইচা য়ীবম্ য়িন্না হুয়েন্ লান্তান্থিপপু, মযীম্ কেকে মোইবাংতি, ভুবেল্ লইবাই মুপাথক্তা, নোংয়াঙ্গ ফৌকাকচাওপু কৈনা সম্না, খাক্যই মথুনেংপু তোংচে নাউবম্তা হিবী নাবে লোন্না খাক্যই হিচিংঙম্পতা তান্ফংলুবে॥ অতোন্ থায়াঙ্ কোন্তাঙ্গ লোন্প-নিনা কেকে লান্যাম্ ফানা মোইবাং লান্য়াম ভুবে॥ কেকে মাংঙ্ চইচেনপাসিংতি, থরই মিবেন্ পাইনা তৌবেন থাঙ্পক্নতা সান্থুপ্পসিংপু পোনগী সাতান্খুবেন্ পেংচোযপা যাকুন্ ফাবে, লোক্তাক্ লাইচা যীংঙা বুম্না চেল্লপতি,

---

মবক্সি। কোন-যা থৈদি-পান্গী নোংপোক্ হাওবশি লাইনল্লাংন খুমা-নিংথৌনা লান্দাবদ্যু হৈবেম্না অকাঙযাঙ্, থুঙ্গানা মকুযাঙ্ কৌববু ঙ্গকোপকা ঙ্গশি মবক্তা তান্নরগা ক্ষাবকখি। অহংগী নুমিৎসিগী মবমসিদগী থো লৈংগী মচা ঙ্গকোপ লান্থাব ক্ষাযনা কৌখি। খুমন্ নিংথৌসিগী অয়াঙ্বা মথানা তৌবা মথৌগী মমল্. চুঙ্ শেন্নহুনা শেক্লখিবা লানর্গা মবোন্দি—কেকে লৈপাক্কী মোইরাং নিংথৌ শাংতোন লৈনাউ তাবনা খানা যৈবগা হোন্বা মঙ্গৈ লোঙ্বা হি, হিকোক্-হিক্ল অমতা ওইবা

লেম্লৈ ঙা অহুর্ক্পা, য়ানচেং অতাপা কাপকুম্ ফানরে, ঙাচিং পম্তৌপীচা য়ইকুম্ য়ইনরে, ময়ীম্ কেকে মোইরাংতি য়াম্না কুংনা শিরে ॥ হয়েং নোংয়াঙ্গী চাতোননা কাউতনপা, অতোন্ স্থতোন্না নীন্তনপপু. নোংয়াঙ্গী পুঙ্লেন্মকা, হয়েন্ লান্‌পুম্কা, থোল্লমঅে ॥ অতুনোংকীপু লম্লেন্ কুংনা-সি পুঙ্য়াম্ থোনঅো কৌঅে ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ, খোংলইমচা সাংতোন্ লৈনাউ ঙম্পতি, লোক্তাক্ লান্থাপা, নোংয়াঙ্গী পুঙ্য়াম্ তান্কংপা, কেকে মোইরাং নিংথৌ, সাংতোন্ লৈনাউ তাপা, য়াকুয়ই মখুনেং তোংচেং হইনৌপা লোকপঅো তৌনা কৌঅে ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ খোংলইমচা সাংতোন্ লৈনাউ ঙম্পতি, চেংলৌ সকুনা হেন্পা, পুন্নুং লিন্না ঙান্পনে ॥ নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ য়ীকোপ্ লান্থাপতি কোল্লোই — মিংথোংকীপু চুন্পনে ॥

---

হিবু মথোঙ্ ওইনবা তোংহুনা খুমন্ লৈপাক্কী মংখু লম্গা লৌ ঙাক্লিবী লৌশীং শীংলবী তাইকোনবু ফাগে হায়হুনা লান্ তারক্লবদা খুমন্ নিংথৌ খোংলৈবগী মচা ঈকোপ লাম্থাবনা মনাইশিং খুমন্ লৈপাক্কী লাল্লোই-লাম্মী ময়াম পুন্না হুপ্না মোইরাংশিংবু লান্ শোক্লনবা তান্নরক্লবদা মোইরাংগী লাম্মীশিং চায়থোক্লরম্মী। থৌবান তুরেনগী ঈরম্ ইন্না চথহুনা লান্ থেংননবা তান্নরকপা—মোইরাং য়েক্কী লাম্মীশিংহুদি তুরেনগী লৈরাই মথক্তা খুমন্গী লম্ ফৌগাক্চা ওন্ তুবং শম্হুনা মথোয়না তোংলক্পা হিহুবু হিনাউরোম্দা ওন্থোক্লগা হিনাউগী মথুন্দা হিরী লোনশিন্-পুন্শিল্লগা চিংলগা পুহুনা চংলিঙৈগী মতম্দা থান্নবা ফংলম্মী। খুমন্গী অকন্-অথৌশিং, অয়াঙ্বা মথাক্তু শোক্তনবা অতাইবা কোন্না লোনশিন্দুনা কল্লিবশিংনা মোইরাং

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা ৱাংঙম্লোন্ নাউরেম্তোন্-ঙো কৌঅে।। ৱাংঙম্লোন্ নাউরেম্তোন্-ঙো কৌপতি কতৌ নোংকীনো? লাইরেল্ মইতিংঙু য়াংলৌ কৈকাপা মমোম্ লুপা কোন্খাঙ্ মরোন্ য়াম্পীরক্লবকী তোন্না নৌনা ফুইঅে, হায়পকী ৱাংঙম্লোন্ নাউরেম্তোন্-ঙো তৌনা কৌঅে।। মতু খোঙ্চু নাহা চহুই পাম্পপু চাখা ৱাক্চৌঙ্ পন্মইতা নোংহাম্-লপপু য়ীমু মমুই খকুরুম্ খকৃতা, য়ীঙৌ মমুই কংলম্ কংতনা লন্সিং তান্পী তাংখুল্ হাওকুরেক্ হাওখোঙ্সাং অম্থুম্ সাংমাংপু কাঙ্গনহুল্পী।। ৱাংঙম্লোন্ নাউরেম্তোন্ চাখা ৱাক্চৌঙ্ ঙম্পী, অম্থুম্ সাংমাং ফাপী পাঙ্গমা নিন্কোঙ্গকী –

---

লান্মী ময়াম্ ফা-ফাহুনা মশীঙ্ খঙ্দবমথৈ হাংলে। মোইরাংগী খুংলায়না পান্দুনা শোক্লবা, খুংলায় শত্তোক্পা ঙম্দহুনা খুংলাই পুহুনা চেল্লগা নান্থোক্লবা হোংনরিবশিংদি মথৱাই-মমি য়াওদ্রবগুম্ পাখংপগা লোইননা তৌ-না শাবা থাঙপোক্শঙ্ মনুংদা মশা থুপচিন্ –কোন্শিন্দুনা লোংলম্বশিংহুবু উচেক্ তান্বশিংনা তান্নরক্পদগী পেং চোয়রবা উরেন্বী/উরেংকোম্ভৌ ফাবগুম্না ফারে, লোক্তাক্ পাংকী ঈশিংদা কুম্থহুনা চেন্বশিংবু, য়াই থাহুনা পঙ্থরবা ঙানা য়াইগী মচুম্ থরু-চানবা হাগংলক্পা ঙাশিংহু ফাবগুম্ ফানরে, খম/সনাগী মতৌ তন্নম্বীগী মচা খজিংবু য়ৈবা-ফুবগুম্ য়ৈথুরে, মোইরাং য়েক্-শল্লাইগী মীশিংদি য়াম্না কুংনা শিরে। হয়েং মতুং তারক্পা খুমন্ মচাগী মীরোন্গী মতোন্ থংবশিংনা কাঙ্উদনবা, খুমন্গী মশুশিংগী মরোন্ ঈতোন্ তোন্বশিংনা তৌরম্দে হায়হুনা নীন্নদনবা খুমন্গী লৈপুঙ্ অনগা মোইরাংগী অশিবা লান্মী অমগা মশীঙ্ চপ্ মান্নন।

## (২৩) অতোন্ পুন্সিপা খুরেন্চন্পা

নয়ু নোংয়াঈ খুমন্ নিংথৌ থৌপান্নিংথৌ য়োঈরাংপোক্‌ পুন্সিপা, কোল্লোই মমিংথোন্পু মইনা য়াইনা মিংথোংঅে, অতোন্ পুন্সিপা খুরেন্ চন্পা কৌপতি, ফুপা লাইমকোন্ চিপা য়ুতংপোকৃতা, পান্পা হই, চিপা হইপুং, য়াবেন্

---

লৈপুঙ্ ময়াম্ থোল্লম্মী। অদুগী মুমিংতুঙ্গী মরমস্‌সিদগী লম্লেন্ কুংনশি, পুঙ্য়াম্-থোন্ কৌগি। খুমন্ নিংথৌ, থোংলৈমগী মচা শাংতোন্ লৈনাউ ঙম্বদি লোক্তাক্ লানঙম্বা, পুঙ্য়াম্ থোন্বা ঙম্বা, মোইরাং-নিংথৌ শাংতোন্ লৈনাউ 'থাবগী মশানা তোংনবা হি হৈনৌববু লোক্‌পা হায়না কৌথি। নোংয়াঈ লৈপাক্কী খুমন্-নিংথৌ থোংলৈমচা শাংতোন্ লৈন'উ ঙম্বদি শক্তম-শক্‌ফম্ ফজবা, মংবৌশী-লৌশীং লৈবনি। খুমন্-নিংথৌ ঈকোপ্ লাম্থাবদি মশাগী নিংথোন্‌সিপা চপ চানবনি।

নবেনথৌগী মিংলেন্দি খুমন্‌শিংগী মবেম্মা মৈতৈ নিংথৌ শাগৈগী নিংঙোন ওইবী নাউরেম্‌তোন্ কৌই। য়াংঙম্লোন নাউবেম্তোন্ কৌবদি কবি তৌথিবা মুমিত্তগীনো? অথোইবা লাইগুম্লবা মৈতৈগী মবুংঙো য়াংলৌ কৈফাব চৈঃ কুম্বাবগী মতুং ইন্না খৃঃ ৯৬৯-৮৪) গী মচাইবেম্মশিং, লুপাগী কান মথক্তা য়াহিপ্পবী–লৈগুন্নবীগী মবোন্-মবোন্ লৈবশিংগী মরক্তগী থাইদগী ঈতোন তোন্না পোকই, হায়বদগী য়াংঙম্লোন্ নাউরেম্তোন্ হায়না কৌথি। মবুং, থোঙ্দা চুনজনা অঙাং ওই-রিঙদগী লৈজরক্লবা থোঙ্জু নহা চহুই লৈবু পামজবা চহুই পাম্ববু অরিবা মতম্গী মীশিংগী খুন্ য়াকৃচীঙ্গী পন্গী মমৈ ওইরিবা

থোঙ্চী ৩০ ম-ভা চেন্সিন্ হুই, তাউচীঙ্ ৱুনাম্ তানা, তল্লা সাপী লোয়রপা, পামেল্ ৱুকা সিংথরকৃপপু থোঙ্মা লীরেন্তোন্, লীবেন্ য়াঙ্গথম্পোঙ্, ঙাইথোং তপুং চীঙ্চাওরী, খরোই লীতাংসাংনা লীরেন্ ভংখায় লৌ, সঙ্কায় তোন্নান্ থোই, হুইরাং খুরেন্ চন্না, য়োঙ্গয়োঙ্গহল্লে হাঙ্গতপরা॥ অতুনোংকীপু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ পুন্সিপা খুরেন্চন্প—ঐ তৌনা কৌজে॥ অতোন্ পুন্সিপা খুরেন্চন্পতি, হাওরই

---

মকম্দা য়েন্নবগী মথুত্তা মহাক্তী হিংগদবা মুমিংশিং হান্নবা-মাঙ্লববু মশাদগী শীঘ্ররক্পা অমুবা ঈ থকপা ফাওবা থক্তি্ঙৈ, ঙৌরৈনবা ঈনা কংবা ফাওবা কংফাত্তরিঙৈদা লমন থুম্থিবী, তাংখুন্ হাওগী তুম্বা মানবা, মথোঙ্ শাংবা হাও অম্থুম শাংমাং কৌববু মথরাই হক্চাং কায়নহল্লম্মী। মৈতৈ নিংথৌগী মজাইবেম্মা নাইরেম্-তোন্কৌবী, চাখা ব্রাক্চীঙ্ ঙম্বী অম্থুম্ শাংমাং ফাবীগী পলেম্ ওইবীগী পীবুরুংদগী—

## (২৩) অদোন্ পুন্সিবা খুরেন্চন্বা

নবুথৌগী মিংলেন্দি থুমন্গী মবুংঙো, থৌবান্ নিংথৌ য়োঙ্গরাংপোক্ পুন্সিবগী মিংলেন্বু মমৈ-মমৈ শম্নবা ওইনা মিং থোন্নে। অদোন্ পুন্সিবা খুরেন্চন্বা কৌবগী মরম্দি, লাই/লাইরেন্গী মকোন্ ওইবা ফুবগী চিবা উতংপোক্তা পান্বা হৈ, চিবা লম্দম্গী হৈবুং, পান্নিবা য়া ৩০ মক্সিদা হেক্তা ফাওবা হৈগী মউ উপান্ মরেপ্ ফারবা, মপী ওইনা চাওরবগী মউহুগী মশা মকা শেথ-হিক্থহুনা তারক্লবদা, পাম্বী-শীঙ্বী ওইবা অথোইবা লীশিংগী মরক্তা ফবদা মতোন্ ওইরবা, ময়াঙ্গহু থম্বান্না পোঙ-থোক্পগুম্ পোঙ্থোক্লবা লী, ঙাইথোংগী তবুং চীঙ্জাওদা

খানা পাংপরম্, কেকে হাওতক্ সন্পান্য়া, খুকা তুহুঙ্পোক্, মোইত্রোংপান্ লাইগাইবম্ খোবতাব্ লইপুঙ্মান্, লান্চাকু পুঙ্ফৈবম্ মোইরাং কামুতাকৃতা খৌসাথপতি, হুয়েন্ লান্-নিকীতি, কেংক হেন্নু থাবোন্চা, মোইরাং য়াম্পী সোইসেল্পপু কাঙ্গনহল্লে ॥ নোংয়াঙ্গ রাকৃয়হ মখুনেং, লইতাঙ্ ঙম্পা চোংখু ফাপা, মরা পুঙ্লই ফংপা হিপু রাকৃয়ই থোঙ্ঐাইননা মতাইবেম্ খুমন্ তাওখুচা খুংলোঙপনা, তোংচেং ক্লিনাউ সা,

---

হৌবা লী, খবোই লম্গী মতাং শাংবা লীতুগী তংখায় খায়দোক্রগা শঙ্গায়গী মতোল্লা ঈং-নান্দুনা শেম্লগা হৈরাং অতুগী মশা শেংথরক্পা অহুবু তাগী তাথেক্লিংবগী খুবেন্ চন্বগুম্ চেংনা পুনশিন্-ফাজিন্দুনা লুনা-চান্না শেম্জিন্-শাজিন্বাখি হায়যে। অত্নগী ন্নুমিত্তুগা মবম্সিদগী খুমন্-নিংথৌ পুন্সিবা খুবেন্ চন্বা কৌখি। অদোন্ পুন্সিবা খুবেন্ চনবদি হাওগী লৈপাক্না শন্দোকখিবা খা পাংবা মাইকৈকোম্দা লৈবা মোইবাং লম্দম্গী হাওতক্ শম্বন্যা কৌবা লম্দন্দ। খুগা তুবেন্না ঈশিংগী/তুবেন্গী ন্নুঙ্ থোক্হন্বা, মোইবুংগুম্না অতোঙ্বা লম্গী মপান্ ওইনা লাই হোইখিবগী মবম্লম্বী, রা য়াম্না হৌবা, লৈপুঙ্ মান্বা মফম্, শন্গী মচিঞ্জাক ওইনবা নাপীনা পুঙ্না ফৈনা হৌবা লম্ মোইবাংগী কামুতাকৃতা খৌশাহুনা লান্দাবদা লান্গী লান্ফা ওইনা কেগেগী হেন্নু থাবোন্গী মচা মোইরাংগী য়াম্বী কৌবা শো-য়বু চারি-শেন্নরিবহুবু মথম্লাই-হক্চাং কায়নহনখি। খুমন্ মানা তোংনবা হি লৈতাঙ্ ঙম্বা, চোংখু ফাবা মিংথোনবীবা, মবা ফুকপশিংগী মবমদম্-ময়ুম্ফম্ ফংবা হি অহুবু মথোঙ্ ওইনা তোংহনা চংলগা অচানবা মনাই খুমন্ তাওখুচা খুংলোঙ্বনা

য়াক্‌য়ই মরাং হওনা, মরান্ অোন্‌তেরকপতা. খুন চান্ হেমখু কানাইচা. থোঙ্গম্মা করাং পূঙ্‌তোংপা, হামুন্ চারা ফাম্‌নোই তান্‌পনা. লইরাই মুংপীথকৃতা পাউমেন্‌ঙম্‌অে—য়াম্‌মা অতোন্ পুন্‌সিপা, নঙ্‌না হুয়েন্ লান্‌তাকপতি, চীঙ্‌তা কানা সাম্নু লৈরাং, তোক্‌পা কাম্‌পা, নুঙ্‌অোক্ পাইপঙ্, খুপীং খুপাই, য়োংমু য়োংসেন্, করি অোইপা ১ তপু হইচরক্‌পনো, তম্‌তা তানা, থুম্‌নাউ পোন্‌পী য়াঙ্‌সং, করি অোইপা ১ তপু ফাচরক্‌পনো— হাঙ্গৈনা হুয়েন্ লান্‌ক্রেম্‌নপা য়াকী, নোংয়াঙ্গৈ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ পুন্‌সিপনা তিল্‌লাং মথোঙ্গৈ সাও, য়াইপী মনুং হওনা তিন্‌মেন্ মখুংমুনা খুন্‌চান্‌হেম্‌খু কানাইচাপু য়িল্‌লুম্ মক তুপ্‌কা কৈরা মতান পাংমত্রা থিনথুরৌঅে ।। অতুনোংকীপু তন্‌তু লান্‌থাপ-অো

---

ঙিনাউ শাত্নুনা য়াঙ্‌না হি হোল্লগা ময়ুম্‌লোম্‌দা হল্লক্‌পদা, নাপী-শীঙ্‌বী মরক্কী করাংদা ময়ুম্ ওইবা, হক্রুনচিংবগী মতোন্ চোয়জাই-ননা নৈথেক্‌পা, খুঙ্গান ফুকপকী হেম্‌খু কানাইচানা লৈরাই মথক্তা লেপ্পগা হায়রক্‌খি—ঈয়াম্বা অদোন্ পুন্সিবা নহাক্রা লান্দাবা চংলুব-হুদি চীঙদা কাহ্নুনা লৈরাং শাথীবী, খু-খু কাম্বা শা তোক্‌পা, পঙনা পাইবা শাং পাইবঙ, নুঙলক্তা লৈবা ওক্ নুঙওক্, খংচেন খংপাই তৌবা শা খুবীং-খুবাই য়োংদা মচু অমুবা, অরাংবা, অসিনচিংবা লমশাশিংগী মরক্তগী অমতবু ফারক্‌পরা. নত্রগা তম্পাক্ লম্‌গী উচেক্ মচা য়েন্নাউ, ময়াঙ্ শংবা ভান্নু, খুন্নুগুম্বা যুম্‌গী উচেক্ করিনো অমত্তবু ফাবা ফংজরক্-ঙমজরক্‌পরা—হায়না লান্‌গ্রেম্মরক্-পদগী খুমন্ নিংথৌ অদোন্ পুন্সিবনা তীন্ হৌবমথৈ মথোঙ্গৈদো শাওগংলহ্নুনা থম্মোইগী শাওনীঙ্‌বগী ঙম্‌থৈ থেংনা মখুং চারবা তা অহ্নুনা খুঙ্গান্‌গী হেমখু শাগৈগী কানাইচাবু মকোক্তা কুপলি

তৌনা কৌঅে ॥ অতোন্ পুন্সিপতি, থাংম্নি য়াম্ ৭, লোই-
মোম্ কৌ ৭না য়ীম্চীন সাইতা নাইনা হোঙ্নেম্পা, কেকে
হেনম্নু থারোন্-চা, মোইরাং য়াম্পী সো-ঈসেন্পকা খুন্চান্
হেম্খু কানাইচাকা ১ মম্পু কাঈনহুল্লে. হাঈনা মিংহোংখিঅে ॥
নোংম্নাঈ চুঙ্সেন্ মরান্অানতি অতুম্নুং মতোমতে ॥ লম্-
লেন্ কেন্চীকোপ, য়ীকোপ্ লাইপন-সোঈ, নোংপোক্ সনা
লাইমল্লাংতা ময়ীম্ সেন্পী তাইপোং মনীন্ নাইপনা চানা
তেংকোন্ ৭ মুনা, তাইপোং লান্তারবপতা কাওরেন্ সন্-
অোন্থা মুম্নুম্ সল্লাউ-চীঙ্, হুইরেম্ লৌথম্লান্, থম্লান্
অচন্পতা, সেন্পী তেংকোন্ লিংলপকী ম্নাহুম্লোন্ পান্প

---

খুম্নিবা য়েনপাক্তা মকৈগন্ নাকন্ নামগা তুনা লেঙ্তুনা থিন্দং-
লম্মী। অদুগী মুমিত্তুগী মরম্সিদগী হন্দু লান্থাবা হায়না
কৌখি। অদোন্ পুন্সিবদি থাংতুনা লিংবা পাম্বী মখল তরেং,
লোইপোংলক্তা অমোম্ ওইনা শীঙ্থানবা ফোগী ফৌবম্ তরেংনা
মুমগী মুমঙ্জীন শাইদা তাহন্দুনা মথাঙ্-মথাঙ্ থেংলগা লৈপাক্
নিংথৌগী অহোঙ্-অচাও থোক্লনবা, চাক্হোঙ্-ভাহোঙ নবা,
খুঙ্গাঙ লৈচাওনবা লাইথৌ-হোঙ্নেম্থৌ পাংথোক্খিবা কেগে
লম্গী শক্হেন্বী, মথীক্-মথা লো-ন বা থারোনগী মচা, মোইরাংগী
য়াম্বীথোংগী ভা-কাকম শোয় শেন্নবগা খুঙ্গান হুকপকী শক্থীবা
কানাইগী মচা কানাইচাগা অনিমক্পু মথ,ইপা হুক্চাংগা
কায়নহুল্লি হায়তুনা মমিং হোংখি। খুমন্ নিংথৌ অসিগী চুঙ্
শেন্নতুনা লান্ শোক্ল-থেংনখিবগী মশীঙ্-মরোন্দি হায়রিবা অহনম্ব
লোয়বা নত্রি। ফেন্না-ফৈ-না হাইবদগী মচী কোপখিবা
অথোইবা লম্, য়ীকোপ্কী লাইশীপন্ থারিবগী মনাক্তা শেন্না

ফাপীনা পাউমেল্লক্‌অে — নোংয়াঙ্গী য়ীরম্পু খুমন্ চুম্পা-রেঙ্পা, নমা অখোং নাতেক্পীচা, লোইপী তরাঙ লম্পুপা, নঙ্পু লা অো, থাঙ্য়ি থুম্পীচা, লইতাং কোন্থই অসৈপা, হইরেম্ কচেং নাইফাচা লোইথিপা, চক্লাই ফান-তোন্কী অহোন্পনা অোইথি-চেক্ অসিপু পোন্চেং লাইচম্ হান্, নোংপান্ নাউথোংচাম্পা চান্কোন্ চেক্, পোন্পা সেক্-কুরেক্ অভোপকী সনা লৈরীকচীনপু ম্বাক্লেন্ তোং মঙুংতা, পীসিন্ থোম্হক্ চন্না, পোন্পী খুংতা সু, লৈরাং থয়োম্

---

ঙা ফাফম্, লাইমন্-শো-য় কৌবা লম্দম্, নোংপোক্ লম্গী সনা তান্বা-থিবশিংনা লাইমন্ কাংবা/হৌবা লম্দা সেন/কোন্দাই পীবা কা লুপকী মমিং চৎলবা তাই-পোংশিংনা লম্লকী তেম্না কোন্শিন-কোয়শিন্দুনা ঙাক্পা তেঙ্গোন্ ৭ কী লান্মী-লাম্লোয়গী মশীঙ শুনা পুবক্রুনা তাইপোংনা লান্দানবা লাক্লবদা মথোঙ ৪ পান্পা ঘুম্শা শন্না ওহ্বা, মুযুম্ কৌবনা শন্ শেন্থিবা চীঙ্, হৈবেম্শিংগী থম্লান্ কৌবা লৌফম্-লৌবুক, মমিং লৈরবা থমলানগী লম্দা শেন্ পীবা নোংপোক্চাশিংনা তেঙ্গোন্ শাহ্না লৈববদগী মৈতৈ নিংথৈমচা শাগৈগী নিংঙোন্পানবা ফাবীনা হায়রক্থি খুমন্ লৈবাকী লম্বুগী ফম ওইরিব। খুমন্-মচা চুম্বাবেঙ্বা, অখোং নাতেকপী কৌবী মমাগী মচা, লোই পীবা তরাঙচীঙ্মী লম্দম্লোম্গী লম্ পুবগী থবক তৌরিবা নহাক্ লৌরক্কী উচেক্ ওইরিবা, লৈতাংগী শঙ্গোন্ ময়াম্ লৈবা মফমদু লোয়নমক্ থুংনা খোংহুনা মফমহুগী শৈশক্পা ওইরিবা উথুম য়াম্না কোয়গন্-লংগন্বা হৈরেম্গী অফাবা মনাই কজেংগী মচা রায়েন্শঙ্গী মুঙফান্ পরেংদা ফম্বশিংগী মরক্তগী থ্বাইদগী

সানা লম্‌থোকনকও, লাইরেন্ য়ীপা মইতিংঙুপু খুন্‌লক্ লান্-চেন্-লৈ, থোঙ্‌খোঙ্ লান্-হা-লৈপু অইনস্নো, লাইরেন্ য়ীপা মইতিংঙ্, লোইনাই খুম্‌মোম্‌পা, কৌপা পাথুপ্ নেন্‌পা মরোই থাঙ্‌চেন্ চাঙ্গীপতা, হাঙ্গীরু-ও, সেন্‌পী তাইপো'

---

ফম্ পীক্‌পা ফম্লাইবত্থুনা ওইথি-ওন্থিবা উচেক্‌সিবু থবাইগুম্না ঈনগুম্না লন্‌বা অপিক্‌পা পোন্দা হাপ্ল-হাল্লগা, লুৱাং নাউখোং-জাম্বনা লুনা-চান্‌না তৌজবা লম্‌গী উচেক্, মশাগী মও -মতৌ মুঙ্‌গী তুম্বা মান্‌বা অঙৌবা উবোক্কী লৈগী ল ক ওইনা চিন্ন-থেংনবা মতু, উচেক্-তু অসি নীঙ্গীববা ৱাগী উতোং মন্থ দা মমাগী মহুং শিন্‌বা থোম্‌বু ঈন্‌বগুম্ হাপচিন্দুনা, উচেক্‌পু খুত্তা লৈ ওইনা পায়বগা, লৈশিংসি-। খয়োম্ শাবগা ওরু-উনরুচো, অথোইবা লাইগুম্লবা ইপা ঈবুংঙো, মৈতৈগী মবুংঙোদা য়ুম্‌লক্তা লানবাউ চেল্লবগী খুদম্ ওইনবা লৈ, থোঙ্‌খোঙ্ মনাক্তা লান্থেংননবগী খুদম খঙ্‌ননবা লৈব্ ওইকবসত্ন, ঈপা ঈবুংঙো, অথোইবা লাইগুম্লবা মৈতৈগী মবুংঙো, মীয়াম্‌গী ওইববা খুমোম্বা, কৌত্র‌ুগী অৱাংবগী পথুপস্থ লাকশিনবা, মশাগী মরোই ওইবা থাঙ্‌চেনবু নমথবদা হায়কচো, মমিং চংবা শেন্‌বী তাইপোংনা লম্লক্কী তেঙ্গোন্ ৭ শুনা লান্দারক্তুনা খুমন্‌গী মতায় থ.বা য়ুম্ য়োনা থুন্‌গী অকোয়বদা থারিবা পনশিং হেক্ থেংবমথৈ লান্দাথুনা নৈথায়বগে তৌবগী মতৌগুম্লক্লে। অথোইবা লাইগুম্লমা ঈপা ঈবুংঙো, মৈতৈগী মবুংঙো ওইরিবা নহাক্কী পোইরৈগী মী মৈতৈশিংগী মশেন্‌গী লৈপাক্, খুমন্‌গীনা নখোয়গী লৈপাক্‌সি মবাইগী লৈবাক্‌নি, অতুনা লান্ ঙাক্‌থোক্ কম্থোক্‌পীনবা লেপ্পী-লৈবীরো, থবক্কী য়াওন্না লৈরক্‌পসি তেংবাংবীয়ু, মচাম্নুপী মৈতৈ নিংথৌগী মচা

মনীন্ নাইপনা, চানা তেংকোন্ ৭ সুনা নোংয়াঙ্গী খুম্থই কং, খুমন্ পনয়া পক্না, পনথেংকে তৌকুম্লকুঅে, লাইরেন্ য়ীপা মইতিংঙু, পোইথই নঙ্কী সেল্-লইপাক্, অতোন্ পাইরই-পাক্নে, হুয়েন্ লাল্লুম্পীরঅো, থৌরঙ্গ তেংপাংলঅো, নমোম্ তম্পা য়াংঙম্লোন অইতি, কোরও থোইনা য়েং, য়াংপন্ পাংনা য়েংবা নোংথোইরে, পিরেম থক্মা তা, মালেম্ লইতা অোন্না মীকপ্লে, নোংয়াঙ্গী লাংতক্না, অতোন্ লাংকেন্নরে, নমোম্ তম্পা য়াংঙম্লোন্, লম্য়াঙ্গী কোঙ্গরেন্ লান্থাপী, লাং-কোই মরাম্পা ফাপীতি পাঙ্গমা লুংহাঙ্ননা য়ুনপী সেল্লোং নীক্লে, লাইরেন্ য়ীপা মইতিংঙপু হুয়েন্ লাল্লুম্পীরঅো— হাঙ্গনা থৌসীখিঅে ॥ মতাইরেম্ নোংয়াঙ্গী মরম্-পু, খুমন্ চুম্পারেংপনা, লাইরেন্ মইতিংঙু লোইনাই খুম্মোম্পা, তুপী

---

নুপী অহন্ ওইবা ঐদি নোংদোন্দা লৌর্থনা-য়ান্দুনা লৈরিবা অহাঙ্বু তোয়না য়েং, অয়াংবা পন্ নোংমদোন্দা তত্তনা য়েংহনা লেঞ্জরে, মিংলুন্দগী পিরাং শিন্থ-শিন্থন। লৈমায়থক্তা ওন্না-থোইনা কপ্নুনা লৈজরে। খুমন্ পুম্নক্ মিপাইবনা লাংতক্না, পাথংপনা পুম্লাং লাংনরে, নচাইবেম্মা মৈতৈগী-নিংথৌগী মচানুপী অহন্ ওইবী, লম্য়াঙ্গী কোয়রেং লান্ঙম্বী, শগোল্ মোরাম্বা (মরাম্ ঙম্বা) ফাবীদি পুক্নীঙ্-য়াথন্ ক্নম্বঙ্ননা অকি-তুজুবনা থম্মোইদ। অরোংবা শেন্গী মপাক্তা নীক্পগুম্ থক্-থক্ নীক্লে। অথোইবা লাইগুম্নবা ঈপা নিংথৌ মৈতৈগী মবুংঙোনা লান্ ঙাক্পী-শেন্বী-নবা লাল্লম্রো—হায়না থবক্ শীন্নখিরম্মী। অচান্বা মনাই খুমন্গী লম্বু চুপ্পা রেঙ্বনা অথোইবা লাইগুম্নবা মৈতৈগী মবুংঙো, লৈবাক্ থাইগী ওইরবা খুম্মোম্বগী ঈশিং পীনবিরিবা

সনা মখোঙ্ খাতা, মান্পী খুৎতপনা, মুক্মু লৈতোন্ কোন্না রাকৎচখিঅে,- লাইরেন্ মইতিংঙ্ য়ীপুংঙ্ তা-অো, নমোম্ তম্পা রাংঙম্লোন্, নোংয়াঙ্গ খুমন্-লইমা কোল্লোই মপাউমেন্, সুংসি ময়াথংপু পাউমেন্চরকুঅে—হায়না লাইরেন্ মইতিংঙ্ তা রাকৎলপতা মইতিংঙ্ লোইনাই খুম্মোম্পনা, ম-মোম্ নোংয়াঙ্গ খুমন্-লইমা, কোল্লোই মতিন্-মেন্ সুংসিপপু নাত্তারপকী, পোইররই থায়াঙ্ কোন্তায় লোন্পসিংপু, কংলা য়াইপুং থীন্না পাউকৌথৎলপতা, - তয়ম্সিংঅো, — নোংয়াঙ্গ সেল্লইপাক্, অতোন্ পাইররইপাক্পু, ময়ীম সেন্পীচানা তেংকোন্ ৭ সুনা, হুয়েন্ লান্ কাররুঅে, য়ীমোম্-রাংঙম্লোন্ পান্প-ফাপীনা লান্ নেক্লঅে - হাঙ্গদা পাউমেল্লপকা, পোইররই থায়াঙ্ কোন্তায় লোন্পা পুম্নমতি, হাওরই থানা পাংপরম্তা,

---

লাইগুরগী মখোঙ-খাদা, নাপী চাবা শানা খুমাঙ্ কোন্শিন-বগুন মখুং লোন্নতুনা, মরু লুক্থবা শাগুম নোম্থ-হন্তনা হায়জ চংচতুনা রারোন্ কৎচগি - অথোইবা লাইগুরবা মৈতৈপী মবুংঙো, ননাই ঐগীসু ঈবুংঙো, মৈতৈ নিংথৌগী মচানুপী অহন নচাঙ্গবেম্মা, খুমন্ নোংয়াঙ্গশিংগী মবেম্মগী চেঙ্গরক্পা পাউজেন্, পুক্নীঙ্ সুংশিনা হায়জবকপা ময়াথং—মরাহৈসিবু তম্জগে, হায়তুনা অথোইবা লাইগুরবা মৈতৈপী মবুংঙোদা হঙ্গৎচররবদা মৈতৈগী মবুংঙো লোইনাই খুমোম্ব (চৈ: কুম্বাবগী মতুং ইন্না, খৃঃ ১২৬৩-৭৮) না মচাঙ্গবেম্মা খুমনগী মবেম্মগী সুংশিররবা মরাহৈগী মপাউচুবু নাপদা তাররবদগী পোইগী লৈপাক্কী মথা-মথবাক্তা অতায়বা কোনগী চুঙ্গোয় লোনশিনবা অকন-অথৌশিংবু কংলাদা থম্বা পাউজেন্-পুজাও থীতুনা

ছয়েন্ লান্তাখিজে ।। ময়ীম্ নোংয়াঙ্গ মনীন্ নাইপম্লুং, পোই-রই তানত্পকা সেন্পী চানা তেংকোন ৭ ম—পু, কপো মাঙ্গ-য়োক্ননা, তাইপোং নেংচং য়ান্না, চানা তেংকোন্ চাঙ্গরে, ছয়েন্ লাননিকীতি সেন্পী অপুত্তাওপা পুমিংনপা, কপো অপা-তাওপা পামিংনপা, চাংগ্নং চাংনীংসি, পোনগ্নং লাইরাপা, সনা চীন্পান্ খোংনা চাসাঙ্গপা, লুপা চীন্পান্ খোংনা লায়োংপা সনা কোন্মিংনপা লাথম্ কৌপম্লুং কাঙ্গনহুল্লে, চক্মোম্ থাম্পী মইকা খুনা, নোংয়াঙ্গ সীঙ্চারক্কী খোম্চিল্লে, খুমন্ঙাংচা-রক্কী তিন্চিল্লে. মইতিংঙু লোঁহনাই খুম্মোম্প-অো তৌনা কৌতে ।। নোংয়াঙ্গ মবান্থোঙ্তা, ঙান্পা হাওথাঙ্কোক্ অথৌপপু নোংম্ললে, পোইবই মবান্থোঙ্তা, মাইসনা চাওপা,

---

কৌথংলগা—ঈনাইশিং পুম্নমক, ঈশেন্গী লৈপাকম্ব ওইরিবা, ঈবাইগী লৈপাক্স্ব ওইরিবা নোংয়াঙ্গ খুমন্ লৈপাকপু শেন্পীবা নোংপোক্লমগী মচাশিংনা লম্লক্তা লিংবা তেঙ্গোন্ ৭ কী লানমী স্থনা পুবক্তুনা লান তারক্লে হায়না মৈতৈ নিংথৌ ঐগী ঈচানুপী পানবা ক্ষাবীনা লাননেক্লবে—হায়না পাউদমহুনা হায়রবদা পোইরৈগী অয়াঙবা মথবাক্-মথাদা তাইশিন্নবা কোন (ধাতু) গী চুঙ-চুঙ্গোয় লোনশিন্দুনা হাপ্পা পুম্নমক্ হাওগী লৈপাক্পা লৈখ্রিবা খা পাংবা মায়কৈদা লান্দাথিরম্মী । শা-লান্দা মমিং চংলবা খুমনগী কাংলুপম্ব মী কুংলবা পোইগী লৈপাক্কী কাংলুপকা, শেন পীবা নোংপোক্চাশিংগী লম্নক্কী তেঙ্গোন্ ৭ মকা লান্ফম্ মায়য়োক্লহুনা কবোশিং লান্ থেংনহুনা তাই-পোংশিংবু নেংলগা চত্তুনা য়াম্বরগা শোক্লরবদা মথোয়গী লম্নক্কী তেঙ্গোনশিংবু চায়খায়হুনা মায়থীবা পীরে । অদুগা লানগী

লাংপোকুঙম্পপু নোংম্বুলে, কেকে মরান্ খোঙ্তা, হ্রূ পনম্-নাউপু কাপকংলে, হায়ত্তপরা ॥ অতুনোংকী মইতিংঙু লোই-নাইে খুমমোম্পা কৌপতি কতৌনকো. মইতিংঙু ঈকোপ্ লান্-থাপা নোংয়াঙ্গ মীচাবক্কী খোম্চিন্পা, অতোন ঙাংচাবক্কী তিন্চিন্পা. চানা তেংকোন্ ৭ চাইপা, চৌঈনৌ সনা কোন্ মিং-নপা, লাথম্ লান্থৌবাঙ্পু কাঈনহন্প-ত্নো তৌনা কৌত্রে ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ পুন্সিপম্বুং যীকোপ্ লান্থাপা চাংগ্রং চাংনীংসিং, পোনগ্রং লাইবাপা ফাপা, য়ীকোপ্ খোঙ্-ফেন্ থোপত্নো কৌত্রে ॥ নোংযাঙ্গ খাথা, লাইথা, হুইতাও খোঙথীন্, শীম্নীঙ্, য়ীমমাঙ্ তানতনা পান্পপুঙ্তা যীম্লক্ নাইক্না, পনম্-লান্তান্ মীতু সক্পাম্-রা লওবং মীঙ্খোঙ্-রা, খুংতুম্ মীতাক্-রা সম্লাং তোন্চি-বা তুম্বুলংচা পুন্থিপকুম্পা সাবেন্ মীসুংলাংপু যেন্হৈপ' লেম্লই মীঙাথোক্পু হাঈহৈ ত্রে হাঈপকী তমক্ লেম্লই নিংথৌ হাঈহৈপ — ত্নো, তৌনা কৌত্রে ॥ লেম্লই নিংথৌ হাঈহৈপতি; অহোঙ্ তান্ফংলে,

---

লান্ফা ওইনা নোংপোকচা শেন্ পীবশিংগী মবক্কগী মপুগী মমিং লৌবা অপুত্রোওবা, মপাগী মমিং লৌবা কবোমচা অপাতাওপা খুম্বু-গ্রংগী মচাং চাংবু নীঙ্শিংবা, পোনগ্রং লাইরাবা কৌবা. সনাগী পুথমবু· চীম্বান্দা থমত্থনা চাক্ চানবা, লুপাগী লী [ঈশিংওম্বা মহী থক্লনবা পাত্র] চীম্বান্দা থাঙ্গত্তুনা মহী থক্-নবা সনা হায়বা কোনসিগী মমিংনা মমিং ওইনবা লাথম কৌবসু মথয়াই হক্চাং কায়ন-থায়নহল্লে । মৈয়ৈ' ম্মুঙ মৈরপা কাম্হুমা লৌবা মৈ হৌগত্তুনা খুমনগী শীঙবী অমসুং ঙাং পাম্বী মর ওা চায়থোক্ত মা লোংনংলৈনগ্রবা খুমঅশিংবু খোমজিন

চীঙ্গা থেন্‌থেৎলে, থাঙ্গি য়াম্ ৭, লোইমোম্ ফৌ ৭ না য়ীম্চীন্ সাইতা নাইনা হোঙ্‌নেম্পা নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ অতোন্ পুন্‌সিপ-তো তৌনা কৌএ ।। অতোন্ পুন্‌সিপতি কোল্‌লোই ম্নিংথোংকীপু চুনপনে ।।

---

তাশিল্লে হায়রুনা মৈতৈগী মবুংঙো লোইনাই খুমোম্বা হায়না কৌথি খুমনগী লান্‌ফম-লাম্হোংদা ঙান্‌বা য়েক্ মচা হাওথাঙ কোক শিগি, মৈতৈগী লান্‌ফম্-লাম্হোঙ্দনা লাংপোক্‌ভম্বা মৈস্নাম চাওবা শিথি, অতুগা মোইবাংগী লান্‌ফম্-লাম্হোঙ্দনা হমু পনমনাউ-উব্ কাপথেকখি, হায়য়ে । অতুগী মুমিত্তুগী মরমসিদগী মৈতৈগী মবুংঙো, লোই মীয়ামগী মনাই ওইবা খুমোম্বা কৌবদি করি কান্নরুগনি, মৈদিংঙু ঈকোপ লাম্বাবা, নোংয়াঙ্গ শীঙ্জরকী থোম-জিনবা অদোন্ ঙাংজরকী তিন্‌শিন্‌বা, লম্লকী তেঙ্গোন ৭ চায়বা, চোয়রগা নৌথোক্লকপা সনাগী মমিংনা মমিং ওইনবা লাখম অথৌবব্ হাৎপা হায়না কৌখি । খুমন্ নিংথৌ অদোন পুন্সিবস্তু ঈকোপ লাম্বাবা চাংগ্রং চাংনীঙশিং পোনগ্রং লাইরাপপু ফাবা, ঈকোপ্তা থোনা কনা লাম্হেংনবা কৌখি । খুমনগী পানা অনি থাম্বা, লাইথা, অতৈ জাতি কাংলুপশিং—হুইতাও-খোঙথীনচিংবা য়ুমনীঙ্গা য়ুম্‌মাঙ্গা তানদ-উনদবা মথৈ কুংনা-হুংঙাইনা পাল্লিবা লৈপাক্-সিদা—য়ুমলক্তুগী মীনাই ফারবগী, মীফা মীপুন্, লম্‌লক্তা-পনয়াদা অফা-অপুন তৌবা, মীগী মতুগী মশক্-মতৌবু পাম্বা, কল্লক-মিহৌনবগী অয়েৎ-অথিং তৌনচুনা থৎন-চৈনবগী য়াথোক্তী, মীবু তাক্লাতুম্নবা শরৌ-খুজীন তৌনবগী য়াথোক্ লাম্হোক্তী—য়াফমশিং নীংঙোম্দা মশম্নচিংবা চিংতুনা কায়হোকবগী য়ারম্, য়ায়েন্ খঙদনা চম্মন্নবা মীগী মশাগী মতুংলাং—মতোমতগী ওইবা

নপেন্ নোংয়াঈ খুমন্-লইমা, ব্রাংভম্লোন্ পান্পাফাপী-অো কৌঅে ॥ ব্রাংভম্লোন্ পান্পা ফাপী কৌপতি কত্তৌনোংকীনো ? পান্পা অথৌপা কৈরেন্রম্পী-সা, সারেন্ হুপুপা য়ীরোক্-সাথৌপা, চীঙ্য়া পন্কোঈপা, সতু নাক্সম্পা, পান্পা কোঈনা লংনা সাথৌপা, কাওরেন্ সন্থিপা, কৈরেন্ য়ীমচঙ্পপু-মইতিংঙু লোইমাই খুমোম্পনা পান্পা কৈস্সমনুংতা কৈরেন্ চঙ্না ফারৌঅে, পোইরই তেংথানা, কৈপুতি পান্প-অো কৌঅে ॥ পান্পা অচঙ পা অসিপু, য়ীমোম্ তম্পা ব্রাংভম্লোন্কী কোল্লোই মমিং থোন্নকে হাঈনা, তম্পা ব্রাংভম্লোন্ পান্পা ফাপী-অো তৌনা কৌঅে ॥ ব্রাংভম্লোন্ পান্পা ফাপী, লম্লেন্ ফেন্কুলো লৌকু—চাওপু পান্পা, নোংয়াঈ য়াঙ্তক্সি

---

ব্রায়েনশিং, মীত্তোপকী মরমগী মীচঙ-চঙনব-থোম্বগী থৎনবপী ব্রাথোক কম্না কয়াবু ব্রাতেম্—রাতাইদুনা ব্রা ভাংবা হায়বা হৈ হায়দুনা লেপ্লে লমগী নিংথৌ ব্রা হায়বা হৈবা; লেম্লল নিংথৌ হায়হৈবা হায়না কৌখি। লোম্লে নিংথৌ হায়হৈবসিদি অহোঙ-অচাও থোক্লা, শেমগৎ-শাগৎপদা চীঙ্খোঙ্-চীঙ্য়াদা থেন্থেৎ-তুনা-শেমদুনা, লিংদুনা থারগা মহৈ মরোঙ্ চাবা পাম্বী মখল ৭, লোইপোৎলক্কা অমোম চিংবী ফৌগী ফোরম ৭ না য়ুমজীন্দা শাই ওইনা মথাং মথাং নাইনা তাইন্দুনা লৈতেংলগা হোঙ্নে-ম্বগী লাইথৌ—তীন্থৌগী থৌরম-থৌদাং পাংথোকপা খুমন-নোংয়াইপী নিংথৌ অদোন্ পুন্সিবা হায়না কৌই। অদোন্ পু-ন্সিবদি মপাগী মমিং মিংথোনসিগা চপ চানবনি।

নবেনথৌ খুমনগী মবেম্মা মৈতৈ-নিংথৌগী মচাঈবেম্মা পানবা ফাবী কৌই। মৈতৈ-নিংথৌগী মচাঈবেম্মা পানবা ফাবী

অতোন্ চামিরৌপু অসৈনপী তম্পা ব্রাংঙমলোন্ খুমন্ নোংয়াঈ-লইমা পান্পা ফাপী পাঈমা লিন্কোঈকী—

## (২৪) অতোন্ চারোন্পা

নয়ু নোংয়াঈ খুমন্-নিংখৌ চারোন্প-ও কৌঅে ॥ অতোন্ চারোন্পা কৌপতি কতৌনোংকীনো ? খুমন্ তাওখুচা

কৌবদি করি তৌখিবা হুমিত্তগীনো ? মখৌনা লৈরবা অঙৌবনা লাঙ্বত্বু অঙৌবা ওইনা উবা, অখোইবা উম্-উম্ হায়না ঙংবা শা, কৈজাও, মহু পুববা শা, চীঙ্গী-ঈরোক্তা শা থৌহনা তানবা চীঙ্য়াগী পল্লোন্ থুংনা কোয়বা, শহু পাম্বীগী মনারক্তা ফম্-লুমহনা লৈবা, কোয়চেন্ চেন্দুনা মফম্ থুংনা শা তান্নবা, শা, ময়ামদগা হেন্দোক্-থোইদোক্পা শা, মখোঙ্ ৪ পানবা য়ুম্শা, শন্ থিবদা মীগী য়ুম্দা চঙ্লকপা কৈজাওবু মৈতৈগী মবুংঙো মীয়ামগী মবী মতা ওইরবা খুমোম্বনা কৈজাওত্বু কৈশুমলুংদা· চঙ্হন্দুনা চঙনা-হিংনা ফারম্মী। মৈতৈনা হায়না-ঙাংনবদা কৈবু পান্বা কৌই, পানবা অচঙবা অসিদি ইচানুপী অহন্, মৈতৈ নিংখৌগী মচানুপী ওইবীসিগী মশাগী মমিং থোন্নগে হায়হনা তম্ফা ব্রাংঙমলোন্ পান্বা ফাবী হায়না কৌখি। মৈতৈ নিংথৌগী মজাঈবেম্মা পানবা ফাবী, অখোইবা লম্দম্ ফেনকুরো লোকু-চাওবু শুপচিন্দুনা পাল্লিবা খুমন্গী য়াঙ তক্সি চামিরৌ কৌবখু শৈশক্—শৈথানবী, মৈতৈ-নিংথৌগী মচানুপী খুমনগী মবেম্মা পানবা ফাবীগী পলেম্ পীবুরুংদগী —

## (২৪) অদোন্ চারোন্বা

নবুথৌগী মিংলেন্দি নোংয়াঈগী মবুংঙো খুমন্ চারোন্বা কৌই। অদোন চারোনবা কৌবদি করি তৌখিবা হুন্নিত্তগীনো ?

খুংলোঙ্পা, অতোন্ মিংথা পাম্পকী, থাঙ্লেন্ মখুংস্থু, ময়া শান্‌থোন্ য়াম্পা, কোরও চুম্ মিংত্তাঙ, ব্রাংপন্ নুমিংত্তাঙ, চীঙ্‌ঙ্ নোংথাঙ্ কুপ্‌কুমপা, থাঙ্লেন্ যাইঅোইপা, কচেং মিংচৎপা তয়োন্ থাঙ্‌য়ইননা, থাঙ্তাপুঙ্ ব্রাইহুইথাঙ, লোইপী চীঙ্পু য়োইপা, হেম্পা ভম্পু থন্পা, ব্রাংকোন্ লোইকা তাম্পা, পুম্নমপু খুন্‌ঙম্—থাঙ, থাঙ্লেন্ য়াইঅোইপা, লৌরু চাওপোক্ য়াই, সীঙ্চা, কোন্থীন্ -- য়াই, কাওরেন্ সন্‌কু-যাই, তয়ুম্ নাইকু য়াই, অতোন্ মিংথা পাম্পাত্তা ব্রাথুপ থাঙ, থাঙ্লেন্ য়াইঅোই-পপু কোল্লোই মমিংথোং চারোংপপু মিং-থোংচখিতে, অতুনোংকীপু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ, অতোন্ চারোংপা কৌপপু, অতোন্ তাফা থিপনা, নোংয়াঙ্গ খুমন্

---

খুমন্‌গী মখুং লোঙ্বা তাওখুচা কৌবা মমিং থাগৎ-তেংথাবা পাম্বগী ময়াগী মশক-মওং য়াম্বা মখুং চাবা থাঙ্শাং, থক্লোম্-দা হাইগৎপদা নোংদোন্দা য়ান্দুনা লৈরিবগী অহাঙ্বগী চুম্ নম্লিবতুগী মমিং তাংহনবা, নোংমন্দোনগী অব্রাংবা লৈরিবা মমিংস্থু তাংহন্‌রা, চীঙ্গী মবুংঙো ওইরিবাগী নোংথাঙকুপ্‌পগুয়া মশেক্-মঙান্ থোক্পা, য়াই ওরবা থাঙ্শাং মমিং চৎলবা থাঙ্‌তু পায়তুনা তয়োন্ খুঞ্জাশিংগী মথক্তা থাঙ পায়তুনা লান্দারগা থাঙ্-দাবুঙ্বু থুগায়খিবা থাঙ, লোই পীবা চীঙ্দা লৈরিবশিং, তম্পাক্কী লম্‌দম থল্লিবশিংনা লৈমকোন-নিংথৌকোনগী লোইপোং পীরক্কুবা খুন পুম্নমক্পু ঙম্বা থাঙ্, য়াইওইরবা থাঙ্শাং ওইতুনা লৌকম চাওথোক্‌হন্‌বা য়াই, শীঙজানা শীঙ্গে থন্‌না থীনহনবা য়াই, শন ময়াম্ পীবীবা য়াই, মীনা ময়াম্ ফংহন্‌বা য়াইনা মমিং

নিংথৌ অতোন্ চাবোন্পা অো তৌনা কৌতে ।। নোংয়াঙ্গী চারোন্পতি কোল্লোই মিংথোংকীপু চুনপনে ।।

নপেন্ নোংযাঙ্গী খুমন-লইমা, ব্রাংওমলোন্ খিংলাই খুংস্থ চম্নু-অো কৌতে ।। ব্রাংওম্লোন থিংলাই খুংস্থ চম্নু কৌপতি কতৌনোংকীনো ? মইতিংঙু চা লিনব্রাইযোঙ্গীনাউহন্ নাউহন্ অহনপা, হইবী লীসিং নেনপা, থোইচীঙ্ লীপান্ চাঙ্গীপা মপারী অখিং হইবোঙ্পঅো কৌতে ।। মবু অখিং হইবোঙ্পা মিংপু, মইনা ব্রাই তাঙ্না সম্না মিংথোংতে ।। খিংলাই খুংস্থু চম্নু কৌপতি অতুস্থং মতোম্তে ।। ব্রাংওম্ সমু মথুংতোন্ পু লৌব্রাই চিপা-হাকুম্তে, সমু খুংতোন্ স্থম্তে, মোম্নু স্থনা লংলও খন, খুংতোন্ লঙ্গীনা খন্না, যাওবৌ সা সাযেক্,

---

থাপংপা পাম্বদা ব্রা লোংশিন্দুনা লৈবিবা থাঙশাং য়াই ওইবতুগী মমিং চাবোংপা কৌবতুগী মমিং লৌতুনা খুমন নিংথৌসিগী মমিং থোন্নখি । অতুগী হুমিত্তুগী মবমদগী খুমনগী মবুংঙো চাবোংপা কৌববু খুমন তুকা খিবশিংনা নোংয়াঙ্গী খুমন নিংথৌ অদোন চারোনবা হায়না কৌখি । নোংয়াঙ্গী চারোন্বদি মশাগী মিংথোন্সিগা চপ চানজবনি ।

নবেন্থৌগী মিংলেন্দি খুমন মবেন্মা মৈতৈ নিংথেমচা শাগৈগী নিংঙোন ওইবী খিংলাই খুংস্থু চম্নু কৌই । ব্রাংওম্লোন্ থিংলাই খুংস্থু চম্নু কৌথিবদি কবি তৌখিবা হুমিত্তগীনো ? মৈতৈগী মবুংঙোগী লিনব্রাই লম্/তুরেন্না য়োক্পী-থাক্পীবা নাউহন্-কৌবা নাউহন অহনবা হায়রগা থঙনবা হৈবী লিশিং হেক্পা থোইজীঙ্দা পানবা-হোবা লীবু য়ানবাতুগী মচানুপীদি অখিং হৈরোঙ্বা কৌই । মবুথৌ অখিং হৈরোঙ্বগী মমিংবু

খোইমোম্ লাইয়েক্পু য়োঙৈহে তম্হৈঅে, হায়পকীতমক্ নোং-য়াঙ্গ তাফা পিনা—ব্রাংভম্লোন্ থিংলাই খুংস্থু চস্থু থোন্নঅে।। নোংয়াঙ্গ খুমন্ লইমা ব্রাংভম্লোন্ থিংলাই খুংস্থু চস্থু পাঙ্গমা লিনকোঙ্গকী—

## (২৫) অতোন্ য়াওসোম্পা

নম্বু নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ, অতোন্ য়াওসোম্প-অো তৌনা কৌঅে।। নোংয়াঙ্গ য়াওস্থ ভম্পা কৌপতি কতৌনোংকীনো? ময়ীম্ কেংক মোইরাং নিংথৌ, ভাংচোই সনাহোঙ্পা মসানৌ,

---

মমৈনা মমৈদা শোক্লা-পন্নহুনা মতাঙ্পা মতাঙ্পা শম্না খেন-হুনা মতুং তাহোবা ওইনা লৌহুনা মিংথোন্নখি। থিংলাই খুংস্থু চস্থু কৌবগী ব্রারম্দি মহুনস্থু লোয়ন্দ্রি।। মৈতৈ নিং-ভোন্ ওইবীহুগী মশাগী মখুদোন্দু লৌবুক্ লৈবা লমদমদা হোবা উচীগী হাঙম খুত্রোন্দু পীক্শিল্লি, অহুগা মুজা ওইবীগী থৌদাং ফিশা-লোন্শাগী ফি শানবা মুনা লংদা কোংশিন্নবা থন্বা মতমদস্থু মখুং খুদোন থৈহুনা থল্লগা চান-রবা শাগী শায়েক্, অথোইবা লাইগী লাইয়েক্পু ফিশাবদা ময়েক্ থোক্হন্বা, মওং-মতৌ তাহন-তম্হন্বা হে হায়বসিদগী খুমনগী অহুগা অদাগা তৌবশিংনা মৈতৈগী নিংথেম্ শাগৈগী নিংচোন্ থিংলাই খুংশু চস্থু থোন্নে। খুমনগী মবেম্মা ব্রাংভম্লোন থিংলাই খুংশু চস্থুগী পলেম ওইবীগী শীয়োমন্নুংদগী—

## (২৫) অদোন য়াঙশোম্বা

নবুধোগী মিংলেন্দি খুমনগী নিংথৌ অদোন্ য়াওশোম্বা হায়না কৌই। নোংয়াঙ্গ য়াওশুঙবা, [য়াওশোম্বা] কৌখিবদি

কেকে য়াওস্নুবাক্পা অথৌপনা, নোংয়াঙ্গ লম্কা হাইনা, কবাং থেন্কাঙৈ, লোক্তাক্ হিঅোন্‌ঙৈতো, নোংয়াঙ্গ খুমন্ ঙম্লে, হায়না পাউমেন ব্রাকী, তন্পা মথো-ঈ সাওনা, ব্রাতা থীখিজে, নোংয়াঙ্গ পুম্না ছুপ্, খুমন্ পাক্না তাইনা, অহিং য়ীনুং সো-ঈয়াঙ্গমতা, কেকে য়াওস্নুবাক্পকী, থাঙ্‌ডা মবই-ক'ঈ য়াওস্নু খুন্‌তোন্‌কপু, থাম্পী মই থানা, য়াওস্নু চংলম্ ফান্সাং খুম্না পন্থেংলে ॥ অতুংগাংকীপু কোল্‌লোই মমিং-থোংপ, অতোন্ নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ, ঙাংঙোই য়াওস্নু ঙম্পস্রো তৌনা কৌস্রে ॥ অতোন্ য়াওস্নু ঙম্পতি, কোল্‌লোই মিংথোংকীপু চুনপনে ॥

---

কবি তৌখিবা মুমিত্তগীনো ? মোইরাং য়েক্-শল্লাইগী নিংথৌ ঙাংঙোই সনাহোঙ্‌বা (নিংথৌসি ওইবোয়, উব্রা থোংজোম্বা নম্রগা যোঙ্গবেন্‌বা ওইবা য়াই, সনাহোঙ্‌বদা খৃ: ১৪৩২ কী অতু-ব্রাইদা মোইবাং লৈপাক্তা পানবা ঙমদ্রহুনা হাওখা-মেনখোম্‌দা নত্তগা লায়ন্দা চাঙ্গেনহ্রবনি) গী মংাংহুপা য়াওস্নুরাক্পনা খুমন্‌গী লমদা হাইজিল্লক্তু্না করাং থেন্কাবা, লোক্তাক্ হিংওনবগী লাইথৌগা কোন্নবা কুম্মে তৌববদা- খুমন্ ঙম্নে—হায়না হায়বদগী খুমন্ নিংথৌনা মুপা ওইবগী শাওবা হৌনবা মথৈ থোয়দৌ শাওগংপগা লোইননা থোন্দা থীনা চৈখি, অতুগা খুমন্ পুম্নমক হৌহুনা অহিং অথেংবা, নোংয়াঙ্গ অমদা য়াওশু লাকপনা লৈবিবা মবৈকাঙ্গ য়াওশু খুন্‌গী খুন্দোন অমবু থাম্বী মৈ থাহুনা লান্দাবগা য়াওশু খুন্‌গী ময়েল্-থৌদা শঙ্‌দা থারিবা ফানশাং ফ'ওবা য়াম্লেক্তু্না থুগায়খি। অতুগী মুমিৎসিগী মবমসিদগী নিংথৌসিগী মশাগী মমিং খুমন নিংথৌ ঙাংঙোই

নপেন্ নোংয়াঙ্গী খুমন্-লইমা, নোংপাল্লোন্ তারমস্থ-অো কৌঅে ।। নোংয়াঙ্গী খুমন্ লইমা, নোংপাল্লোন্ তারমস্থ কৌপতি কতৌনোংকীনো ? মপন্ নোংপান্ অঙৌপা, চকৃপা লম্পু নাউত্তা য়াম্পা, হি-তা লেনখোং তুমাপা মশাপী লম্-চাওপা, মচী খুপা তোংয়াঙ্গী হন্পা, মকুরোক্ কামুপা, মখুং তোন্না নইপা মসীং মিংমই লোঙ্পা, চকৃপা লম্পু কোন্-খাঙ্ লাইচাওপনা, কপো তম্তা কুমনা, য়ীংথি খল্লোং লোই, তরেৎ সেন্পান্ লোইপু লোইথোঁচে, সেন্পী তরংনেৎতা, লোই-মোম্ ফোকৌসেন্ য়াইঅোইপপু কোন্খাঙ্ লাইচাওপনা—

য়াওশু ভস্বা হায়না কৌথি। অদোন য়াওশুভস্বসিদি মহাক্ মশাগী নিংথোনসিগা চপ চানববনি।

নবেনধৌ খুমনগী মবেম্মা অঙোম্ য়েক্ওইবী তবমস্থ কৌই। খুমন্ লৈপাক্কী মবেম্মা নোংবাল্লোন্ তবমস্থ কৌথিবদি কশি তৌথিবা মুমিত্তগীনো ? মহাক্কী ঈবু পনহলবীবকপা অঙোম্ য়েক্কী নিংথৌ শাগৈগী পিবা-মুপা ওইবা, মচা-মনাই য়াম্বা চকৃপা লম্ব, হিনা-তারি-চৎলিবা লেনখোংগী-মপুগী মশাদগী হনবা ময়াম্বা লমঙ্গাওবা, ময়াম্বনা পীক্রগা মনাওমুপা মযাঙ্গীনা চাওশাংবা, মকুরোক্কী কুচু কাথেক্পা মুবা কামুবা, মখুদোল্লা লৈবা হৈবা,

* মীবোন্দা য়েংনরকপদা = ঈকোপ লাম্থাবা = পুনসিবা = চারনবা = য়াওশোম্বা ।। অতোল্লকী লোইচা অম্বা নত্রগা ঈকোপ লাম্থাবা = চীঙখুতেনহৈবা = পুন্সিবা = উবা খোঙজোম্বা নিংথৌরোল মথং-মথং, মথক্কীপিনা খুমনগী, মখাগীসিনা মোইরাংগীনি। অহুগা মৈতৈগীনা = খুমোম্বা (খৃঃ ১২৬৩-৭৮) ঈকোপ লাম্থাবা—মোইরাম্বা —থংবী লাম্থাবা কোঙয়াম্বা (১৩২৪-৩৫)।

হে য়ীমোম্ তোন্নাপীঅো, নপন্ অইকী তবংসেন্, য়াইঅোইপা অসিপু, হয়েং নোংয়াঙ্গ নপুঙ্য়াঙ্গতা নপারী সাংলা, নমোম্ ফুইরপতা, নোংয়াঙ্গ ব্রারীনরু-অো, য়ীমোম্ কোল্লোই নমিং-থোংস্নং নোংপাল্লোন্ তারম্সু—হাঙ্গনা মিংথোংপীখিঅে, তরেং সেন্য়াইঅোইপপু লনব্রন্পীখিঅে ॥ অতুনোংকীপু নোংপাল্লোন্ তোন্নাপীতি কতৌন্কো, নোংপাল্লোন্ তরম্সু, তবেং সেন্য়াই লোইপী-অো তৌনা কৌঅে ॥ নোংপাল্লোন্ তাবম্সু, মম্বু অঙৌপা, অোংতৈ খুন্তা-চীঙ্ সেল্লোই তরং ব্রাংপ-চীঙ্,

---

লৌশিংগী মায়কৈদা মমিং-মনা শ্লীংগ্রবা চক্পা লম্ব্ কোন য়াম্না থাঙবা/ফংবা/তানবা লাইজাওবনা কবো (শান) গী তম্পাক্তা চত্নুনা য়ীংখী/নীংথি তুরেন (CHINDWIN RIVER) গী মপান্দা তাবা লমদমদা য়োংকী লোই অমস্নং শেন/বেলমেটেলগী লোইবু লোইপোং থৌবদা শেল পীবা লোইগী খুন তরংনেত্তা লোইপোংলক্তা অমোম—শীঙথাবী ফৌবু কৌশিন-ঈরাংনবা শেন য়াইওইববু কোন্থাঙ লাইজাওবনা—ঈচান্নুপী তোনাবী, নপা ঐগী তরংদগী ফংলকপা ম্নাইওইবা শেন অসি হয়েং তুংদা খুমন্গী নয়ুম্দা নচা মুপা—মুপী পোক্লক্লবা মতম্দা ব্রারীনকচো, অতুগা ঈচাগী নমিংস্নু অঙোম্ নিংঙোন্ তরমস্নু হায়না কৌসি—হায়তুনা মমিং থোনখি। অতুগী মুমিংতুগী মরমসিদগী অঙোম্ নিংঙোন তোনাবী কৌবনদি কৈদৌনরুনি, অঙোম্-শাগৈগী নিংঙোন তরমস্নু, মবুথৌ ঈবুংঙো অঙোম্ নিংথৌ ওংতৈনা খুন্দাখিবা চীঙ্, অহাঙ্বা—তরং য়োনা ব্রাংবা শেল্লোই চীঙ্ থোঙ্গেন-থোম্বাংনা নাউপু-নাউয়ানবা লংমাইজীঙ্ মীনা পীরকপা, তাম্নুবদগী ফংলকপা কোন (ধাতু) না তাউবমথৈ লৈবা চীঙ্বু

লংমোই য়াওন্না নাউপুলী চীঙ্ কোন্থাঙ্না তাউপচীঙ্পু অসৈ-নলী, নোংপাল্লোন্ তরমসু তরেং সেন্য়াই লোইপী সেন্চা-হায় হৈ—সকপী পাঙ্গমা ল্লিকোঙ্গকী—

## (২৬) অদোন্ লম্য়াঙ্গ কাইখীন্পা

নম্ম নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ লম্যাঙ্গ কাইখীন্প-অৈ। তৌনা কৌঅ ।। লম্য়াঙ্গ কাইখীন্পা কৌপতি কতৌনোংকী-নো ? নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ লম্য়াঙ্গ কাইখীনপা মহাকথকৃতা, থোইমোম্ নোংতম্থোন্কী নোংয়াঙ্গ খুরে, খুমন্ পীকৃলে, অতোন্ খাথা লাইথ। হুইতাও থোঙ্থীন্ য়ীম্নীঙ্ য়ীম্মাঙ্, তানাত্না পান্পা পুম্নমপু, খাঙ্গচেং-খাঙ্গপুং নাইরকৃলে ।। নোংয়াঙ্গ মচেঙ্ চঙ্না, মতোম্ তোন্না কোরে, অতোন্ খাঙ্গওং খাঙ্গাঙ্গন্না,

---

শৈশাক-শৈথানবী অঙোম্ নিংঙোন তরমসু, শেনগী শেনয়াই লোইবী, শেন থৌবা—হায়বা হৈদা-হৈবী ওইন মমিং থানবীগী পলেম্ ওইবীগী পীবুক্দেগী—

## (২৬) অদোন্ লম্য়াঙ্গ কাইখীন্বা

নবুথোগী মিংলেন্দি নোংযাঙ্গ-খুমন্গী নিংথৌ লম্য়াঙ্গ কাইখীন্বা হায়না কৌই। লম্যাঙ্গ কাইখীন্বা কৌখিবদি করি তৌখিবা হুমিত্তগীনো ? খুমন্ লৈপাকী নিংথৌ লম্য়াঙ্গ কাই-খীন্বা, নিংথৌ মহাকী মহাকথক্তা পাসু-পীসু ওইবা অম্বা অথোইবা লাইগী নোংদম্থোন্না খুমন্ লৈপাক্ পীকৃশিল্লে, অকন্ অথৌগী" মশীঙ্ হুম্রে। খুমন্গী মীশীঙ্ য়াম্না খাথা লাইথা

খুমন লা'তক্ লাংঙ্কেননবে হায়তপবা ।। নোংয়াঙ্গী খুমন্ নিংথৌ লম্যাঙ্গী কাইখীন্‌পনা, নিংথৌ মহাকৃথকৃসিতা, কোল্‌লোই মমিং মাঙ্‌লে, হযেং নোংযাঙ্গী চাতোননা কাঁউতনপা, খুমন্ সুতোন্না নীন্‌তনপা, নোংনেম লাইনা পা'পবম্‌কী হইপোক্ সৌতিয়ান্, লেম্‌চেং লীহইপোক্, ব্রাংঙম্‌লান্ পীযাইথোং, ব্রাক্‌চীঙ্ থেন্-সাপী, লেম্‌চেং লইথেংপী, হইপোক্ থেন্‌সা চীঙ্‌তা, চীঙ্‌য়া

---

পানা অনি, হুইতাঙ থোঙথীম্নচিংবা অকন্ অথৌ, মনীঙ্ মমাঙ্‌গী অঙম-অথৌ পুম্নমক্ লিংঙ্কেন মাম্নবক্তে, মচেৎ-মচেৎ তানবক্লে। খুমন্ মশা মশেন্‌গী মনুংদা চেঙ্ চঙবগুম্ মবুক্ ফংনদনা হুম্বকৃপগী লম্বীদা চঙ্‌শিল্লকপনা তোথায় তানবগী নাইতোমগী ওইবা ব্রাকম্না মথোয মশেন ঙংনা-খায়দোক্লবনা খুমন্ লৈপাক্ লাংতক্লবা-মিপাইনবনা পুমলাং লাংনবে, হাযবী-রম্মী। খুমন্ লৈবাক্কী নিংথৌ লময়াঙ্গী কাইখিনবনা নিংথৌ মহাকৃথকৃসিদা খুমন্‌গী মমিং, মিংচৎ মাঙ্‌লে, মতুং তাবকৃপা খুমন্‌গী অতোন্‌বা মচাগী মীবোম্না কাউদনবা, মশু অতোনবগী মবোম্না তৌবীবম্‌দ্রে হাযনা ঙাংন-শক্লবনা লাংদ-নীন্দনবা হায়হুনা নোংনা নেম্‌থবা, লাইশিংনা লৈবা অব্রাং মায়কৈবোমগী শৌদি-তা পানবা হৈগোক্কী লম্, লাগী মহৈ, হৈবী য়াম্না পানথিবা লম্‌দম্‌দা মৈতৈ নিংথৌগী মচাঙ্গীবেম্মা পিয়াইথোং, ব্রাক্‌চীঙ্ লমদমদা থেন শা'বীনা লেমজেংগী লৈপাক্ তেম্‌হুনা হৈপোক্না থেন শেমখিবা চীঙ্‌দা চীঙযা ন'কন্ নামগী মবোন্-মথাঙ্ পুম্নমক্ ঙানহন্দুনা অকন্‌বা লৈপাক্ লৌথোক্-তৌথোক্লগা পোৎপাক্ লৈমায় তেমথোক্‌না চীঙ্‌য়াদা থেন্ শেম্‌খি। হা ঙগী য়োপাক্লা শন্দোকখিবা নোংপোক্ মায়কৈ পাংবরোমদা হৈবী মকু থোক্লনা

নাক্পক্, সারোন্ ঙান্না, মালেম্ লইকন্ তৌ, তোক্মু লইতম্ ফেন্না, চীঙ্য়া থেন্থেৎলে ।। হাওরই নোংপোক্লা পাংপরম্ হইরী মথোঙ্গ লেন্, হইচাং মমাঙ্গ ফোইনা, তাউচীঙ্ হইচারাই, কোঙ্গরেন্ লম্মহন্, লইন্নুং থারুক্ অসৈপা, রাহি কোক্ সংচানা, নেম্পী হাথাকোন্ লম্লেন্ চেঙ্চা রাপকাই, তল্লা লেপ্তম্ য়ুং, কোঙ্য়াঙ্ খরা সা, লোক্লও পান্পাঙ্গ সেম্, কুরাও পন্কা লোন্, সাবেন্ পাক্তকুনা, রাংলঙ্গ ফাফেন্ননা হোঙ্নেম্অে ।। কাইরেন্মবাই লাংনা লম্য়াঙ্গ কাইথীন্থিঅে ।। অতুনোংকীপু নোংয়াঙ্গ থুমন্ নিংথৌ অতোন্ লম্য়াঙ্গ কাইথীন্প-অো তৌনা কৌঅে ।। অতোন্ লম্য়াঙ্গ কাইথীন্পা মহাক্থক্তা,

---

হৈজাং তংখায় থায়হুনা হৈ চানখিবা মফম্, অথোইবা লম্ ওইরবা কোয়রেন্ কৌবা লম্দম্, লৈন্নুং লৈয়াংকী মথা লুক্থবা, ঈশৈ-শক্পা থারুক্ কৌবা মকোক্তা অশংবা কারবা রাহি তীন্দুগুম্নবনা শীঙ্নাং পাম্বী থাখিবা মফম্, চেঙ্ চাবা উচেক লম্য়েন্ রাবগী শগাই লৈ হায়না থন্দুনা রাবকাই/রাবগাই কৌবা লম্দা তলহাউ উনা লেপ্মুক্ রাংনা য়ুংলগা রানা খারা শাহুনা নাকল অনিদা ঙাকথংনবা পাম্বে শেম্লগা কাই/শগাই শারগা কুরাউগী পন্/শম্বল্ থাজিন্দুনা ঙাক-শেম্লগা হোঙ্না-চাওনা শা মরাং কায়না থোং-থাক্তুনা, ময়াই/ময়াক্ কন্বা য়ু মীয়ামগী পেন্নবা থৌরাং লাংহুনা মীয়াম্বু পীজ-পীথক্ তৌহুনা হোঙ্নেম্বগী লাইথৌ থৌরম্ পাংথোক্খি। রাংলবা, ময়াম্দগী হেন্দোক্-থোইদোক্লবা শগাই পাবন্দুগী চীঙ্-লেম্নবা মশক্ ওইহন্দুনা লৈপাক্ মীয়াম্দা থুমন্ নিংথৌগী মতীক্-মঙম্ উত্তুনা-উইহন্দুনা শগাই শাখি/থীনখি। অতুগী হুম্রিত্তুগী মরম্সিদগী থুমন্ লৈপাক্কী থুমন্-নিংথৌ লময়াঙ্গ

মসানৌ নোংয়াঙ্গ খুমন্-লইমা, পাসি সেপা লাইতাং চঙ্গসুং, কোরও নোংকাখিরপকী, মুংসি মখৈ লৈতনা, নোংয়াঙ্গ লাক্-ঙমতনা. অতোন্ তেম্ঙমতরে, হাঙ্গতপরা ।। নোংয়াঙ্গ ময়াই যাইর'চান্ যাওরৌ সাখোম্যাইসুং মযু অতোন য়াই-থিংপা, মুঙ্নাং র.সোন্পনা, ময়ীম্ অরাং পোইরই মইতৈ, রাংথই লাইকোক্-পাম্পা, মফৌ সায়াই চেন্পতা পীরে ।। অতুসুং মতোমতে, রাইরা—খোঙ্ক হওয়াই, হুযেন লান্তায়াই, সৌপোম্ য়াইরেন মুংচান্পসুং, নোংয়াই মীকোঙ্গমেন, খীং-থিং লাইকা হোই-না সারীকৃসুং, নো যাঙ্গ সান্-তাকৃতা অতোন্

---

কাইথীনবা হায়না কৌথি। খুমন—নিংথৌ লম্য়াঙ্গ কাইথি-নবনা পাল্লিঙৈগী মতমসিদা মহাক্কী তুপী খুমনগী মবেম্মা, পাসি কাংলুপকী সেবা লাইতা গী—শাগৈদা পোক্পীবু অতি-যাদা পন্দুনা লৌতুনা লৈরিবা নোংগী লৈপাক্কা কাগ্রবদগী পুক্লীঙ্ মুংশিবনা মুংশুক্-মুংজানববা খুমন নিংথৌনা খুমনগী কা হেন্বশিংবু লাক্শিন্বা, খৎন চৈনববু তাইশিন-তেম্শিনবা ঙমদ্রে হায়যে। অতুগা খুমনগী লংনা নীঙ্থীজরবা য়াই, য়ুমদা যোকৃপা, যুমশাগী শা-শনচিংবা খোম্জিন্বা য়াইসু মবুধৌ অদোন্ যাইথিংবা, মুঙ্নাং উশোন্বনা রাংথৈ লাই-কোক্ পাম্বা. মফৌ লমগী শাযাই চেন্বদা পীথোক্লমলে। অতুদসু নত্তে, শাদানবা চৎপদা পুনবা, লান্ চৎপদা পুনবা য়াই, সৌপোন য়াই অথোই-পাম্ম্রবতুসু, খুমন্গী ঈকোয় কোয়বা শেঞ্জেংগী শরীক্ খীংলগা ফত্তবা লাই-তীন তাম্থো-ক্লনবা শরীক্সুং খুমন মশা থঙ্হন্দা রা অমা ফাওবা তাক্ল-মদনা মৈক্লৈগী মবুংঙো লৈবাকু-থ.াইগা মরী-মতা থোক্লরবা

সাফোংতনা, মইতিংঙ্ লোইনাই থৱানথাপা, লাইরেন্ সনা মথোঙ্খাতা. খুমন্ অতোন্ কৌপা, অতোন্ লওঅোন্পনা, লেপ্না কংলুবপকীতমক্, নোংয়াঙ্গ খুমন্ নিংথৌ, লম্য়াঙ্গ কাইখীন্পনা, খুনন্ লেপ্ ঙম্লরোঙ্গ, অতোন্ খীন্ঙম্তরে হাঙ্গনা অৱাং পোইরই মইতৈ নিংথৌ, লাইরেন্ মইতিংঙ্ কোঙ্-য়াম্পা তুপী সনা মহাকৃথক্তা নোংয়াঙ্গ খুন্কারক্তে ॥ লাই-রেন্ মইতিংঙ্ কোঙ্য়াম্পনা নোংয়াঙ্গ সেল্লই নিংথৌপু, অতোন্ পাইরই ঙাইনে, হাঙ্গনা লাংসঙ্ সঙ্লাংচান্, লাংকোই ৱাইথুংসঙ্তা লৈহল্লপকী নোংয়াঙ্গ খুমন নিংথৌ, অতোন্ লম্-য়াঙ্গ কাইখীন্পনা. পোইরই মইতৈ নিংথৌ অসিপু, নোংয়াঙ্গ

---

থৱান্ থাবগী মফমদা অথোইবা লাইগী মথোঙ্খাদা কংপ-গুম্ খুমনগী অদোন কৌবা মুপা. মীবু লোনম্-মীনমহুনা মপুক্-নীঙ্ ওন্হন্বনা কথোক্খিবদগী নোংয়াঙ্গ খুমন নিংথৌ লম্য়াঙ্গ কাইখীন্বনা খুমন লৈপাক মনীঙ মথা তম্বা লৈপাক্ অমা ওইনা লেপ্পা-লৈবা ঙম্লরোয়, লৈপাক্ পানবা ঙম্লে হায়হুনা অৱাং মায়কৈদা লৈরিবা পোইগী লৈপাক্কী মৈতৈশিংগী নিংথৌ অথোইবা লাইগুম্বা মৈতৈগী মহুংঙো কোঙ্য়াম্বা (চৈ: কুম্বাবগী মতুং ইন্না, খ: ১°২৪-৩৫), ঈশিং পীবীবিবা লাইগুম্বরহুনা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লিবৈগী হাক্তক্ অহুদা খুমন নিংথৌনা মৈতৈ লৈপাক্তা লাক্খি-কারক্খি । অথোইবা লাই-গুম্বা মৈতৈগী মহুংঙো কোঙ্য়াম্বনা মশেন ওইবা খুমন লৈপাক্কী খুমন্ নিংথৌবু মবাই থোক্লবশিংগী লৈবাক্কী মঙাই-মশেম্লি হায়হুনা মৈতৈগী লম্দা চংলুরবা শামুশিংনা থুংলনবা শঙ/ লোইশঙ্গী লুনা-চান্না তৌনৱিবা শঙ, লাংশাঙ্দা থুংহন্দুনা

সেন্-ভাইপু আোইবপস্তুং, খমং লোক্য়াঙ্গী থাঙ্গনা, লাইচা য়ীরাই খন্না পান্ফপনে, নোংয়াঙ্গী অইপু অতোন্ য়ীপারাই, খুমন য়ীপুরাইনে, নোংয়াঙ্গী পোক্মাপা, খুমন্ সাংমাপপু, থাপান্ হাঙ্থৌলাংপু লাংয়োল্লে. নোংয়াঙ্গী অয়াঙ লম্থোক্পপু, অয়াঙ্ লম্লোই তাম্, লইকোঙ্গী য়ীবাং সোঙ্গীরে, নোংকা য়ীকা তম্পপু তাইয়োল্লে, মান্পী সন্থোম্ য়াইতাইতুনা, সৌপোন্ য়ীয়াং সোঙ্গীরে, নম্-তুখা য়ীরাং-তা, নাউতু থোংলেন্ তাইতা, লৌকুম লৌকা লাংয়োল্লে য়ীরেন্ তম্লেন্ তাইপপু

---

লৈহল্লবদগী খুমন নিংথৌ অদোন লম্য়াঙ্গী কাইখিনবনা পোইরৈ লমদকগী-মৈতৈ-নিংথৌসিদি খুমন ঐখোয়গী ঈভাই-ঈশেন ওইতুন। মরী-মতা থোয়বগী মণ্ডং-মতৌদা লৈরবস্তু ঈশিং ঈপাক্কী ময়ায় খায়দোক্তুনা, লাইগী মচা ওইরিবা ঈশিংগী মরাইবক্পু খঞ্জিন্দুনা পাল্লিব-লৈঙাক্লিবনি। খুমন ওইবা ঐনা খুমনগী ঈপা-ঈপু লাই ওইগ্রবশিং অদু অমস্তুং মখোয়গী লাই, খুমনবু পোক্পী-শাংপীরকপা অপোক্-অশাং লাইবু কুমজা-কুমওনগী থাবান-থাচংকী মতুং ইন্না লাংলম্বতুবু, লাংঙমদ্রে, লাংনদ্রে। খুমনগী অয়াঙ্ লম্থোক্পগী লাইথৌ, অয়াঙ্ লম্লোইবা পাংথোক্তুবদগী লৈপাক্, অকোয়বা লমগী ঈয়াং-থৌনী শোয়দে। লৈপাক্লা লৈবা, লাই, নোংথক্লা লৈবা লাই শিংবু তাইনদ্রে, তাইবস্তু লাল্লে। মনা-মশিঙ চাবা শন থোম্-জিন্-তিনশিন্নবা য়াই তাইহুনা শৌনা পোন-ওইনা শেল্লগা থল্লিবা অথোইবা য়াইহুবুস্তু ঈয়াং শোয়রে। তুরেন্ তুখুন-থোংলম্ ঈয়াংতা নাউতুথোং তাইদতুনা লৌ কুম্বীননবা-কাবিনবা পীবীন্বা লাংপাস্তু শোয়রে-তৌদ্রে ॥ অচৌবা ঈশিং, অরুবা

তাইয়োল্লে, কুম্-পী কুম-পা লাংপু লাংযোল্লপকী, নোংয়াঙ্গ যীথমনা লাংতক্নঅে, খুমন স্নীতোম্মা লাংফেননবে, হাঙ্গনা লাইরেন্ মইতিংঙু, তুপী সনা মথোঙ্ খাতা, নোংযাঙ্গ মুংসি ময়াখং, কোল্লোই মাতনমেন্পু মুরুম্ম লৈতোন কোন্না য়াকৎ-চখিঅে, হাঙ্গৈতপবা ॥ লাইরেন্ মইতিংঙুনা, থৌচান মাঙ্গ-য়োকুননা,—নোংয়াঙ্গ সেল্লই নিংথৌ-অো, অতোন্ পাইরই ঙাইঅো,—হাঙ্গনা লোক্লও, সানা নাউয়োক্পীঙমঅে হাঙ্গৈত-পবা ॥ নোংয়াঙ্গ খুমন্-নিংথৌ, অতোন লম্যাঙ্গ কাইখীনপতা নিংথৌ ক্যাংপ-চম্ন চইবই লাইস্নুবা, য়াংঙম্ লাক্হিমোম সাফা-পীপু, ময়ান্ মুহোঙ্ খোঙ্তোং চাগুনা, অঅোঙ্অরুন্ তম্,

---

কংফাল্লম তাইহস্ন লাননা তাইনরে, কুমগী মপী মপা ওইবা লাইয়িংথৌ-লাইবেম্মা লাংপবু লাওতুনা খৌশাদবা অসিদগী খুমন ঐহাক্ ঈথন্দা লাংতক্লরে, ঈতোমতা চরাং-খোঙ্গয়াংনরে, হায়না অথোইবা লাইগুয়না মৈতৈগী মবুংঙো, ঈশিং পীবীতুনা তাইবংবু চানবীরিবতুগী খুংযাখ'দা মপুক্লীঙ মুংশি হুংওম্না, মায়থোঙ্ লুকুথনা নোম্ব-তোম্ভবা য়াহে-য়াতানা হঙ্গৎচতুনা য়াকৎচখি, হায়রে। অথোইবা লাইগুম্নবা মৈতৈগী মবুংঙোনা মুংশি থৌজানবীবগা লোইননা, ঈশেন ওইবা খুমনশিংগী লৈ-পাকী ঈঙাই ওইবিবা—হায়না চেক্লেং কোন্শিন্বীতুনা নাউ-য়োক্-লাঙ্গোন্বীখি, হায়বম্মী ॥ খুমন্ লৈপাকী মবুংঙো অদোন্ লম্যাঙ্গ কাইখিনবদা নিংথৌ কাংংগী ঈদগী লাকুপা কাংহু-জম্ শাগৈগী নিংঙোন্, চৈনা লৈ-রগা শাবা ফিগী ফিজেত্তা লাইস্নুরাগুম্বী, মৈতৈ নিংথৌজা য়েকুওইবী, নিংথেম নিংঙোনগী খাক্লগী হস্তদগী কাংহুমজম্ নিংঙোন্-শাক্ববীবু লুহোং—খোঙদো

তয়ম্ মনাই থাই, কাওরেন্-সন্য়াম্ পী, চানা পন্‌না সেংনপপু, মমোই পুম্‌না-সুনা, পীঅোঙ্‌লপকা, খ্বাইচাতি হয়াইপা মরই-কাঈপু, খ্বাই মেন্-তোন্‌পান্, লম্‌লেন লোইঙাংহা, কংলই সারাক্-পান্‌তা, মবান্ য়ীম্‌তাহল্‌লে, হাঈতপরা ॥ নোংয়াঈ খুমন্-নিংথৌ লময়াঈ কাইখীনপতি, কোল্‌লোই মিংথোংকীপু চুনপনে ॥ * ॥

## ব্বারোই মিকোন্-থাকোন্

নোংয়াঈ পাব্বারী কাউরপা, খুমন্ পুব্বারী তংলপসিংপু, ব্বারী নাতে থি, সেঅোং মতা খনলা, সেসেম্চরম্পনে ॥ য়ীব্বাক্‌মনা, পুনসি য়ীব্বাল্‌লে, অব্বাং সন্ধ লুতোংলে, পাথং

---

চাওনা পাংথোক্ক্‌না মতীক্ চানা অওঙ-অউন তমহুনা মীনাই মনাই ময়াম্‌গী শন ময়ামগী পীহুনা চরূ-চনাইগী থাহুনা কায়নরুরবা মচা-মনাই, মরুপ-মপাং পুন্নমক পীহুনা-ফংহন্দুনা লৈহনবদগী খ্বাই কংলৈ লৈকায় হব্বাইবম শাগৈগী লৈকায়, খ্বাইগী শেন-নীঙবীজবদনা পান্‌বা-লৈবা মফম্, লোইঙাং-হা লমলেন্ কৌবা কংলৈ ময়াঈলমগী শারাক্‌পান্দা ময়ুম-মকৈ শাহুনা য়ুমদা লৈতাহনথি, হায়রয়ে। খুমন লৈপাকী মবুংডো লময়াঈ কাইখীনবদি মশাগী মমিংথোনসিগা চপ চানবনি।

### খরাই-গী কোন্‌শিনদুনা লাইরিক্ লোয়শিন্‌বা

খুমন্‌শিংগী মপা ওইবশিংগী কাউপ্রবা ব্বারী, মপু ওইব শিংগী তংনপ্রবা ব্বারী শিংবু অচাবা ব্বাখুন্-ব্বারোল্ থিহুনা,

কুমচিং লোন্‌থোঙ্ মঙা-তান ফংলৈ, মুরা কুম্‌চিং লোন্‌থোঙ্ তরুক্ ৱাইচীল্‌লৈ, ফংত্রে নেন্‌চিনপা, য়াম্‌ত্রে চাইচিন্‌লৈ, চারোন্ মঙা তান্‌ফংলৈ. মুরোন তরুক্ ৱাইচীল্ লৈ, মুংপান্ হোঙ্‌নেম্ লৈপুন্‌সিপু, সীঙয়েনতোংতম্ পুন্, লৈরাং ময়োম্‌সানা লোনচীল্‌লম্‌কে ॥ য়ীৱাকুমতি য়ীমাঈ নোংনেম্ লাইনা পাং, য়ীমান্ কৌপা চীঙ্‌থংলাং, পাংপরম্‌তা অোন্‌না, হয়ি-হয়া লাউনা কোনচীল্ লম্‌কে, হয়া-হে হয়ি-চা, হয়া হরি-অো ॥ * ॥

* ॥ সোক্ ১৭২৩ ॥ * ॥

---

ঈশৈ ওইনা শৈরেংগী মওং-মতৌ থন্দুনা শৈরেং শৈশেমজন্নবনি। অইবনা পুন্সি নোংশাংবা ৱান্-না লৈনবা লৈ, লাইশিংনা শরূ, ল.-তোংদা তোংহন-লৈহনবীরক্‌পা-লৈ, পাথং ওইবগী মথোক্ কারক্‌পগী পুন্সিবু/মতমবু ৫ রক্ তানদা লৈ, মুরা লৈশাবী/নহা ওইবগী মথোক্ কারক্‌পগী মতম্‌বু ৬ লক্ হঞ্জিনহনবা লৈ, ফত্তবা লৈবুনা লেম্থোক্ লৌথোকখিবা লৈ, য়ামদবা লৈ ওইরগনা-হাপচিন-চাইশিন্‌বা লৈ, মচা মরোন্ ৫ গী পুন্সি তানবা ফংবা লৈ, মসুগী মরোন ৬ কী পুন্সিবু লৌবা ঙম্বা লৈ, লুৱাং য়েক্কী পিবা হোঙ্‌নেম্ কৌবনা ফংখিবা পুন্সি নোংশাংবগী লৈবু পাম্বী ময়োন্/ময়েন ওইববু চবুন ওইনা লৈথোক্তা পুল্লগা লৈশিংনা থয়োম্ ওইনা লোনশিন্নরগা কংচরল্লগে। অইবা ঐদি নোংনা নেমথনা পাইবা, লাইশিংনা লৈরিবা মায়কৈ, অৱাং পাংনা ঈমায় ওল্লগা কৌক্রু লমদগী চীঙথাং চীঙলোম্ পাংনা ৎন্দুনা, তাইবং পানবা পুন্নমক্কী মপা ওইবা-লাই হয়ি. মমা ওইরিবী লাইরেম্বী হয়াগী মিংথৈ শোন্দুনা কোনশিল্লরমগে, হয়া-হে, হয়ি-চা, হয়া—হরি—অো ॥ * ॥ সক্ ১৭২৩ (খৃ: ১৮০১)

# লাইরিক্ শিনপীরমপকী ৱারোল্

সচিফু থা ১৩ নি পানপা সকোন্সেন্তা শ্রী অমাক্চাম্পা তোনচাঙনা য়িপতকী সোক্ ১৮৭০, মেরা থা ৮ নি পান্পা নোংমাইচীঙ, বোর হুমিংতা শ্রী নামৈরাক্পম্ দিনচন্দ্র, পণ্ডিত য়াইমনা শিন্চপনি, ময়েক্ চিংথরপস্মুং ৱারৌপীন্নুকো ॥

---

## লাইরিক্ শিন্দোকপীরম্বনা থম্মীরম্বা ৱারোল্

শজিবু থাগী ১৩ নি পানবা শগোনশেন হুমিত্তা শ্রী তোঙ্গাওনা ইবদগী সক্ ১৮৭০, মেরা থা ৮ নি পানবা (খৃ: ১৯৪৮, ওক্তোবরগী অনিশুবা থাথায়) নোংমাইজীঙ্ বর হুমিংতা নামৈরাক্পম্ দিনচন্দ্র, পণ্ডিত য়াঈম (সনা কোন্থুং পণ্ডিত লোইশঙ্) না শিঙ্গবনি, ময়েক্ চিথরবস্থু ৱারৌবীগনু ॥